# সনা চহি মঙা

# মচিন-মনাও

( ছাত্রশিংন ইব অমসুং উৎপ তম্বব )

লেংখিব।

জি. সি. তোংব্রা
যামিনী সুন্দর গোল্ড মেডালিষ্ট,
হেদ ওফ মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট, ইম্ফাল কোলেজ।

মমল, রুপা ৪·২৫

প্রিণ্টর এণ্ড পব্লিসার,
গান্ধী মেমোরিয়েল প্রেস, পাওনা রোড, ইম্ফাল।

মে, ১৯৬৭ ইং,
অহানব ফোংব কোপী—৬০০

No:—

# সনা চহি মড়া

## লৌশা মীকোক

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১। | সনা চহি মড়া | — | রাজকুমার, | চহি | ৩০ | রোম |
| । | কাকা | — | মথুড়া, | ,, | ৫০ | ,, |
| ৩। | সেক্রেটারী মিঃ মেনোন | | এম, এ. | ,, | ৪৫ | ,, |
| ৪। | মিঃ বেনর্জী. অহৈ অসিং | | এক্সপার্ট, | ,, | ৫০ | ,, |
| ৫। | চাপ্রাসী | — | | ,, | ৪০ | ,, |
| ৬। | মনিরৈম | — | মৈতৈ নৈশাবী, | ,, | ২১ | ,, |
| ৭। | পাবুং | — | ইম্ফালগী অহল, | ,, | ৫০ | ,, |
| ৮। | ইবোহল | — | ,, পাথং | ,, | ৩১ | ,, |
| ৯। | ইমাশি | — | চীংনিঙোল | ,, | ৪৫ | ,, |
| ০। | মরৈজাও | — | ইম্ফাল মচা | ,, | ৩২ | ,, |
| ১। | লৌজা | — | লৌরাইগী মী | ,, | ৪৮ | ,, |
| ২। | লেমজা | — | ইম্ফালগী মী | ,, | ৪৪ | ,, |

অসিনচিংব।

B.— ***The characters in the play are all fictitious, any resemblance to any body living or dead is quite unintentional.***

(অহাব উৎথিব তাং ৫/৬/৬০ ইং)

# সনা চহি মঙা

—(*)—

## ১\১

অয়ুক মুংশা মুভাইরব পুং ৮ লোম তাব মতমদনি নিংথম থাগী। মীতৈ য়ুমজাওগী মাঙ্গোন্দ চৌকী ৪, মোড়া ২ থারি। ফক্লাংদ ১৯৭২ গী কেলেন্দার থেংলি, ডিসেম্বর থাগী মমুংনি হায়ব উংলি। সনাৈর মচুগী ফনেক মপান নাইব মশু্নব অম শেং, শামতুগী স্যুইটর অশংব লৈরোং য়েকপ অম লিং, ফিবোং মতু পোনব অম ইন, মশম রাই রাই থাদোক্তুন কুচু পাল্লবী মনিরৈমন মোড়াদ ফম্নগ থোং মোজ্জা অম লোল্লি। মবুং ইবোহলন অরাম চৌকীদ ফমহুন খবর পাহুন লৈব উই। ফৈজোম কুপ্পা চোম কাওই, শাম-তুগী তুইগ অমদ হাফ স্যুইটর অম নম্মগ শাল মপান লোনব অম ইনবোই হায়গংপোই তৌরি। মরুপ মরৈজাওন শাম-তুগী খোংগ্রাও অচোনব শেংলি, স্যুইটর অচোনব লিংলি, মথক্ত ওভরকোট অমুব অমন নমই, মকোক্ত কম্ফোটী য়েংলি মঙক পানন, চৌকী অমদ ফমহুন খবরগী পাও তান তান মনিরৈমন মোজ্জা লোম্ব য়েংই।

মরৈঙ্গাও— ইবোহল বাবু, খবরস্সু পাবিরি, লান লোইখিবা চহি
১০ ফাবে, জর্ম্মনগ জপানগ হুজিক কমদৌরিবগে ?

ইবোহল— হৌখিব লান্দ খিন নৈয়েথেক্কুন য়ানফক ডাক্তরব জর্ম্মনস্সু জপানস্সু হুজিক্কি হৌগত্তুনা চৎলে, মপাঙ্গল হঞ্জিল্লক্লে হায়-হুন খবরদ নিংখিন য়াওরে।

মনিরৈম— ভাইদুডো খোয়গী খবরহুবু মণিপুরগী বাদি ইয়াও য়াওদবো ?

মরৈ— লান মমুংদদি ভারতকি নোংপোক চীদাইদ জাপান তারক্লে মণিপুর অকব লানফম ওইরে হায়হুন মপানগী মীন কিন তানরক্মি। হুজিক্কি খবরদ য়াওব মণিপুরগী পাও হায়বু গাড়ী অতেক খতা, ফীকজরম্ব মল্লব শেগাইব সনা তৈরম্ব কোক্লব লিক, খোঙ্গ্রাও নেকটাই অমম্ব, ফুরিংথাওদি হোরব মহীদি মখল মখল থকপগী পেন্দব মীনচিংব য়াম্ম পাম্বিরবদি মণিপুরদ ফংগনি অসিগুম্বদ ভাইরে।

ইবো— হুজিক পৃথিবী ফাওন মমিং চৎলিবসি মণিপুরগী জগোইনি। ভারতকি, নত্তে পৃথিবীগী, করিগুম্ব মকমদ কুম্মে উৎপদ মণি পুরগী জগোইন খ্বাইদগী হাওন য়েংনৈ।

মরৈ— My dear মা অতিয়াদ থিঙ্গত্তুন শাৎপ থম্বাললোমদ য়েংবিখ্রে, ঐন উজক্লরিবন থম্বালগী মখোঙ, থম্বৌন কুনফম লৈখোম, উনা-শিংনা পৎকম, কুহি চুরব ঈশিং অপুম্ব। লৈহি পাম্ব খোইমুন অশাৎপ থম্বালদ য়েংই, থাগৎনৈ মপানগী মীন, লৈখোং শেম্ব শেংহনব পাম্ব মণিপুরী ঐখোয়ন থম্বাল হৌভম পুখ্রী পাং, ঈশিং লৈথোম য়েংশিনব তাম্ম।

মনি — মীগী য়াদ ঐখোয়না থবরদগী পাদোশরুক ঐখোয়গী য়াম্না মীবু পাহন্দুনা ইমিং চংনবা তৌরিয়ো।

ইবো— মিং চংপদ নত্তনা শেলস্মু য়াম্না ফঙ্গদবা অম নৈগে, ময়াম্না লিংজেল মান্নরগ লাইবক য়েংউসি হায়রবদি।

মরৈ— লান মতুঙ্গি ক্ষিভম কস্রব মক্তমসিদ শেল য়াম্না পায়রুবগী থুংভ শেহ্লিং মনম্না কোকহৌদবা, শেলদি লৈত্রবা মণিপুরগী থুং অমুক শেল পায়রক্রবা থবকপু লৈরবদি, ময়াম্মক লিংজেল মান্নবা করিগী তৌরোইদগে ? থম্নসি হায়দোকপিরকউ, ঐস্মু অম হায়জগে।

ইবো— লান মন্নংদ বোম্না নোংমৈ মরুন পান্দুনা শিথিবা মথে শিখ্রেকো!

মরৈ— শিখ্রে।

ইবো— বোমগ নোংমৈ মরুগ লোইনরকপ য়োক্তেক থাংতেক মরক্ত য়াওরকপ সনা লুপাদি কদাইদ চংখ্রে ? নোট অহনবা পেত্রেক পেত্রেক লাওবা মপুন্দু কদাইদ মাংখ্রে ?

মরৈ— অয়াম্বন কলিকাতাদগী ফী, গাড়ী, ঘড়ি লৈবদ, পাম্বীগী হাব ওইনবা য়াখোংদ মাংখ্রে। থরাদ মথুং চেংপ শিজিন্নবা হৈবা মহাজনশিংগী শেঙ্গাওদ লৈখ্রে চেংনা।

ইবো— অয়াম্ব মীন অহাওবা চানিংবা, অফবা শেংনিংবা, মুভাইবা হৈবগী নেশাদ পায়হৌরে, শেলদি লোইনা থকখ্রে।

মরৈ— শুভম লৈতবা, মরল লৈতবা, মহৈ হৈতবা অনংবা প্রজ্ঞাশিঙ্গি মুভাহথংনবা শম্বীবু করিনো ? লম্বোইহুন লাই নিংলগ ভিক্ষাদ ফংবা থরবা পেম্ব Simple living high thinking হায়বহুরাও ?

ইবো— মীতৈন পাম্বিব মরম্বোইদি কল্লিতৈদ নত্তে, শ্রাদ্ধ শম্নব শিরমদাইদ পোইবদনি। মণিপুরবু ইনাকখুলহনগে হায়রবদি মীরৈবাক্তদি মমল কাব মণিপুরদদি হোংব পোং য়োম্ব তায় ।

মরৈ— করি করি পোৎনিনা ?

ইবো— গঞ্জাগুম জলদ পংহো শৌত্তব অহোংব পোং মীরৈবাক্কদি য়াম্ন পামজ্রব জাৎ।

মরৈ— মণিপুরন মনিং তৌব মীরৈবাক্ত গঞ্জা পংয়োন য়োম্ব বেরা লৈরি ।

ইবো— ঐন হায়দোরিবদি গঞ্জাগুম্ব হায়বদনি গঞ্জামক নত্তে।

মনি— অত্তুদি করিনো তারসিদন তাইভো ?

ইবো— অক্ব জগোইগী পার্টি পার্টি পৃথিবীগী চাওর চাওর সহরশিংদ থাত্তুন শেল পেকহল্লুব! অদুম তৌরব অম লাম্দগী খুম্ব শেলয়াম অত্তু থর হজিনগনি। প্রাইভেট কম্প্যানিবু মণিপুরগী জগোই মচেৎ মচেৎ শেগাইত্তুন লংকৈদ পংয়োন য়োল হল্লোইদবনি, গঞ্জাগুম্ন ষ্টেটনদ য়োনগদবনি ।

মরৈ— ঐখোয় জগোইদি মীরৈবাক্কবু হেন্ন নিংথিন হৈখ্রে। হুজিক ঐখোয়ন ইউরোপ আমেরিকাদ পার্টি অম পুহুন চৎসি হায়রবদি অহৈব মীবু ইথোক থোরকওইনে ।

ইবো— তানিংদব য়ানি—my dear, মণিপুব মচান জগোই খরদ ওইরবস্থ হৈতব হোনদে।

মরৈ— মী অতৈগী য়াদি থম্বু থম্বিখো, ঐখোয় ইবেম্ম মনিরৈমবু করি করি জগোই হৈবিবগে ?

মনি— মীতৈ নুপী ঐন কাবক কাবক্ত ওইরবসু হৈরোইদব জগোই করি ওইরবনো? অমত্ত তাকপিয়ু তাদবু।

( হৌগত্তুন মফি শেম্মি। )

মরৈ— কৃষ্ণ অভিসারগী জগোই মতেক অমত্ত দর্শন তৌজগে ইবেম্মা।

মনি— তাইডো পুং ডহাক্ত য়ৈবিয়ু। (জগোই শানব ফী শেম্মি)

ইবো— পাবুঙ্গ পুং অসি য়ৈত্নন শাগ্নে হায়ত্নন রা থাক্লোইদ্রাও?

মনি— য়ৈনপুং য়ৈবদ করিগী শাওরুদগে শান্নবসু নত্তন।

( ইবোহনন পুং লৌথোকুন য়ৈ, মচন্ন কৃষ্ণ অভিসার জগোই শাই, মরৈন নুডাইন ডক্ক য়েংই। )

জগোই ডহাক শারগ কৃষ্ণন ভঙ্গি শাত্নন বাঁশী থোংলগ মোইবুংন ইমুংদগী লোইশিল্লকই। মরৈজাওন ওভরকোট লৌথোকই, ফু রংথাওদগী লথোইবগী টুপি লৌথোকুন উপই, কম্ফোটরন মডক্ত য়েংলগ কৃষ্ণদ ওজিন্দুন খুরুখুদক কুম্লগ— মথাগী শ্লোক্ক থী:

"স্মর গরল খণ্ডন মম শিরসি মণ্ডনম
দেহি পদ-পল্লব [illegible] ”

দণ্ডবৎ তাহুন খুমনাই ইবোহনন চিঞ্চংলি।

মনি— মুডাইত্রা কমদৌহি ত-মরৈস্নাও।

মরৈ— মুডাইমনখ্রহুন পুকম্ব [illegible] ইবেম্মা।

ইবো— My dear, মণিপুরগী অসিগুম্ব [illegible] Europe তা আমেরিকাদা উবগদ [illegible] show অমদ লুপা লিশীং ২০/৩০ [illegible]?

মরৈ— My dear ইবুঙো, পূজাদ বেহুদ অসামগী মফম মফমদ লৈত লাইরগী জগোই লিখাই অম, লাইতং অম তাইব পংচং চংনরবস্তু, নিংথৌ লৈবাক অমগী গঙ্গা য়োম্বগুম রাধা কৃষ্ণগী জগোই য়োন্দুন চাবসি অপংব ঐগী মোত্তা ভক্তি মাংদোবোই নিংঙৈ। মতুগী শরুক লোমী, শিল্পী, মীচম প্রজা পূন্নমক্কি য়ুম্বান কৈবান ফগৎহন্সি, শেংপ চাব হেনগৎহন্সি হায়রবদি ব্রা অম তৌসিনে।

ইবো— করিনো হাইয়ু তাসি।

মরৈ— ময়াম্নবু লিংজেল মান্নরবদি ইরাই লাইবক্তাংনি।

মনি— অদুবু হায়বোনে তাদ লখোইবা, শান্তিদাসকি শাই-ওন।

মরৈ— (টুপি লৌথোক্লগ) পাঙ্গল কাল্লডৈ লখোহহন ফক্ষা নিরগ চাদৌশরুক লিংজেল মান্নরবদি মাগপুবগী মা শংস ওথাক মুডাইনব লম্বী লৈ লৈম। লিংজেল মান্নদ্রবদি লম্বাসি শেম্ব য়ারোই, হায়দোক্লুন কান্নদে চীংন কোইন পঙ্খাবী, লমন্নাইদ ফালগুম তোঙন কাইদোংভন নাইবী, চাংউ মহাদেবন শেম্বী শকহেম্বী, মাগ থোকপ লৈবাক্ত শাই ওম্বী।

মনি—

মৈত্রবাক্কি মস্তুং শিন্দুন হায়জরি ব্রাশক্লুন মনিরৈমন।
থাজবিয়ু মীরৈবাক কাংলোন হৈরব তাদ মরৈক্তাও।
মান্ননি লিংজেল মীপুম তিংন লৈবাক কান্ন ব্রাবু শোইদ্রবদি।
অকম্ব নিংথৌ কয়াগী পোক্লভম্নি, পাওনা-টিকেন্দ্রগী মরানয়াহনি।
পাণ্ডব অর্জ্জুনগী মাহম্বীভম্নি, বভ্রুবাহনগী লাল্লাভবুংনি।
পাম্মোইবী থোইবাগী লীলা ফম্বাক চিত্রাঙ্গদাগী মপামদ,

মবুক পিকপ মরৈবাক নিংদব, পোক্লোই মীতোকচাক।
হাইয়ু তা সি করি লম্বানো মীতৈ লৈবাক মুডাইখৎনব।

মরৈ — হায়জরগেকো my dear ইবুঙো, য়েথাইব থিঙ্গাইব পুম্ন-মক্কি মপু ওইরিব ওঁ নমঃ গনেশ দেবগী অবতার ওইবিরিব ইবুঙো।

ইবো— অপম্ব লৈতন হায়নিংবদ হাইমু লাইবক থীরব ইরৈবাক মচাশিংন মুডাইখংকদব র অশেংব ওইরবদি লৈবাক্কি নহা-রোল পুম্নমকপু মনিরৈমগী মবুং ইবোহল ঐন লুচিংহুন নতুং ইনগনি।

(কাম্ব অচৌব অম ইন ওইন হায়গত্তুন, ফৈজোম অম কৌন শেৎ, ত্রিশূল মানব অম চৈশু শু, মখুৎ নামন চুরুট অচৌব অম খুরক্ত চপ্তুন থক মহাদেব হায়রপ মান্ন পাবুং চংলকই)

পাবুং— অডাংশা! নখোই করি ব্রারী শারী? কুমসিদি চেং তাং-দোরি চেকশিল্লুকো, মরম ওকউ— জগোই ইশৈ, লাই হরাওব, থাবল চোংব, বৃন্দাবন চৎপ মশীং খর হল্লো। নখোইবু ভসি লৈশাবী পাখং হৌনহুন লৌবুক লমহাংদ চাক চাব চত্তোরিব্রাও?

মরৈ— চংলোই পাবুং— (খুরুমই), চাব থকপ ব্রাত্তনব— লৈবাক মুডাইখংনব ব্রা তান্নজরম্মিবনি।

পাবুং— করম করম তৌব' হাইমু তাসি— লেকচর হায়হু তো। নুপীমচা, ঐন কোইরুব লৈকাই মশীং কন য়াম্মে, নমাশি হুজিক ফাওব লেংখৎত্রব্রা?

মনি - হৌদোক্লগ শাওই, লেংখৎত্রি পাবুং।

পাবুং— অঙ্গুইডে চীংদগী চেল্লক্কুন মৌ অনৌবী শারিবৈভদদি ব্রাকচীঙ্গি উন খ্রং খ্রং তাব অয়ুক্ত ভস্তা হৌতুন থাম্ব য়াদন তুমঘীবুং ব্রাই তৈরম্বী মুপীনিদো ! হুজিক্তি পেন্সন ফংলদুন, মচা চাওরদুন, মুমিং মাঙ্গোম ময়াই য়োরফাও হৌগংত্র-বোইরে— মুংশিদা হৌখ্রব মতম ! ( ফক্লাংদ চৈশু ভারগ ) হায় পার্ব্বতী ! ইহে কাওথোকউরে, চীংনিংথৌ মচাম্নুপী শিজা। হৌগংঙ্গোনে ইবেম্মা, হুজিক্কাঙ্গী মৈখু অভোবসি হৈনদে, অয়াকপীদু অমত্ত শেম্মকউ অইংবসিদ চিঙ্গনে ঐবো। (চুরুট মতেক হুঙ্গেকখি, চৌকী অমদ চংদুন ফম্মি) করম করম তৌব নথোই ব্রাদুবো ?

মরৈ— ভারত লৈকোন্দ শাংঙ্গিবী লৈরাং লক্কুগী অথোইবী, অরাং নোংপোক চীদাইদ ভাল্লিবী মনিরৈমগী পাবুং, লাইনিংথৌ মহাদেবগী শাইওন ওইন পাল্লিব পাথৌ! অরাবনি পাথৌ, করিবু হায়ন 'হঙ্গংসিগে— লান্দুঙ্গি মণিপুর, শেত্রে চাত্রে মতিক চান, মীরৈবাক্কি থাক্ক চাংদম্নবদ অপোকপ। লম্বী থোং য়ুমলৈ কৈরৈ, লৌউ শিংউ থুংশাগী থবক, মিংয়েং তা-বিয়্ হন্দ্রকইব ফিভম লৌমী শিন্মী মীচম প্রজাগী অঙম অথৌ থরগী ময়ুম মকৈ পংশাদ শাব পংকেদ কেবন মীরৈবাক মচা থরদগী চাওভম পোংভম গাড়ো থোভম ওইবন চাওথংপ ওইব য়াত্রা চদংনরব শেগাইব শেংলব জগোই-লৈবাক্কি ? পেন্সুন লৈবিরগেরা মীন পীব পেন্সন, পিজব পিথকপ থরন পাবুং ? অকনব নচা কয়া পোকপ পাথৌনি মীন শিন্বসি মুভাইরিব্রা ? মপুং ফান ইনিং তম্ব ক'দুন লম্নাই শিঞ্জরবদি

রাংপ নৈতব সনা লৈবাক্তি, খরন শেং খরন শেংত, খরন চা খরন হেন য়েংব মুডাইরিবা ?

পাবুং— চুমই ইচান হায়ব, ইনিংতম্ম লৈবাক মুডাইনব শেমজগে য়াক্রবদি লান তৌব ভাই। ইপাগী ইবুংভোহল, চিঠি ইয়ু— লানবুং থিল্লু— লৈবাক্কি অঙম অথৌ ময়াম কৌখৎলু। কদাই পুংহু ঐ থিনগে। (পুং পৌখত্তুন মরু থিল্লি। পুংলোনগ তান চান হাওজগোই ফিজেৎ শেত্তুন মমাশিঙন জগোই শাহুন থোরকই ইশৈগ লোইনন)

ককচীং করাং, রাংমু মোইরাং,
মীতৈ ইম্ফাল, ময়াং য়ুম্ফাল,
মৈনম মাইবম, চাওবম থাংগম,
লৈস্রাম সেকমাই, মহী মপাং,
থক্লে চারে, ভাওরে ফৈরে
লমচৎ মাংলে, পাঙ্গল শোল্লে।

পাবুং— (পুং থারগ) হরাওবগী পুং নত্তে পার্ব্বতী, লানগী পুংনি।

পার্ব্বতী— মুপীমচা, নং পাবুং ভসি অয়ুক্কি খুদোং ফাল্লিরোই ভাম্বক অমত্তুং পরপ পরপ চেল্লু।

মনি— শেম্বদি হৈত্তন ঐদে।

পা— ঐন শেম্লম্মবনি মৈদ হাপ্পগ পুরকউ। লান হায়বু মাই পাবুং, জর্ম্মন জাপান অমুক হৌরকপ, আমেরিকান খুংলাই পীহুন পাকিস্তান ভারকপ লানগা ?

পাবুং— মীরৈবাক ঐখোয়দ হৌরকপ লান নত্তে।

পার্ব্বতী— ছোয়নে ঐখোয়দি অরৈব থর শেচ্চ চাক্তরগ পংহোদ হরাওহন জগোই শাব ইশৈ শকপন ইথৌনি হায়ব ।

পাবুং— তাখো লোইদ্রি শিক্ত, মুভাইব হৈব থরদন মুভাইবনি, অয়াম্ব প্রজাদি য়ুম্বান কৈবান ফত্রে, মতু কোকুব মরু হায়বু মীথা পোন্দনব লান হোৌব, অতুগ লৈবাক্ক য়ায়েন থোদা ইশান পাযক্তব শিঞ্জব । মীরৈবাক্তগী লাকপ অরাংভম ফম্বন শিম্বিবদি প্রজাগী মনিং থুংদ্রে, মথোয়ন ফিরৈদ দক্ষিনাদি য়েম্থোক্তন য়েপ্তুন পুথিবদ লৈবাক তুম্মে, অসি নত্রা ইচাশিংন হায়রিবো ?

(মনিরৈমন গঞ্জ ভাম্থক অগ পীরৈ পাবুংন থকই কম্ম চিংহন)

মরৈ— মানি পাবুং মতুমক্তি । ভয়া ইবুঙোনস্থ লৈবাক্তি ফনব য়াবু ওইরবদি ময়াম লিংজেল মান্নন ইতুং ইনবিনি তাকপিথি, অতুগ ইবেম্ম মনিরৈমনস্থ মীপুম তিংন কেংবাংহনগনি য়াবিথি ।

পার্ব্বতী— নিপাম্মচা. নংন থোমদোরিব লাম্মাম কনা কনানো করম্ব মীতানো ?

ইবো— ইমাসি ঐগী মী হায়বু নোংমাইজিং থুদিঙ্গি ঐথোয়দ লাকপ গঞ্জা থকপ ইশৈ শকপ কাংবুহম লৈরেদন, নুংদাংয়াই থুন্দ চংউরগ হায়বং হায়র' থোরকতুন কুম্মে ফিয়োং বাসক লীলা থিব কোয়চং চংপশিংহস্থ লৈরেদন,— অতুদগী মাতিক চাই থংদে চাদে থংদে, চৌকী ফম্ব বাবু ওইগে হায়হন কোইথি থিব ময়াম লৈরেদন,— অতুদগী মীয়াম তিনব মফম মফম থৈদেন্নচিংবদ শঙ্খ শঙ্খ ফুরিংথাওদ ভাহুব চংপ কাংবু, লানগী নোংমৈ অমম্ব থুনহোব পায়রগ থুং লিংহন চৌক্ত লৈব ইনাক

খুন্ন থিং কাংবু, অদুদা চংপী ছাত্রী তিংবদ খুনেক চংপ কাংবু য়াম্মিদ মীবুদি। হীনং হৈথা তম্ন ফংবগ, লান্দ মাই হেক পাকপগ নংন নংন পান্ন ফম, নুপী, লম্বুম, য়ুম ইস্কোল নাত্তক নপা চাব চানব পীনি হেক হায়বদ, লান য়াওজগে হায়তুন পংথোক থোরক্কনি— লান্মাগীদি নুংশা থিবিক্লন্নু।

পার্ব— নিপাম্মচা নঙ্গী লান্মীশিংতু চেং সের মেরুক অনী চাব ভম্ন মীশিংবু পংয়াম য়ামদেদা। লান্মা হায়র্সিদি থকসি থাসি নাইদব য়াদে চোক্টথোম থোম্বন পংকান কান্নপোৎ নত্তে। মথোয়তুদ থাবল চোংবীদফাও লিংজেল মান্নদে। মথোয় মশেন্দুন ওন্সদুন থংনরক্কনি থিত্তং ব্রাবদা।

মনি— অতুগী মথক্ত হুজিক্ক লমী লান্দনি ফর ফরব নেংমৈ, বোম, মাহাং থুংল হৈ য়াম্ন লৈনি। পেক্লাওবা পায়ব ঐথোয়গী লান্মীবু মেচীনগন মমাংদ তাঙ্গোই ওইনব থাজিল্লুবস্নু কান্ন-পোং নত্তে। লান চংশ হায়রগ নুপী ময়াম চংব। অতু মত্তাই লাইবক য়েংসি হায়রগ।

পার্ব— মতুম্নু হাজাক্ত কান্নপোং নত্রে, মতমসিগী পুলিশ, সিপাইন চিংবদি মহৌশান ময়ুম ময়ুমদ নুপী ফুবদি হেনরকপ ডাক্ত-নিন, নিপা মমান্নব থেংনদোশক্লক নুপীদ থন্দুন য়েজরগে হায়রি কোঙ্গাই অমদি।

মরৈ— অহান্নদ ফোংন হৌগদব লান নত্তে ইনাসি। মবুক তুমদব, কও ফত্তব অডম্ব, বাবুশিং অমমম্ন, অনা থনা, লোম্ন লোম্ন, মরক মরক্ত লোইশিনগদোবনি।

ইবো— My dear গী ভাবসি Terroriat পার্টি লিংসি, নৈবাক্তি

য়েরুবশিংবু লোন্ন লোন্ন লোইশিন্দুন কিহনসি হায়বনিনে।

মচু থন্নব য়াই ।

( গঞ্জাগী নেশান পাবুং মিৎ ভাংখ্রে, মণ্ডক ত'ন থাদুন মওদ থাবন ইশৈ তাখ্রে। )

মনি— অমত্তং ফাবদ মথং মথং হায়দোক্নবক্তুন লোইনমক চোপ-তুন তোক্নি। মচিক চাদব, মরিল লৈতব, মরোশিং য়াৎপ মী পংথোম থোম্বন কান্ননি থাজদে।

মরৈ— ভসি হিরম অসি থন্নব য়াজনীতি পার্টিশিংগী মীহুৎ ময়াম তিন্নগদোরি। অথন্নব অকব মী থরদন তৌগদবনি, মুংশা থিবিক্নু। My dear মতম ওইরে, meeting ভহাক য়াওরুসি।

ইবো— লেংদি লেংউ'সি my dear, ইথুংমক মী চোপ য়ানব, লানগী নেশাচুদি সত্য, ইংরাজী তন্মুবদগীরা করিনো, লোইন কোকখ্রে।

মরৈ— সিনেমা য়েংদোশরুক পাওনাগী থোংজোম পর্ব্ব ভীমগী য়ারী থর থর তাওনে ভায়া লিন্দা ফবিগে হায়রবদে।

(চৎমিন্নখি)

পার্ব্ব— নথরাইন য়াদব থবক্ত নমিং পাক চন্নুখ্রকো, নমিং সহি তৌরুনু।

মনি— মমান্নব ময়াম, তৌব থবক্তা খম্মুনু ইমাসি।

পার্ব্ব— নংন খ'ং'াং নাত্তে নুপীমচ, থাইনগী মরিংজেন্স লৈব মরৈবাক। নংব নহারোলচু নত্রে মথোইসে, মতম অসি মতম অমনি, ওষ্টরব খিৎতং ফংনংগীদমক, মরৈবাক মরৈকাই মরূপ মপিন্সা, য়োম্মোকপদ হন্দোকপদ হলেংনজ্রব মজ্জিম।

মবুক শেংদব ময়াম তিন্নহুন অরোম্ব থবক তৌমিন্নরবদি থানা হরাওহুনদ তোক্কনি।

মাগী পাবুংবু চেপ্পিরব্রা ? হৈ মচেৎ অমত্ত লৌক নুপীমচা। মড মুডাইখ্রব অম তমগে। (মনিরৈম চংখি)

চানন চেপ্পিরব্রা প্রাণেশ্বর ?

পাবুং— তুম্ব নত্তে প্রিয়ে, লানগী বাজাই বেঙ্গুন মখোন তাবিবনি, নংবু যাহোব কয়া কুহরবগে ? ডাম্বক অমত্ত শেম্মকউনে।

পার্ব্ব— হুজিক্ত ফানখিবহুদি।

পাবুং— লান চঙ্গে, ডাম্বক অয়াকপ অমত্তং শেম্মকখো। নংবু পার্ব্বতী তুম্মিব্রাও ? (ডাওরপ উহঁ)

পার্ব্ব— মড মুডাইব অম মডলহুন য়াহো খোংখিবনি। হুজিকপুদি মিকপ থোক্লে।

মনি— (মপাদ হৈ মশুং অম পীরগ) করি মংনোনে ইমাসি ?

পাবুং— করি মংনো তাসি ? (হৈ চাই)

পার্ব্ব— নোংচুপ লোমদগী থরাম্মিচাক ইরং লংব মতুম অম পায়রক্লগ ঐথোয়গী লৈবাক অসিদ তারকই, তাব কান্দ মশক মতৌ ফজব্রব, মরল লৈখ্রব নিংথেম মচা পাথং অম ওল্লে হায়ন তৌই। ঐথোয় নুপীমচাগ নিপাম্মচাহুগ কয়া য়াম্ন চায়রে. ইয়া ইবুডো নিংথৌ মচাসিন লৈত্ত লাইর অরাং অপ। অমত্ত লৈহল্লরোই, য়াম্ন মুডাইহল্লনি, ঐথোয় পূম্নমক হরাওরো হায়হুন তৌরম্মি।

পাবুং— ইমাক নিংথৌ মচাহুন হরাওরো হায়রে হায়হুন নং অসাই তুম্ব হোগংলকপগ জগোই শাহুন থোয়কইবহু ওইরে।

মনি— মঙ্গি য়াবু ইমাসিগ পাবুঙ্গন চানন থাজকুরিসি মোংক্লিং-
লেদকো। (চঙ্গে তৌই ইমুংদ)

পার্ব্ব — নোংডাগ্রমদাইন মংব মংসিদি চুমগল্লি হায়রিপোংনি, মুপী-
মচা ময়ম ওক্ল লৈয়ু অডাং নক্রেকো নং।

পাবুং— মী য়োকে, শেম্বিগে, অয়াং অপা লৈহল্লোই হায়রগদব
মী তাংডি, নিংথৌ মচানি ক্বাগোক হাল্লু, য়াওং ইনগে, মী
য়াম্ন লোইনরক্কে, লৌ কয়া চারি ? ময়ুমদ মমা মপান চানব
চেং থাখো, ওগোই, গঞ্জা থাখো, য়াওংশং বাঙ্গলা শাও,
য়েঙ্গুং মথেল ৫ দশী তারবদি চারোই ......—...অসিগুম্ব
হায়রগদব ডাক্তি কান্নরাই শিজ। নক্রনে মুপীমচ ?

মনি— মচুন্ন হায়রবস্মু পাবুং মতিকপু চারবদি, নত্রে মীত লৈরিদন,
ইমাসি, লাইবকশা তিন্নব হায়ব। থংদেদ ঐদি—। (চংথি)

পার্ব্ব— ঐ ভাস মাইবী-শেল হুল্লুবিগে। ঐগী মংচু শোইরোইদব
মংদানি। (চংথি)

পাবুং— অওইবনি কলি যুগসিদ লৈত লাইরব ময়ামগী খল্লুবদি—
মরল লৈগ্রব হায়রিবমথৈ য়াব ইমাক অমত্ত পামইদা।

# সনা চহি মঙা



## ১|২

মুংখিল মুখিদাংবাই, লৈকোন অমদ চৌকী অমমমদ কোইন কমচুন লৌজা, লেমজা, ইবোহল, মরৈজাও অমসুং মনিরৈম বারী শারি। লৌজান অংমোংপ ফী, লেমজান অকোংপ অমম্ব শেং ইন্নি, উবদ নংই হায়ব থংই।

লৌজ্ঞা— লৈবাক মচা ইবুঙোথোয়, লৌ উচুন চাব ঐথোয় মী ওইত্রে। লৌশান, সন্সান, খাজনা, ফৌদি. অভাংমুবীগী চহি অম শেংনব চানবর্দি শোইব য়াদেদো। শোইরকইব, শেংগাইগল্লিবন মতম চাব নোং, ফৌদি অফব, মরু অচংব, লৈহাও, পোখোক, হকচাঙ্গ পাঙ্গল, লম্বী খোং, লৌ উদব মতমদ শূম্ননব থবক, হত্রা মুংশিং লাইনা জাং জাং। ইলেক্সন মমাংদদি লৌমীগী মী ফন য়ামদোবোই নিংলম্মি, হুজিক্তি করিনো ইম্ফালদ চাক চারা অমত্ত হোটেলন লেম্ন পীক্তবগী থবক লৈত্রে। লৌরাইদ কুম্মকপদ হাওরবস্তু হাওত্রবস্তু ঐংখোয়ন থাকথিব মী সত্য মশীং য়ামখ্রেদা! ঐ লৌমী ময়ামগী মীহুংনি ইম্ফালগ লৌরাইগ তোঙম্ম চানরসি হায়গে কারক-ইবনি। ঐখোয়ন লৈগেবু হায়রুরবদি মথাইনা পীব মোজা-ফুরিত্তু সিকি মঙা লুপা মথাইদগী তাপোং নত্তে। শেংত

চাদত্থন শিদোশক্লক ইম্ফালগ থাং শৃংনবগে হায়রত্থন ঐ কাজরকইবনি।

লেমজা— তাধন শাওখিনু ইম্ফালদ লৈব ঐখোয়ন তৌব নত্তে। ষ্টেট সরকারন নখোই ঐখোইবু খংননব চান্নদনব নখোয়ন তৌব থবক্ত পূন্ন য়েংশিল্লক্তনব লিংজেল মান্নহল্লিরবনি। ইম্ফালদ লৈবশিংসু বাবু ভান্না সরকারগী থবক তৌব, লৌ চাব, শেল য়াম্ন লোইব, কারবার চাওন তৌব মী থর নত্তুন অতৈদি য়াম্ন নংনরবপোংনি। থর শূবগী তাধনখোই চারিংবনি হাওত্রবসু, ইম্ফালদদি থবক শূনিংভাই লৈতত্থন য়াম্ন নংনরবপোংনি। লৌমী, শিন্মী, মীচম প্রজা ময়ামগী অরাব কোকহন্সি হায়রবদি তাধন লৌরাইদ লৈরিব লৌ ময়ামসি লৌশূব মীদ চপ মান্নন য়েন্থোক্তুন উংস্ব লৌশাল খিত্তং তম্মগ, থাজনা থরদং থিরগ; ইম্ফালগী কারখানা, থবক শূনিভাই পুন্নমক শূগদৌরিব মীশিংবু চান্নাইংস্ব মহাজনগী নত্রগ মপু ওইরিব ষ্টেটকি শেন্দোং শেন্দোই থরদং পীথ্রগ। মত্থু পাম্বিত্রাও?

লৌ— কৈদৌন পামদদগে মত্থুদি ইনাও ফজখ্রপোংনি। মত্রক্ত লুরির্বাস ইনাও, লৌবুন লৌমীদ লৌ পীথোক্লগে মহাজন্ন কারবারত্থু শূরিব মীদ শিন্নথোক্লগে হায়রকত্রাও?

লেম— মত্থু থোক্লব ইংনিম্নাও ঐখোয় লৌরাই ইম্ফাল, চীংতম হিন্দু পাওল থায়দন লিংজেল মান্নরগ মশান য়ান লোই হায়, মুন্দুন লোই হায় তোগদবনি।

ইবে— লৌমীগী লৌ, শিন্মীগী থবক রাজ্ঞনব য়ুম্নান কৈবান

ফগৎনব লম্বীসি লাইন চাওন লৈরে হায়ব উমরে। মসিদ চৎপ য়াত্রিবগী মরম হায়বু লম্বীসি কম ঙাকই, নোংমৈ পায়ব মপাঙ্গল কম্ব সরকারগী লান্মীন পুলিশন। মথোয়দি তলব চাবনিন ঐখোয়গী ইরক্ত তিল্লু য়াদে। কাংলুপ অমগ কাংলুপ অমগ তিম্নদনব, মীগ মীগ চান্নদনব য়াম্ন কম্ব থোম্নাং অম শিল্লি সরকারন।

লৌ— লৈবাক্কি মমা মপা ওইদুন শেম্বিগদব সরকারন থরবু মুঙাইহন থরবু ঈ্বাহন, প্রজা মশেল লিংজেল মাম্নহন্ত্রিব কাংলুপ কাংলুপ নাইহল্লিবসিবু করিগী সরকারনো ? লৈবাক্কি মুঙাইনব লম্বীবু নোংমৈন ঙাক্তুন চৎহন্ত্রিব করিগীনো ?

লেম— ঐখোয়ন শেংন ঙাকচব লৈবাক ওইরবদি অতুক কত্তব ত্তোরোইদবনি তধন। ঐখোয়বু হৈরোই হায়তুন মীরৈবাক্কি খুংনেক্ক ঙাকই হাইয়ে, খুংনেক্কদি প্রজাগী অরা অনা, অম্নাং অপা মুম্ন থংনিংপোৎ নত্তেদা।

মনি— লৈবাক অসি প্রজাগী মীহুৎন ঙাকপ কৌরি, মরমদি ঐখোয়গী মীশ্ন দিল্লীগী আইনসভাদ থারি। থবক পুব মী থরন দিপার্টমেণ্টশিংদ মকোক ওইবগী মীন ঙাকপিবোই নিংনবনি। মণিপুরগী মতিক চাব মীবু লৈরবদি লোইশং লোইশংদ মকোক করিগী ওইরোইদগে ? মনিপুরী মচান মকোক ওইরগন হেম্ন ফত্তে, মীচং মীথাই নাইগল্লি, শেল চাই অচান অরাই নাই, মাগী কাংলুপ মরী মতাদগী ফনব তৌই হায়নরি, মসিনি অরুব হায়বু।

মরৈ— ঐখোয়বু মত্তিক চাদে, ফম অচোব কারব মীম্নু মীচং

মীথাই নাই হায়রিবসি অসোমগী মীন পাওথোকহনি,
মথোয়গী শেঙ্গা থুমজ্রাঙ্কম ওইনব লৈবাক অসিবু। খ্বাই-
দগী ফব, ভম্নবদি হায়জরিব, মণিপুরসি মনিং তম্ব লৈবাক
মচা অম ওইজব, নেপালগুম ভুটানগুম। অচুম্ব পূর্ণ স্বাধীন
ফংলবদি অপাম্ব মতুং ইম্ন লৈবাক শেমজব য়াগনি।

লৌ— মচু থোক্রব লান তৌসি হায়ব অম ঐ য়াজরে।

ইবো— কান্নরোইদ খুড়া, য়োংপাক থাংজ্রোগ মেচীনগমগ লান
তৌমব হৌনদে। সত্যাগ্রহ তৌসি হায়রবস্থ হোটেল ময়াম্ন
তম্বিতুন একাদশী অম অনীদগী হেন্ন চরা হেম্ব ভম্ব লৈতে,
তোঙাম্ন তাব থোক্রবস্থ নিংথৌ খুভম মুন্নবদ ঐথোয় মশেঙ্গ
কাংলুপ কাংলুপ য়ান্নতুন লৈবাক মুঙাইথংনব শিম্ব শংওই।
হুজিক লৈরিব ফিভমসিদ থর মুঙাইথংনব ঐথোয়ন ভমগদব
পাম্বে থিব কৈ।

মরৈ— My dear না তাকপিরিবসি চুমই, মংদ মুঙাইবন কান্নদে।
ঐথোয়ন পাংথোকপ ভমগদব হায়বু, ফত্তব অভম্ব শেলজাব,
মীচং নাইব থর থর লোন্ন লোন্ন ফেইবংসি, অচুম্ন তৌরবদি
ইরৈবাক্তি অভম্বস্থ মীরৈবাক্তগী অভম্বস্থ ধর্ম্ম নত্তব থবক তৌব
কীগনি। অভম্ব অম থোরকপদ ঐথোয়ন ভমশিন্দুন শেঙ্গ
অচুম্ন চাও মী অচুম্ন শাইযু, মীতৈদি পংখ্রবনি... ...অসিন
চিংব হুন্দুন চৌরোঙ্গ তৌরবদি লম্বোইব ওইন থোরকপ মীস্ন
হূই হোদোংগুম্ন শ—ঙা অপুম অশা ফাওব চাব তৈরবনি।
ঐথোয়ন লমচৎ ফজ্জরবদি মীরৈবাক্তগী লাকপন ঐথোয়দ
করম্ন অম্নাম্ব ফত্তব তৌব ভমদোরিবনো। মী ফত্তব থম
হাংসে লৈবাক মুঙাইহন্সি হায়রবদি। (ময়াম্ন খুবাক খুই)

ইবো— নমথাক লৌনমদ চীরোল্দ পুক থল্ল য়ারক্ত্রবদি কৈদৌরগ লৈবাক্কি ফগৎকদগে ? লৈবাক্কি ফরবদি ঐখোয় খুদিজি ফরক্কনি, "হায় লৈবাক্কি কোয় ইরন্নাই" অসিগুম্ব য়াখৎসি লাক্করবদি লৈবাক শেম্ব লাইন থোক্কনি। অতুদি নত্তন কাংলুপ কাংলুপ নাইতুন পার্টি থোমতুন মথল মথা অয়াম্ব তাংন মীবু থাক্কল্লগ লৈবাক্কি মমিংন চুঙ্গোই ওইরগ কাং-লুপ্তুগী কান্নবন থাংশাং ওইতুন মীচম প্রজাগী থুঙ্গদব শক্তক মুল্লবদি লৈবাক অসি কৈদৌল্লুংদ মুডাইরোই।

লৌজা— সরকারন, লুট চংনবনিংমু থংদব লৈবাক মুডাইনবনিংমু থংবব পার্টি ময়াম লৈহল্লিবসিবু করি কান্নরিবগে ? পার্টি মশেল মুক্লবদ চিংনবদ লৈবাক্কি কান্নব ওইদোরিব থৌরাংতু বং বং তংলগ করি কান্নবগে ? মমিংন ফজরিবদি লৈবাক শেমদোরিব পার্টি, লাওরিব খোল্লাওদি চাক-ফা য়াংহল্লোই-দোরিব কাংবু— তৌথোরকপ থবক মতু শোম্ব, লৈত লাইর-শিংগী ওইজব মাংহম্ব, ঈ চুপ্প ! মখোইসিবু থম্বগী করি কান্নরিবগে ?

মনি— কাংলুপ নাইব পার্টি লিংব মতম অসিগী চৎনবিনি, ফরবদি য়াম্ন কৈ, ফত্তব ডাক্ত উব য়াদে। ফত্তে থংব পার্টিবু থাজ-বিক্লনু, মখোইদ ভোট পীক্লনু, ময়াম্ন থাজনজবাদ কয়া কুইন ইকাইব থাঙ্গলগে মমাই ফন থারবসু। মতিক চাদব, লৈবাক্কি ফনব তৌনিংদব, মখোয়গী কাংলুপ্তুগী য়েংব, মীন ইশিংলগ ডা তাংবদ পাম্ব, হুইন নিল্লগ মনাদ থানিংব ওক্তি পার্টিদি মথল্দ শিজখিনি।

মরৈ— লৈবাক্কি থবক পুবদস্সু, পার্টি লুচিংবদস্সু মী ফত্তবন মকোক ওইরবদি লৈবাক্কি ওইজব শিংলি। ফত্তব ফম ফত্তব পার্টি লৈতে, মকোক ওইরিবশিংদুন ফত্তদুন ফম অদু পার্টিদু চাক চগ্রীংন কৌর্তোন মাংথোকপগুম্ব মাংথোকপনি। ফত্তব মী মশক থংনব লাকুব, অদুগুম্ব লৈবাক্কি তুম্মনশিংবু লৈথা তাহন্ব নত্রগ হাত্তোকপ লৈবাক মচা খুদিঙ্গি মথৌনি। অদুগুম্ব মীগী মরাল থিগে, তাকথেঙ্ক, লৈবাক মাংদ ফৌহন চুমথাং নমথীবী ফোইদংদুন ময়ামগী কান্নবব তৌগে হায়দন— মাঙ্গোল্দ চংদুন চৌরোল তৌরুরগ চাকলেম ফীরেম কংলকপ অদুন মুপী অডাং থাক্কে থনবন য়াম্নবদি লৈবাক্কি চাওখংকদব মতম রাংলি। লৈবাক মুডাইহনগে রাহনগে প্রজাগী মথুত্ত লোইনা লৈরপোংলি।

ইবো— প্রধান জ্ঞান তারকপ, লিংজেল মান্নরকপ, অকৎ কাংলুপ থোরকপ, ফত্তব মীন মকোক হায়গংপ য়াদব, মতিক চাদববু য়োক্কুন থম্নদব মণিপুরগী চাওখৎপ হায়ব গাড়ীদুন শনগাড়ী-গুম্ব চত্তদুন হরাগাড়ীগুম্ব য়াংন থোরদোব মতমসি ডাইব রাব তারিদা লৈবাক মচা ইবুংঙো ইবেম্মথোয়!

লৌ— লধী লৈথোম খুকউ য়োব, উরোকথোং, মহাজনগী শেন-দোই, থবক রান শূরগ চাক পুক থন্দব, কুম্মৈ ফিয়োং হোংখ্রব মণিপুরদ কৈজোম ফুরিৎ অনাম্ব অরূব অম ফাওব থম্ব ওমদন থাংদুন লৈগদৌ শরুক করিনে। য়াম্নরসিরা ভুপ্নরসিরা থোকপ অম তৌরসিদ— ডাইব ওম্মরোই।

লেমজা— ফিঙ্গংখিনু তাধন, হাৎপ তুপ্প হিংসাগী থবক্তু ভারত মচান পলহৈদে। পৃথিবীদ ভারতন মমিং চৎলিবসি অহিং-সাগী কৃপাননি। থাংব কল্লগ ফমমে ফমই, শাইব কল্লগ ওইনমই হায়ব য়া লৈ। গণতন্ত্রগী যুগ অসিদদি পার্টি শাইদব য়াদে, প্রজান লৈবাক ভাকপ তাবকপনিন প্রজা মশেল মিচং খোমজিন্দব য়াদে। ঐখোয়সু পার্টিদ য়াওব কৌবনিন হুক্তিক ময়াম পার্টি চৈনখিবহু স্বাই স্বাই হেকমক লাওই। য়াবু হায়জরিব, ঐখোয়ন তাইনভম থংগ্রব মতমদ সরকারদ নত্রগ প্রজাদ হেক্ত তাইনৈ। সরকারসু মিত্রঙ্গি চৈন, তম্ফা-খুদোপ য়াইখেইবীন হুন্দুন ভসি অহিং মণিপুরগী য়', ঈ, উগী য়ুম ময়ামসি মুংভোগী দলাল লোইন ওনহল্লম্মো, লম্বীপুম্ব সনাগী ইংগ্রি শিংলম্মো, অনা অয়েক লৈহল্লমু, হমুব হমুবী পুম্নমক পাথং লৈশাবী লোইন ওনহল্লো হয়েং নোং ফুং ভান্বদ; মহুমক্তি য়াদবনিন থর ভাইখিব তারি। প্রজা ময়ামসু লৈত লাইরন হাকময়ন হুক্তিক হুক্তিক্তি অভাংন চানব মুপীন শেংনব লৈতবদগী, হা তাত্তোন, অশেংব হায়নি, ফৌ লোম থাব, সন থাব, গঞ্জা কানী, ব্লেক মার্কেট, পোৎমাং লোথোক লোৎসিন য়োম্থোক য়োন্সিন থর য়াওকই। নত্তে, মহুমক নত্রবদি ঐ ময়াম মরকসিদ তিম্ব ভম্মোইদোহিবনিন হায়ব। হিংব হায়বসি শেত্তব চাদব য়াদবনিন কন লুরি।

মান— ঐখোয়গী লৈবাক্সিন চাওখৎত্রিবসে খুড়াখোইগুম্ব মী মচা উত্তাংবীগী জাৎসিন য়াম্বন চাওখত্তবনি।

লেম— লৈবাক অসিদ খুড়া খোইন উত্তাংবী ওইন অবতার

তৌরকইবসি খুড়ান ইশান পমেজতুন লাকপ নত্তে। লৈবাক সিগী হুৱা ম্নুংশিংন, লৈহাওন, চুরকপ নোংন য়াদতুন চোংথং-লকপ চুমথাং নমথোবিনি খুড়াখোয়। লৈবাক্ন কত্তুন খুড়া খোয় ফঙ্গিব্রা, খুড়া খোয়ন কত্তুন লৈবাক ফঙ্গিব্রা—ইবেম্মন সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু। ফঙ্গিব্রবসি য়েন্ন হানব্রা য়েক্লন্ন হানব্রা? ইশান অপাম্ব লৈবাক থন্দুন পোকচব য়ারবদি ইবেম্ম লৈম খুড়াদি আমেরিকাগী যুক্তরাজ্য হায়বতুদ পোকচনিংবনে।

দৌ— ভাইখো ইনাও ৱা অম হঙ্গে। নখোয়গী পার্টিদগী অফব মতিক চাব মী থন্দুন লুচাংহনগে ভোট লেপহনগে হায়দতুন মতিক চাদব লৈবাক্কি য়েংদব মী ভাক্ত থাগৎনরকপসিবু মন্নুংদ করি অর্থ লৈবগে শেংন তাকউ।

লেম— ঐখোয়ন থাগৎপ মী অয়াম্বদি মতিক চাবনি তাধন, ভোট পীরমদাইদ করি ভাংনগে হায়বু, কাখিব মীতুন শগুন খোংদ চংবগুম ইমুংদ চংখ্রগ ফীরৈদ লোন্ন সনা লুপা লিক্কোল লোৎপ য়াদে, ময়াম য়েন্নতুন শগুন খোংদ লাম্থোরক্কদবনি। অতু নত্রবদি মখোয়গীদমক ঐখোয়ন ভোট খোম্বগী করি কান্ন-রিবগে? মসি ভাব তান্নরগ, শেঙ্গ য়েন্নবদ মবুক ফগদব মতিক চাব মী থন্দুন থাগৎখ্রিবনি তাধন।

মনি— বিষ্ণু বিষ্ণু! লৈবাক অসিদি খুড় খোম্নন মাংহন্বনিদনা!

লেম— ঐখোয়ন লৈবাক মাংহন্ব নত্তে ইবেম্মা, লৈবাক্লন খুড়া খোয়গুম্ব ময়ামসিবু মাংহন্বনি। ভাব তাবিয়ু।

ইবো— ভোটরশিংবু মবুক পিকহল্লিব লৈবাক্কি ফিভম ফঙ্গিবসি

কোক্সব মতিক চাব ডাক্তর, খুৎলাই, হিদাক চংই। লৌউ শিংউ চাওখৎনব, লম্বী থোং ললোন ইতিক্কি খুদোং চানব, খুৎশাগী থবক চাওখৎনব, ইলেকত্রিক হোংনব, থবক লৈতব মীগী থবক মতিক চান থবক ফংহন্দ্রবদি. শেন্দোই খিৎতদ শেল পূব ফংহন্দ্রবদি লৈবাক অসি শেম্ব য়ারোইদোরি।

লেম— ভো'ট মতিক চাব লৈবাক্কি মীদ পীদে, ঐখোয়বু পুকচেল পীকই হায়তুন হান্তোক্কে হান্তোকপিয়ু, পীক্রব ইপুকসি থম্নব হোংনবসিদফাও অস্থক মীরা তারব মতমসিদ ইবুক চাওনব কদাইদগী পান্থেনো পুথোকপিরকও।

লৌ— লৌমী লৈখোম তৈব ঐখোয়মকস্থ স্থক রান অচুম্ব অক্ষব চৎনব হোংনরিবদ মফি নান্ন শেৎলিব হোটেলদ রারেম ভাংতুন লৈব ভস্ব বাবু ইনাও খোয়ন লৈবাক্কি মাংনব তৌবসিদি সত্য অশেংব হাইয়ু হায়রবদি থোক থোক হান্তোক্পন মতিক চাব জাৎনি।

লেম— তাধন, ঐখোয়দি ফী নান্ন ভমদে ফন নত্তব চত্তু নস্থ, হাৎচৌ হায়রিবনি লৈবাক্কিবু কান্ননি হায়রবদি। অতুদ তাধন ঐখোয়গুম্ব মীতাসে, রাবনগী মকোক তরা কক্লগ অমুক— শোরকপগুম ফন্ ফন্ হেক্ত চোংখংলক্কনি, থাং ময়া তাজসন্থ খুদাং চোকচসন্থ হায়রবদি ঐখোয়দি ইভক্সি ককচখ্রো হায়-রিবনি। মীগী মচান অহাও অহাওব চারগ ইচান হাওতব ফাও চানিংডাই লৈতন মবুক পায়তুন খাংব, মীগী মুপীন লিক্কোল মুগা শামতুন ইলং লংন লৈতেংব, ঐগী থরাই শক্লৗন পোম্ফ্রৌ শেত্তুন লোংখোনব, শিং চনব য়েংতুন

লৈদৌশক্লক কনা কনানো পুকচেল চাওব ইবুঙোখোয় ইঙল্লি ঙহাক্ত লৈথংপিয়ুবা ?

মরৈ— হায়রিব রাসি তারগ কনানো খুড়াখোইসিবু হাংসি হায়-গদব, হাংলুরো শোদোরি অচুম্বনি। লান মতুংসি য়াম্ন ইনাক খুনবগ য়াম্ন লাইরবগ কাংলুপ অনী থোকলক্লদবগী কয় লাক্লরি। অক্লব ফিভম্নি, মসি কোক্লব শিন্সি হায়রবদি ময়াম্মক অরাব থর থাংদব য়াদে। লান তৌসি, মী হাংসি ইনাক খুম্বদগী মুম্লগ লাইরব ময়ামদ মাম্নব রেম্ন্থোকসি। মসিন অচুম্বনি, মসিন ধর্ম্মনি ; লৈবাক্কি অরাব কোক্লব থরাই থাসি ইচিন্নাওশা ! থাংজো, থাংগোল, য়োংপাক থৌন ফেংউ লৈবাকমচাশা। মসি নত্তন পাম্বৈ অতৈ লৈতে।

মনি— থাঙ্গোল অথৌব পায়রগ লৌ থাওবদ নত্তন, লৌপু য়াওন থাওনিংলক্লনি, থাঙ্গোল পংথো থৌন ফেংবিগনু। লৈবাক অম শেমগৎনব চংইব শেল্লেপ পোংচৈ অহৈ অশিং মতিক চান পীয়ু হায়দুন ভারতকি সরকারদ হাম্ন তানখিসি।

মরৈ— ভিক্ষা নিব তারব্রা যোগিনীগী কিজেৎ শেত্তুন লৈরাং মান্বৌ শকহেম্বৌ ?

মনি— ভিক্ষাগুম্ন হাপ্পিংব থর হাপ্পকপ লৌরোই, মতিক চান শেম-গৎপ য়ানব পীরক্তবদি, দিল্লীগ ঐথোয়গ করিমত্ত মরী লৈন-ররোই, থায়ননি রা লোইননি। পৃথিবীদ অতোপ্প পাঙ্গম্ব মরল লৈব ঐথোয়বু শেম্বিব ঙমগদব লৈবাক অতৈ পীকথম্ন লৈ— অপাম্ব অম থন্দুন য়ুম থোক নাইথোক্লগ লোইরে, বেরা লৈতে, ময়ামগী নুঙাইনবগীদমক।

লৌ— দিল্লীগী মরায় তানবিব নিংথৌ মচা অহুন ঐখোয় ইবেম্‌-
    গীনি হায়দুন অরু অংশ্ব, অরংব অপাম্ব, করিমত্ত ভম্মক্কুবো ?
    তম্বু ভম্মকত্রবদি থাইনরসি ইবেম্মা।

মনি— লাইরবন য়াম্ব লৈবাক্কি পেশদবনি খুড়া।

লেম— ঐখোয়ন লৈবাক অসি কোইন চত্তুদুন মিংন লাপ্ন উদদুন
    তৌবনি হায়রি ঐখোয় লৈবাক্কি মুৎশাইংলোব কুইত্রে হায়নরি।

লৌ— কনান হায়রিব ? ঐখোয়দি তাদেনা।

লেম — ঐস্নু মুন্নদ থংদে ঐখোয়গী পার্টিগী লুচিংবশিংন হায়ব য়ানি।

লৌ— মখোয়ন হায়রবদি থাজরুরম্নু শেম্ব ওইরম্মোই, শোইদোকপ
    ওইরমগনি।

ইবো— করি করি লমদনো মকম অম অনীদ পুখ্রী অম অনী
    তৌরে, থোং অনী অহুম শারে হায়রা ?

মরৈ— লৌবুক অম অনীদ হরাই চেংরাই মরু তরামুক হুল্লে,
    য়ানোম্ব কম্ব খরদ লুপা ১০/১০ মুক খুৎপাই শেল ওইদুন
    লপোনহল্লি হায়রা ? বাসক কৌবিদুন য়াধা কৃষ্ণগী নাম
    তাহল্লি হায়বগুমম্নু তৌবনি।

স্যুট শেৎপ, স্যুটকেশ পায়ব সেক্রেটারী দিল্লীদগী খবর অম
য়েপ্তুন চংলকই।

সেক্রে— য়া অমত্ত হংজগেবা?

ইবো— করি ওইরবনো ?

সে — সনা চহি ৫ না লৈরিবসি কদাইদ ওইরবনো ?

ইবো— সনা চহি ৫ হায়বদি, কনানো থংব য়াওব্রা ?

সৌ— মমিংদি হায়রগ তাখ্রে, নিংথেম মচানি মশক মতৌ ফজৈ হায়।

লে — মশক্ক নত্তে, মরম নৈ মবুকস্নু য়াম্ন কৈ হায়নৈ।

মরৈ— করি লমদগী ওইরবনো ?

সে— দিল্লীদগীনি, ১৯৫৩ দা মণিপুরদ থোকখিবনি ঐ মাবু থিজরকপনি ঐস্নু দিল্লীদগীনি।

ইবো— সনা চহি ৫ হায়রিবসিন মণিপুরগ থোরকইবু করি থবক্কিনি হায়বগে ? পুং ইশৈ তস্ন লাকপ্রা ? জগোই য়েংউনি হায়তুন চংখ্রিব্রা ?

সে— চহি অম হেল্লব ফাওব মাগী থুংফম খংবিদবসি ফন ৬কই, মহাক্ন চংখিবগী মরমদি লৈবাক্কি লৈত লাইর কোকহন্দুন মুণ্ডাই য়াইকব হেঙ্গংহনগে শেম্মুগে চংখিবনি; মনম চাওব মতিক মগুন লৈব মরম লৈব নিপানি করম্ন ময়ামসিন খংবিরমদ্রিবনো ?

লৌ— মাদি কনাগী ইমুংদ, হিঙ্গোলগ, নারক্ক, খোংথাদ লোত্তুন লৈখ্রিবনো ঐখোয় মীচম্ন উদনবা ?

ইবো— ঐন হায়বদি বাসক য়েংবদগী নত্রগ জগোই দর্শন তৌবদগী ভাওতুন জগোই শাবী মতুং ইনথ্রগ কাচীন অমদ কেকু লোংতুন লৈথ্রব জাৎলা হায়বা ?

মরৈ— জগোইগী মেনেজারশিংন ফুরিংথাও লুমই হায়তুন সনা মচা ইবুঙোতুবু ফারগ ফুরিংথাওদ হাপচিন্দুন ঐখোয় খ্বাইন মশক উদ্রিব ওইব তায়। ময়ামগী মীচমগী কান্নবব, সনা ইবুঙোতুন লৈবাক শেম্ন লাকপ ওইরবদি, মীচম খুদিংমক

মাগী মঙাল মনিগ ফংহুন নিংথম থাদ সুংশা য়াইবগুম সুঙাইরোইদ্রাও ?

মনি— রাজকুমারহুবু নহারা অহল্লা ?

সে— ইবেম্মবুদি রাজকুমারহুন নহানি হায়ব মুন্ন থংই। পীথোকপদ হলেংব লৈতব, কলেজা লৈখ্রবা, নিংথোরেনগী মজাইবুভো, পাথং অহুক ফজববু খ্বাইদগী ফজবী ইবেম্ম নংন থংভমদ্রি-বসি ঐ থর ঙকই। ইবেম্মথোয়গী ক্লবসিবু থবরগ পানদ্রা ?

মরৈ— My dear না নহান পাবিব থবরহু করি ভারিথকিবো ?

ইবো— মহু'দ অরিব হাকুনগী থবরনি।

সে — অহু'দ ক্লব অসিবু Ripvan winkle club কৌব্রা ?

লৌ — মীতৈ লৈবাক্তু'দ মীতৈরোল ভাংবিয়ু। থংব য়াওব্রা ?

মরৈ— ঐখোয়বু চৈব লোন মাল্লি।

সে— শাওবিগনু, থবর অমম্ব পাব, মতম হেনখ্রব য়ারেমদ ভাংবব, হুঙ্কিক হুঙিক্কি লৈবাক্কি থবক্ত মিং উইশিম্ব ক্লবলা হায়জবনি।

মরৈ— মতিক চাব প্রমান ?

সে— সনা চহি ৫ মশক মুন্ন থংবিদব, লৈভম থংবিদব। ঐ তাকচগে থিব য়াব মী নত্তে, মিংত থর লাওব পাংবিয়ু, মান তৌব থবক ময়ামহু উবিগনি নাকোংদ মেনশিনবিগনু মাগী মিংচংকি ইশৈ ভাবিগনি।

মরৈ - কদাইদ লৈ ঐখোয়বু উগল্লু।

ময়াম— চংলু মাগ চংমিন্নসি। (চংব চংন)

লৌ— মীরৈবাক মচান য়াইহ লাকচখিবসি, ঐদদি সত্য পাগল য়েংবনিংই, ইকি শেমনিংঙকই।

মনি— মীরৈবাক ইরৈবাক থায়ব চুমদে থুড়া, অহুগ লাকইব থুড়াং সিন্নু অম সনাইবুঙোহুন্নু থৎনব লাকপ নত্তে, ঐংথোয়গী লৈত লাইরবব কোক্রব তেংবাংগে লাকপনি হান্নরি। ন্নুংশিনব য়াব মরুপলা নত্রগ মভাৎ তৌরব য়েরুত্রা মচৎ মতৌ মুন্ন য়েংথিসি।

সে— ঐথোয়ন পামজরিবস্নু মতুমক্কি ইবেন্ম, ময়াম্মক্কি অফবনি ফত্তবনি বিচার মুন্ন তৌবিব হিরম থুদিংদ। ঐগী মীচংন তৌরবদি ফত্রবস্নু ফরে, মীগী মীচংন তৌরবদি ফরবস্নু ফত্রে হায়বিদব। পোৎশক অহু মীশক ওইন উচ্চংগে য়েংবিরো।

ময়াম— চৎলু য়েংউ সি।

(চৎমিন্নথি)

# সনা চহি মঙা



## ১৩

নোংমাইজিং চীংথক্কী অহৈ অসিং অমম্বুং সেক্রেটারীন টেলেস্কোপ থাবদুন মনিবৈম, পাবুং, পার্ব্বতী, ইরোইশ. মরৈঙ্গাও, লেমজা, লোজা......পূম্নমকপু মণিপুর লৈমগংপগী থৌরাং উহল্লি। মখোইনীন তাকই, ময়াম্ম শুক্ক তারি মরৈ- ঙ্গাওদদি ছিদ্র থিগদবগী পিগুম শুক্কুন রাখল তৌর।

অহৈ অশিংন ক্রেম মখোং ৩ পাম্ব অমদ টেলেস্কোপ থিন্দুন মশান হাম্ন য়েংলগ শেমশাদুন থনমই। ময়াম্ম মথং মথং য়েংনৈ।

অহৈ-অসিং— তুরেল্ল মপান্দ তা'বিব খুন্দু য়েংবিয়ু। লম্বী-থোং শেমগংলিব, ভৌ'স্ত্রিব পুস্ত্রী ময়াম. শাগৎ'সব অন. লাইয়েং শং মীগী অমম্বুং শা সনগী, অনা অয়েক চংদনব টিকা থারিব, হিদাক কাপইব, হিদাক চাঙ্ইরিবন্থ য়েংবিয়ু। ফো অমম্বুং মহৈ-মরোং অতৈ অতৈ মনা-মশীং হেঙ্গংনব থোক্কব উরিব লৌউ, থারিব পোথা, হাপ্পিব হার, মতিক চান ঙশিং পীনব তৌরকইব থোং, খুংশা হৈব হেঙ্গংনব, শেস্থোক হেম্নব, থবক রাস্তনব তৌরিব থৌরাং, মহাজনশিংন চোপ চোপ চাব ভম- দনব মীচমগী ব্রহ্মাস্ত্রগুম খুংলাই লিঙ্খংলিব কো-ওপরেটিভ

সোসাইটি, মখোয়দ পীরিব মতেং শেল্লেপ ওইনব, নহারোল
কয়া কয়াদ— লাইরিক অমম্থুং খুংশা হৈব হেঙ্গৎনব পীরিব
খুদোংচাবশিংদু মিৎয়েং তাবিয়ু। করি লম্নো মদু থংবিরব্রা ?

পাবুং— অঙাংশা, মসিদি থৌবালনি নহায়।

মনি— মানি পাবুং, থৌবাল অসিদি লৌরাই মান্দ্রে সহর ওইরে
হায়ব য়ারে।

ইবো— লৌরাই অসিমদি ফম নিংথিন চাওথৎলে হায়ব য়ারে-
নেকো my dear ?

মরৈ— ভোট ফংনব তাংনি dear, পংথা থাগংপিয়ু। লৌরাই
অতৈন মখোয়গী দি ইশেম শেম্বিদে থৌবালদ শেমই হায়দুন
শাওরোইদ্রাও ?

লৌজা— শাওবদ নত্তে, লৌরাই অতৈন মীচং মীথাই নাইব
থৌদোনি হায়দুন মৈ হৌরপোংবি।

সেক্রে— অতৈসু শেমগৎলকখিনি; মথং মথং। মিত্রংগুম্ম মতম
অমত্তুদ লৌরাই পুম্নমক শেম্ব য়াদে। ভাইন ভাইন অতম্ব
মতেং পীবিয়ু। তিংলিব লুপা লক্ষা লক্ষা কয়াসি নৈবাক
অসিগী ফনবনি। মবুক ফত্তব মীচং নাইব মমিৎ থুব কাং-
লুপকি ব্রা লৌবিরুম্ম। সনাগুম্ব চহি ৫ গী থৌরাংসিদ
মরৈবাক মুংশিব মী খুদিংমক্ক মান মান ভম্ব মতেং থরাই
হকচাং য়াওন পীনব অশিংব থবক্কি নত্তে থনবিয়ু। লৌরাই
লৌরাই তোভান চানবগী মিৎয়েংদু থাদোকাপয়ু।

অহৈ— (টেলেস্কোপ লৈদুন মাইকৈ অতৈদম্বু য়েংহল্লগ) অরাংদ,
নোংপোক্ক, খাদ, নোংচুপ্প মাইকৈ পুম্নমক্ক য়েংবিয়ু, উব

ফংবিগনি অওকপ ফংন ফজরব সনা চহি ৫ গী থৌরাং : লম্বী থোং শেমগৎপ, লৌউ শিংউ চাওখৎনব, লংলোন ইতিক খুদোং চানব, চাথোক পোথোক হেনগৎনব, মহৈ-মশিং হৈব হেনগৎনব নহারোলদা পীরিব খুদোং চাব কয়া কয়া, চৌংমীশিংদা অমম্বং লোইলমগী মীশিংদা লাইরিক অমম্বং খুৎশা হৈব হেনগৎনব পীরিব বৃত্তি অমম্বং হেক পাশ তৌবগ পীরিব অচৌব থবক, নহাদা নকুন অহলম্বু লাইরিক ইব পাব থোক্কব, খবর পাব ওন্নব স্কুল কয়া কয়া লিঙ্খৎলি, হিদাকশং থম্মি, কোইন চৎতুন হিদাক য়েল্লি, লাইয়েংবিরি, হকচাং ফগৎনব থৌরাং কয়া তৌবিরি। কয়া য়াম্ন তিংখ্রব শেলনো, মতম্নো, পাঙ্গলনো সনা চহি ৫ না! অসিগুম্ব চহি ৫ গী থৌরাং অসি ভারত্ত মথং মথং ১ব, ২শুব, ৩শুব হায়ত্তু চথরক্লদোরিবনি। তিংলিব, অতিয়াদগী তারকপ নোংগুম্ন চাইথাইখ্রিব লুপা ময়ামসিদগী মতিক চাব মহৈ লোকপিগে হায়রবদি পুকচেল শেংন মীয়ামগী কান্নগদৌব মিৎয়েংগ লোইননা পাঙ্গল, মহৈ, লৌশিং অওম্ব অরৈব থাদোকপিয়ু। লম্নাইগী থিত্তং ওইজনব মীয়ামগী কান্নগদব থুম বোরা য়ুমগী পুখ্রীগী ইশিংদ হৈদোকপিগনু।

পাবুং — মীয়ামগী কান্ননব শেল অম্বুক তিংন হোৎনাবরবদ, ঐখোয় লৈবাক্কি মীন, ইথুৎ তিংথোকত্রবদি ঐখোয়দগী হেন্ন পংব মী পৃথিবীদ লৈব হৌনদ্রে। লৈবাক মচাশা, কনাগী মুভাইনব থৌরাংনো? নখোয় ঐখোয়গী চাব য়ুম ফজবদ লৈনব, মহৈ হৈনব, জগোই ইশৈ চাওখৎনব, ললোন ইতিক খুদোং চাজনব তৌবিরিব থৌরাং অসিদ মতেং পীনদ্রবদি ঐখোয়বু,

তৌবিমল থংদব. অপংব. ওক্তব, অত্তাং মচা, ময়াদ অমৃত কোকত্রিত্র! ভাক্তরাও ? অহল ঐম হায়ব নহা নখোয় ইল্লো'ইত্রা'ও ? নহানমথৈ তুমিন্ন লৈথোক্লম্মিবসি ইকাইত্রাও ?

ময়াম— (মরৈদি য়াওদে) অহম্ম হায়ব ইঙ্গনি। সনা চহি ৫ গী থোরাংদ তেংবাংসে। অঙম মতেং পীননি।

সেক্রে— (মরৈদ) সোমগী মিষ্টরদি তুমিন্ন লৈরিব্রিব করিগীনো ?

মরৈ— ঐম্মু মত্তেং পীগনি, তৌবদদি শিংল লাঙ্গদোরিব থবক পুরিব কাংবুশিংহু থর চেকশিনহনবিয়ু। তিংদোরিব শেল ময়ামহু লৈবক্কি শেলনি অরেম্বদ মক্ষম চাদন মতম চাদন পংতিং তিংহম্ব য়াদে। প্রজ্ঞা খুদিংন জ্ঞান তান থবক তৌনগদবনি।

সে— মহুমক্কি ঐথোয়ন পামজরিবস্মু। মিং লাওন পাংহুন অয়াম চৎসি য়াবিদন লৈবাক শেমগৎপ য়াওবিয় হায়রিবনি।

মনি— মত্তাং অসিদ ঐন য়াম্ম ৬কপ ব! অমত্তং লৈজরে। স্থম চৌংথাদ লেংথরসি। (কুমথরৈ)

সে— করিনো তাকপিয়ু, ইবেম্মন চিংনব পোৎ পূয়মক সন্দোক্ত কজন ভাব তাবিনব তাকচনি। ঐন থ'দ্রবস্মু ঐগ লোইন-রকইব নিপা অসি Technical Expert নি, থোইদোকপ হিরম কয়া হৈরব নিপানি।

মনি — মুপীমচা'সি পংইদা হায়হুন নোক্তি নোক্রবিমুকো।

সে — নোক্রব লাকচব নত্তে, ইচিন্নাওশিংবু তে'বাঙ্গে লাকচবনি, করিমত চিংনদন হায়দোকপিয়ু।

মনি— তাকপিখি নহান্দি য়াম্বথোবনা, উহম্বিনি মহাকপু, নিংথোরেনগী মচানি পীথোকপদ হলেংদব পাথংনি,

মশক য়েংই রাজ্জক, মবল য়েংই নোংপুব যুবরাজনি।
মতিক মগুণ, মৈতৈ মশিং লোইনব, মমিংদ তাবদ,
চুজা ওইবী থবাল মান্নবী অপংবীগী থম্মোই লকাদ
খোইমু ওইব মহাকপু মুংশি লিচীংদ চেৎন পুঞ্জখ্রে।
কদায়! ছজিক্কি ঐহাক সম্মাংনবে নাংমাইজিজি নারক্ত;
চারুব লৈকংলাদ ইশিংখেং পান্থিবম্মগ কদাইদ লোৎপিখ্রে
খোইমুদি?

সে— অয়োংপ মরুদ্বী নত্তে সনা চহি ৫ দি,
ইকোং কোংন উবিনি, শকহেন্বী, ইবুঙো মহাকপু
লম্বী লমথাংদ, লৌরাই থৌরাইদ, সনা খৈদেন্দ মকম খুদিংদ।
থৌমৌদ লৌমৌদ হংবিয়ু, খৈদেন কাবৌদ তাকউ হায়রবিয়ু,
কনানো মহাক, সনা চহি ৫, মফম মফমদ শেল চাইরিব।
লান্দুংদ লুপান অসুক হোংব, সনাগী কুপানি লৈম।

মনি— ডাইব ডমজদ্রে শকলোন অতু উরকদব মতম,
পরপ পরপ পীনরো দর্শণ, থাংব ডমদ্রে উনিংবসে;
নিরাকার ব্রহ্মগুম্ন মওং নাইদন থম্বিরণ পুরোহিত,
মীশক ওইন পুথোকপিরে মূর্ত্তিপূজারী অপংবীগী মমাংদ।

সে— অতু য়োন ভক্তি লৈবিরবাদ চীংথোং অসিদ চহাক্তং মিৎ
উইশিন্দুন ধ্যান তৌবিহৌ ইউরোপ্ত মহৈ তম্মুরব ভারতকি
নিংথৌমচাগী ফজর মূর্ত্তি। ঐথোয় অতৈদি তম্পাক য়োন
চংচংলম্মগে। ময়াম লেংলসি লাকপিরো।

পার্ব্বতী— করি রানো মুপীমচা চীংগী শা কৈ মরক্ত নখল করম
চীরু লৈহৌগগে?

মনি— খাঙ্গিরম্ব ওসিদি ইমাসি, কৎখ্রে নচাগী থম্লাইসি ইবুঙো মাগী চরণ পদ্মদা। পাম্মু মুংশি মশুংলাঙ্গি অকিব লৈজদ্রে অঙ্গনগী শা কৈ, মচেৎ মচেৎ শেগাইদুনা চাজখ্রসম্ম ইবুঙো মাগী কৃপাদগী ইরৈবাক মচাগী অম্না অনা লৈত লাইরবু কোক্কনি হায়রবদি।

মরৈ— সাবিত্রী শাদুন মমভ মঙলিবী, খাঙ্গগম্বী পংলবী নচন অসিবু my dear না ভুজিক কাওব মশা শাগন পায়দুনা য়ুম তাম্ন চিংদুনা পুদ্রিব করিগীনো ?

মনি— অঙোম তা-নোংবান, খর হাপ্পিরম্মো। ঐ অচিকপসিদ ধ্যান তৌরগ লৈবাক্কি কবি কান্নব ফঙ্গদগে য়েংজরকথিগে ?

ইবো— লম হেম্বগী হায়রবদি য়ৈদুন পুবন মতিক চারবনি। অদুদ মাই দিয়ার, মাগীসি লৈবাক্কি ফননব রা ওইন তৌরি। মরম অদুম মান থোকপ লৈজহৌরসম্ম ঐশায় তম্পাক য়োনব চত্থরসি।

মরৈ— লাইনা পূম্নমক্কি ছিদাক লৈ, অচুম অবাল অক ফত্ত মশক থংদবী, থাজগম্বী অপংবীগী লাইয়েংনব ছিদাক লৈতে। লৈগে, লৈজহৌসম্ম, লেংলসি মম্নাম। (চৎখিব)

পাবুং— চীংদ জঙ্গলদ লৈবিব ভূত প্রেত, লাই ভীল, শা উচেক পূম্নমক। ঐম্বী ইচাম্নুপী মনিরৈমবু রৈপাই খিঙ্গাইব খিবিক-তগী নখোয়ন ঙাক্কদবনি। মঙ্গল ওইয়ু—

( মথুং থাঙ্গংলমই )

(ময়াম চৎখ্রে, মনিরৈমন মমিৎ উইশিন্দুন খোংগ্রাই চন্দুন লাই নিংবগুম মথুং লোম্নদুন ফমহৌই)

(ইউরোপকি খোংগ্রাও কোট খোংউপ উপ্পগ নিংথৌ মচাগুম্ন আজমেরী মকোক্ত য়েংপ, সনাগী মরী-মরাংন লৈতেংব সনা চহি ৫ না চাঁং লেম্ন খোরক্লগ মনাক্ত লেপ্পুন)

সনা— অচৌকপ চাংখোঙদ নথন্দ ফমছুন,
অকিব হঙ্গোইব করিমত লৈতন,
নশক্ত নরন্দ ব্লাত্তবী নংন
কনাবু উবিগে তৌরিব ধ্যান্নে ?

মনি— মতিক মগুণ মমিংদ পম্ন হেক তাবদ,
মুঙ্গা ওইবীগী থম্মোইদ তিং হেক্ত পাল্লব,
কোলোয়ন মাগী সনা চহি ৫ কৌনব
হবুঙো মডোন্দ কংচখ্রে থম্মোই লাইরবী ঐহাকি।

সনা— মী নত্তে মহাক্তি ভক্তি লৈবী থম্বাল মাম্বী,
পাক চাওরব লৈবাক শেমগৎনব মথং মথং,
চহি ৫/৫ গী খোরাংনি অহৈ অশিঙ্গী।
মূর্ত্তি ওইন মাবু উাবনিংলবদি নমৎ পাংখোকউ,
ননাক্ত লেপ্পুন লৈরব ঐবু মিৎয়েং তাবিয়ু
থরাই য়াওব মতেং পীবিয়ু শিন্থা পাংবদ।

মনি— (মমিং পাংগনি) ঐন নিংঅবব মীপক চপ চান ওইবিরম্মে,
মুচাইঙ্গারে ভাসদি কাযলোকচম থাদন পুক্লিং অসে।
ঐদুম্মু থম্বাম্নু মীচল্লি, মূর্ত্ত ইরংপী মুঙ্গানি
চৌংন কোইব তম্পাকলৈ, নদন লোইবী লৈমনি।
পুক্লিং হকচাং লোইনব থরাই ভাসদগী কচ্চরে,

চিংনব লৈভন লৌশদ্বিয়ু পুকচেল চাওরব যুবরাজন ।

সনা— (লৈমগী মখুং অনী পায়দুন চিঙ্খংলগ)

লাইবক ফবনি, লাইবক ফবনি, ভসি মুমিৎসি,

ভারত পুম্নমক কাওনরোই মনিরৈমগী ভাংলব থুদোন্সি ।

লাইরবী ওইদুনা লৈররোই অমুক মনি থোকপ লৈবাক্ক

অচম্ব মতেং পীদুনা শেমগৎলনি ডিংসম্ম লুপা লথা লথা,

থরাই হকচাং য়াওন নথৌদ পাংথোকউ জগোই হৈবী,

য়ুম্বাল কৈবান, মনিরৈমগী মডান, ডালহল্লনি ঐহাক্ক ।

সনা চহি মডান পাম্বোম থাঙ্গংপ উবদ হরাওদুন মনিরৈমন থোইবীগী হরাও জগোই শাই, সনান হৈবোই হৈতবোই থবগী জগোই নিংশিংদুন শাই, মতৌ উবদ লৈমন নোকফেং নোকফেং তৌই– ।

# সনা চহি মঙা



## ২/১

ঘুমজাওগী মাঙোন্দ অয়ুক পুং ৬ তাবদনি। ফমেন্দ পাবুংন লংবো শেং, নৈরুম অচৌব অম ইন, হিদাকপু তোং-থৈন হিদাক পোরোক পোরোক থকই, চৌংফি ইন্বা পার্ব্বতীন মৈ চাক্লব কামই। মাঙানগী নাকথদ মেজ চৌকী অহন্ব ফজব থারি, লাইরিক অমস্তু ফাইল কয়ামরুম মেজ মথক্ত পৈব উই। মাঙোনগী অরাংব মফম মকমদ মোড়া অমস্তুং চৌকী মচা কয়ামরুম মী অরাকপন ফম্ননব থারি। মৈফু অম অনী তিক্লব থাগংলি। ফক্লাংদ কেলেন্দর ১৯৫৫ গী অমস্তুং 5 year plan গী advertisement pictures and papers মথক মথক অয়াম্বাবক থম্ম থংল উই।

পাবুং— নুপীমচাখোয় হৌগংগ্রবা ?

শিব— কদামদগী হৌগংচরুগবনো ? অয়ুক নুংথিম টুর চংলিবনি, সোসিয়েল সার্ভিসকি নি হায়রিন, লৌরাই লৌরাই থুংনব চেল্লে, উফুল মরক্ত ভহাক্ত পোথ দন।

পাবুং— কমিনো খোঙন চংগস্ম নত্তন লেন্দরোভরন কান্নন চংলব নত্রাও ?

শিঙ্গ— উফুল মরক্ত লৈতেঙ্গাই মরক্ত গোদোং গোদোং থৌগ্নিবু করিগী য়াদদগে ? হল্লক্লগ মিটিংদ চংলে, লেকচর কয়া তৌ-রুরে মথনাও থরক থরক কংবমথৈ । মতুদগী জগোইগী ইশৈগী বা'র্তেন্ন করিনো, মখোইনীন হল্লকপত্নু য়েন খোং-লপোংনি ।

পাবুং— কুম্মেন মরাং কায়রব লৈবাক অসিদ হন্দক মরক থারিব ছুটি, উংলিব লীলা ফালা হরাও তয়াম ময়ামসিদি চেংক্লেন পুহুন কুম্মে চংনদ্রবদি মশীং শুব ভগ্নপোং নত্তে ।

শিঙ্গ— মসিবু চাওখংপ হায়রবদু নত্র'ও মাগী পাবুং ?

পাবুং— শেল কে'ম্নরক্লন হরাও কুম্মে মপাল শাংলিবনি । হন্দক্লি ভানক্ষম্সি শিংউকো মুপী । হৈ ফন নিকথরক্লনস্থ খুজিনববু হৈত্রবদি কায়দবনি মুপী । চাক ভস্ত্র চাপে'ক্লগ নংস্থ মরী মতা মরুপ মপাং থংন চান্নব কোইউন উন্নব চংলু, থবক তৌনিংব, ঠিক তৌনিংব, য়ুম শানিংব, শেল পুনিংব, ললোন ইতিক খুংশ হৈবগী থবক্ত মতেং পায় মী কোইথি থিয়ু । মীগী কান্নব তৌরবদি ঈশ্বরনস্থ ঐথোয়গী কান্নব পীবিরকপ মশান ভাবনি ।

শিঙ্গ— থবকপু হাপ্পিগে, শেলবু থংবিগে হায়রবদি ঈশ্বরদগী অমুক ডাইরুদ্রবস্থ ময়েক ওইন খুবাক্ত লুপ' কয়ানো খিজগে হায়ব নহা, লাইরিক ওথাক্তি ভমজক্লরব য়ান্ন লৈন করিনে ? মী অতৈবু টেন্দর চাওন চাওন তৌহল্লু, মান খিংতং পীক্ল থারবগ ঠিকা তৌহখিয়ু, লুপা লিশীং ২০ পীগে হায়রবস্থ য়াওরি ।

পা।— অদুন শিংউ পঙ্গস্থ মুপী, মতম অাস ঐথোয়গী কায়রো

হায়ত্নুন ঈশ্বরন থারকপনি হায়ব থংউ। খুদোং চাব মাংহল্ব য়াদে। চেং থানিংব মহাজনশিংস্থু থিরকউ, থবরদ ফৌ য়াম্ন থোকই কুমসিদি হায়হল্লগ থর থাদোকখিদব য়াদে। ঐখোয়গী লৈজব ফৌ য়াম্ন য়োস্থোকত্রংদি কদায়দগী শেলন মৈথু, মমি, ফীরোল অনাম্ব গাড়ী লৈগদগে ?

( লৌজা অমস্থুং লেমজা চংলকই, পাবুংদ থুক্রমই। )

পা— ইচাশা ইনাওশা ফম্মু ফম্মু। পঙ্গনু মতমসি থংউ, মতমগী ঈচেলদ তাওগরগ পুন্সি অসি হিংব য়াদবনি, ইরৈদ হঙ্গংন লোইরবদি থুদাং য়াম্ন থুন চোকথবনি। অয়ুক ওন্তা নখোইন লাকপবু করি হায়নিংই। কুম'স লৌ কমদৌই ইবুংঙো ?

লৌজা— মমাং মাইকৈসিদি পাবুং তীলন চাখিত্নুন ফৌ ইথোক থোক্লদে। মাইকৈ অতৈদস্থু পংফ কৈ হায়ব তাদে।

লেমজা— ঐখোয়গী ইবুংঙো সন' চহি ৫ বু লেংথংত্রিব্র' ?

শি— তরাং জগোই র'স য়েংউই হায়ত্নুন নোংঙাল্লমদাইদ হল্লকই, অত্নুন হৌদোকত্রবনি।

লেম— দিল্লীরোমগী মীদি জগোই পামখ্রবনি। ব্রা থর হঙ্গংকে লাকপ্সিদি হোরেল মুংদাং কুম্মৈ মফমদ উম্নরসিরা তাধন ?

লৌ— ডাইত্নুন উম্নখিদব য়াদে ইনাওতান।

পাবুং— অথুব ব্রা ওইরবদি ইনাওশা ডাইত্রবস্থু ঐঙোন্দ হেক্ত হাইয়ুনে ? কো-ওপরেটিভকি শেল পূগে হায়ব্রা ? থাও শুম্মিব্রা, ফৌ শূরিব্র', ফি শারিব্র', লৌ নিম্নোরিব্র', য়ুম শাবগী শেল পূগে হায়ব্রা— ঐন লোইন ওম্ব ডাক্তনি।

লৌ— লৌউব ঐখোয়বু কৌ থাহন্নিয়ু ইম্ফাদগী মহাজনশিংবু থা-
হন্নিনু হায়জগে তৌবনি।

পা— কো-ওপরেটিভ অম লিঙ্খৎলগ থাব য়াগনি। ময়াম তিংনী,
শেল য়াংলবসু থংবিগনি। নখোইন থাগদবমক্তি, নখোইন
পংহুন শেন্দোংমথৈ ইম্ফাদগী মহাজনশিংন লৌমী শাহুন
থারগ লৌখিদোরিবনি থংউ।

লৌ— অদুবু শোইবিরোগ হায়রবদি ননাই ঐখোয় তাইবুভোগী
শেয়ার অম থুংজগনি।

পা— মদুদ ভাব তাও ইনাওসিদি, নখোইবু কনাম লাকচগদগে,
য়াবন নখোইগী শেন্দোংন খোংগ্রাইগী, মহুবু য়াব হৌনব্রাও ?
পঙ্গমু ইদুভোখোই, মতমগী ইবাং থংউ। সনা চহি ৫ হায়-
বসিদি নাখোই ঐখোইবু শেম্বিরগে হায়হুন স্বয়ং চোংখোরকপ
অবতারনি— থাজো।

লেম— চাং কক্তুন লন্দী শেম্বগী ঠিকাসি ননাই ঐভোন্দ পুন্ন পীবিয়ু
লুপা লিশীং ২০ কৎচগে।

পা— নথন্দন পুন্ন লৌরবদি থবক কংদব ঠিকাদার মচা ময়ামদি
করি তৌনি ?

লেম— ঐভোন্দগী Subcontract পীজগে।

পা— টেন্দর থাগে হাইরকওইদ্রাও মখোইদে ?

লে— লুপা লিশীং ২০ অমসু পীহুন ঐগী টেন্দরদগী শেল হেঙ্গৎন
থাও হায়হুন ডাংনজরে, মখোইদি বেরা লৈতে, থবক তৌদন
শেন্দোং হান্ন য়েন্নহরগে হায়রে।

পা— মহুগী য়াকমহু সনাদ অমুক্তং হংদ্রবদি ঐ মেন তাব কম্বরোই ?

ঠিকাদারশিংসি থবক শন্তে, শেলদ মাংহল্লি, সরকারগী লোইন শিল্লনি, নত্রগ মী ময়ামদ, কো-ওপরেটিভশিংদ মচিং মচিং য়েন্দুন পীরনি হায়ব অম তারি। হুজিক্তি মীয়ামগী যুগনি, মহাজন অম অনীদ মুডংইথিবগী মতুংতা মীয়াম মুন্ডাইবন চুমই হায়নরে। সনা চহি ৫ গী পোৎমু ময়াম মুন্ডাইহন্নবনি।

লে— কো-ওপরেটিভন ডিমাপুর লম্বীদ গাড়ী চংহন্ন তোক্লুন— সরকারগী থাও নমথীব হাপ্পা বসন চংখ্রিসিদি?

পা— থবক্তি ফজুন ওইজবসু হেঙ্গতুন অরেম্বদ শেলদ তিংই হায়ব ভাব তানরক্লগ কো-ওপরেটিভতা পীদে কপ য়ারি মতম থর লৈরগ। মরমদি নেসনেলাইজ তৌরবনি হায়তুনসু প্রাইভেট কো-ওপরেটিভন হোংন অমসুং ফজন পূব উত্ব থবক্ত ষ্টেট সরকারন থুং থিংজিন্ন কাম্নদে— হায় সনা ইবুঙো চহি মডানদি।

লে— ঐখোয় মোক্তি লম্বী মচা মচা নেসনেলাইজ তৌরো শরুক, সিনেমাতুম নেসনেলাইজ তৌবিতুন অফব কুম্মে অথন্নব, পাথং লৈশাবীন য়েংবদ মতিক চাব ভাক্তুম উংহনজনিংই ফিল্ম সেন্সর তৌরগ। মতুনতুম ইতুকেসনগী মতেং য়াম্ন পাঙ্গনি। সিনেমাদি সরকারন চলাইবদ করপসন কয়া চংব ডম্মোই, ট্রান্সপোর্ট নেসনেলাইজ তৌবদদি টিকট থংদে, হন্নাগাড়ীগী পার্ট থংদে, থাও থংদে লম্বী শাংবন অমোৎপ উফুল পক্লিং— ডাংই য়াম্ন লৈ।

পা— মতুংদ ইবুঙো মশাগ ডাংনৌ, অফব রাফম্নি। থম অমনদি বস অচৌব ফজবদ তোংজগে লেম্ন, নমথীরবসু নমথীজসনু

হায়রি। বস চক্রিথৈঙদা ঙাম্নু থুম্নু ঙানম নম্বগুম তাইবং মী ময়ামবু ঙাক্নবাক্ল য়াঙংলা লইহুন গাড়ৌ মচাশিংদ নয়রম্বত্তম্ব ইবুঙো য়েংব মুঙাইতে। হুজিক্তি বস অচৌবদ কয়া য়াই শংন শংন তোংনরগেদো।

পার্ব্ব— ইবুঙোখোয়ন ওইজ ওইবক থর নিংথিন ফংবিগে হায়র-বদি ঐগ ওইয়বস্নু মাগী পাবুঙ্গ ওইরবস্নু মী অতৈ তাদন শং শং হেক্ক লোম্ন লোইশিন্নসি। (লোম্ন ঙাংই, ইমুংদগী তাদনব, চহি মঙান ইমুংদ উহন্দন তারি) ইবুঙোখোয়ন ডাইরেক্ট হেক্ক ঐখোয় মুপীমচাদ নত্রগ ঐখোয়গী সনাইবুঙোদ হঙ্গংল্লুরবদি নখোয় ঐখোয়গী কান্নবদ ময়েং তাগনি, মহু ভাব তাও।

লোঙা— সনা ইবুঙোসিদি ঙা চাক হৈনর', সনা লুপা মীন কং-লবদি হরাওদবো ইতৈম শিঙ্গ?

পার্ব্বতী— থবাক য়ৈহুন; মহুম তৌরবদি য়া থোক্লে। অহুগুম পূকচেল মাংব থবক হেক তৌই হায়ব তাবদ চাইথাইদো-রিব শেল ময়ামসে তোক্লে। নিপাসিদি মীচম নত্তে, মণিপুর শেমগে থোরকপ লাইনি। মাগী মতু ইন্দুন মণিপুরগী ফনব ঐখোয় পূন্নমক কন্ন নোমগদবনি। ঐন হায়বদি নখোয় ঐখোয়ন শিংজরগ লৈবাক্কি সেবাদ বালভূক থরদি মাবু উহন্দন উমহৌব য়ানি হায়বদনি।

পাবুং— ভাব তারেদন ইনাওশ? মী হায়দোক্কনু শিংউ, মতমগী ইরাং থংউ। হুজিক য়া য়াম্ন ঙাংনগদব যুগ নত্তে, খুত্তন শং শং লোইশিন্নগদবনি। নখোয় নখোয়ন অপাম্ব লম্বীহুদ

তাকউ, লম্বীগী শো নতৈম শিজন পায়রি, ঐন শো হাংব হৈ।

লেম— ভাব লোইন তাজরে তাঙাং, য়ুমদ চৎচক্লখিগে ইবুঙো সনা উন্নগী কান্নদ্রে। হোরেল মুংদাং অথেংবদ খুংক কুংক শৃং শং হেক্ক লোইশিন্নসি। ঐগী'দ তাঙাংন খংবিরিবত্রুভাই, মী য়ামখ্রপোংনি ব্রানোম্বীয়ু লাকইব থবক মথল মথলগী।

পা— ইয়াম্বন নংবু শক থংই, য়াম্ন হায়ত্নন কাম্ননে। মী অতৈদ হায়দোক্রন্নুসিকো।

লো – ননাই ঐখোয়ন হেন্ন তাক্লিংপোং নত্তে।

( থুরুম্মগ চৎথি )

(ইবোহল চাৎলকই দরখাস্ত চে ময়ামগী ফাইল য়েপ্তুন)

ইবো— ইমাসি ভুজক লাক্রম্বশিংত্রু কন কনানো? থবক্কি ব্রানোম্ব লাক্রমলিব্রা?

পার্ব্ব – নত্তে, ঐবু জগোই রাসকি ইশৈ হম্বীয়ু নেক্রবনি। ঐন ইশৈ তোদ্রে হায়বত্রুদ হনখ্রে। ভাইখো নিপম্মা নংন পাম্নরিবু থবক হাম্না চে ময়ামত্রুদ্রাও?

ইবো— নত্তে, ইমা শ। শেঙ্গ ময়ামগী হিসাব চাদিং তোগদবমখৈ ইখুত্তগী চংকদবনি।

পাবুং— কেরানী হাম্নদু নংন হাপকদবনি হায়ন তাইদা।

ইবো – ঐন হাপকদবনি পাবুং করিগীনো?

পাবুং— ননাশিন থাগৎলকপ মীশকাশিংত্রু কাও লাক্কনি হায়বনি।

ইবো— কাওজরোই পাবুং, ঐগী মীগী থিদন মতিক চাব মখৈ থন্দুন হাপচনি।

শিজ— নিপামচা, ঐগী পাখংশিংত্রুদি মতিক চাব ভাক্তনি হায়।

ইবো— মতিক চারমগনি ইমাশি, পরীক্ষা তৌরগ শোইদন থংনি। নত্ত্রে, হন্দক তৌদোরিব থৌরাঙ্গি থবক, তিংদোরিব শেগ ময়ামসি লৈবাক্কিনন হায়রিব।

পাবুং— লৈবাক্কিনি হায়ভুনম্বু দিল্লীদগী থারকইব লুপা লথা লথা ময়ামদু লোইন চাদিং তৌথোক্লু, থবক কৈ শেগ শিজিন্নব হৈ হায়বিরক্লব, ডিপার্টমেণ্ট খুদিঙ্গ লিমী· ১০/২০, ১০/২০ ওইরবম্বু ভক্মিবমথৈ লেমহল্লু হনখোকো।

ইবো— শিজিন্ননব থারকপ শেলদি পাবুং করিগী হল্লুদগে? ওক্তে ওক্তে, য়াম্ন খারকউহুম হায়ভুন চিঠি হনখিদোবনি। পাবুং খোইন ভ'ব তাব থোশিল নত্ত্রে, তুমিন্ন অভুম লৈবয়।

পাবুং— মীগী পাম্মুরব লুপা, লথা লথান খুঙ্গিং ওইহুন ইজংকি মথক্ত পীরকহবভুবু লোইন চাদিং তৌথোক্তে হায়বভুবু করি ধর্ম্মবো অভাং? অভুম তৌরবদি মীন তুং কোইবিরক্রাও নঙ্গি জগোই লৈবাকাসদ? মীগী মচাভু খিভুন চেনখি-রোইদ্রাও?

ইবো— [illegible] ভাব তাগদব নত্ত্রে। থন্নব কান্নদে, ঐ [illegible]। ঐবু মীন খিবরবদি দিভেলোপমেণ্ট অফিষ্ট থাবিরক্ত

পাবুং— হু ভক্কানাস মুপী, মপাবু হব নহারোল য়াম্ন উরদ্রাও?

পাব্বি— ঐন লাইরক য়াম্ন তমথিরক্লু, মমিং মথা হব হৈবগ ওক্তে হায়জখিদ্রাও? হুজাক্ত মুপী ঐগী খায়াত্ত তারদ্রাও?

পাবুং— শেল চাদিঙ্গি থবাক্স মুপীমচাবু ভাংনহন্দুব ইমানিন পায়নব তৌদব য়াদে থংউ শিক্ষ।

( মৈবেম্মাও পরপ পরপ লাকই )

মৈরে— ভা'য়া ইবুঙোবু অফিস কাখ্রবা ?

পাবুং —ইবুঙো মখোয়গী হন্দক অনৌব লিজ্মংপ মমিংবু হায়রব থোক্কে, শেমগৎ শাগৎ লোইশংঙুর মাবু উনবিংব মথৈ লাক-হল্লু হায়রম্মি। কনাগী রা নোমগদব নৈ ? লাইরিক অহুক হৈব নংন ভগব অচৌব থবক অম পাগ্রহোগে'দি হায়দন কৈদৌন রারেম শূহুন মাংহুন নৈরিবগে ইচাশ ?

মৈরে— পাবুং ঐ মীগী রাচং রানোম তৌহুন চানিংদে। হন্দক মরক শেলন হাশং চাওবগুম ভত্তন হনোং কারকপদ শোকপ হৈব মীদি থক্কঃ থক্কং শোকচন্দুন থিন্নরে হায়ব তারি। থোংবান লুক্কাং নমথি হন্নোইব থুনহুন লাকপ অমোংপ শেলদি পাবুং পংপাম পাম্বিক্লন্নু মিংচং মাংবিনিংঙ্রবদি। ঐথোইদি মীঙোন্দ থন্দুন ইকম চাওবস্নু পামজদে, নৈবাকি অকব লম্বীদান শেমজানিংহব।

পার্ব্ব— ইবুঙো অহুদি করি থবক্কিনে ? নৈবাকি লবী শেং রা-য়হুন ঙহাক পোথাব কোইরকপজাংলা ? নং ভায়াদি অফিসত কাখ্রে।

মৈরে— ইমাসি, সুপ্রীমচান্দ রা থরম্নু হংনিংহুন লাকচবনি। থবক কাগ্রবনিন ঐথোয়বু সুপ্রীমচান্দ রা অমনোদং হায়নিংব নৈ-জরিবাস— কোম্ন হায়রসিরা !

পাবুং — করি রানে ইমাসিদি নচন্দ হায়নিংব রা হায়ববু মতম ডাইব হোনব্রা ? হাইম্নু, হুজ্জিবমক, সুপী, নচা নুপী কোথোকউ।

(পার্ব্বতীন চংখ্রগ কৌরুই)

থবক ভাংলব লৈবাক অসি হন্দক মরক্তি লাইরিক হৈবগীস্ত হৈতবগীস্ত চম্নভম ভাক্ত ভাইরবসিদ ইচান বাবু অম ফাও ওইদবমথৈ থাংহুন লৈরিবসিবু করম্ব মুডাইতব লৈহুন তৌ-রিবনো ইবুঙো ?

মরৈ— পাবুং, অশেংব হায়নি, নচাদি থবক মচামশু তৌজনিংদে। ভম্মে, মীন শেম্ব লৈবাক্তি অশোইব ফারগ থুগাইহুন ঐন অমুক শেমজ্রব ইথুংমক্ক, শুমদ্রে, মীন অভাওব ভাইবং মঙ-গাওনব হায়হুন লক্লব থাংহুন অস্থুম লৈজরবনি।

পাবুং— অতুক শাওরিবদি করিগীনো ইচাসিদে ? ঔরৈবাক্তি, মীন শেম্বদ নংস্থু মতেং পীহুন য়াওশিন্ব য়াম্রাও নথন্দ শেম্বদ ব্রাদনব।

মরৈ— মীগ তিম্নন শেম্ব য়ারোই পাবুং। পুকচেল তিম্নদব মীগ থবক তৌমিন্নবদ হয়েং মাইথীরগ চোম্ন য়াওজনিংদে। অতুগ পাবুং মতম অসিদ ঐথোয়বু মী কাংবু অমনদি মী ওইন মশীং থাবিদ্রি, মতুগী লাইমন কোকচদ্রি।

(পার্ব্বতী মাং থাহুন মনিরৈম অমস্থুং সনা চহি ৫ থোরকই)

পার্ব্বতী— মুপীমচা নাঙ্গ তাদন নংবু থিরকই, তলব থর চাওব থবক অমত্তুংদি ইবোসনাদ হঙ্গংতূন নং তাদবু তৌহল্লুদন।

মনি— করি থবক পাদ্বিবগে তাদবু ? নচন লৈরি করিমত চিংন-বিস্থু হৈনগদব থবক অম ভাকপিয়ু। করিস্থু ইকাইবিক্ল্লু ঐবু লমলানব্রাও ? (মরৈজাও উংহুন মক্ক লুকই)

চলা— Development officer থর হাপকদব লৈ। বি এ

পাশ তৌথ্রবদি ওইব য়াগনি। (চুরুট লোথোক্লগ) নংগী নয়াম্বদ চুরুট অম পীবিয়ো।

মনি— চুরুট ফাল্লু তাদ (পী)।

মরৈ— ঐ ওক্লে ইবেন্মা থকওই। চদংনব নিংগ্রী শেংপশিংনে ঘীব থাজনাগী শেলন লৈব চুরুট অহাওব অরেম্ব থকে লাকপ নচ্চদে, ইবুক থম্রে থবক হাপ্লিব্রু হায়তুন ভিক্ষা নিব লাকচবম্ব নত্তে।

মনি— অদুদি খুদোং কায় কোইথোকপীরকইব্রা? হিদাক হায়ৌনব মুপী মচাদি লৈজক্রে।

(মরৈন মনিং থান য়েংলম্মগ চংখি)

সনা— করিগী শাওরে বন্ধু? ভাইথো, ভাওগম্ব হায়নিংব রা হায়রম্মগ চংখো। (মরৈন্নাও লেপই) মনিরৈম, মী থংনব নঙ্গ নথো ওইদে। নঙ্গি নয়াম্বব কোশিল্লু। মবুক্লিং হায়দোকহল্লু। লৈবাক শেম্বদি মী শাওহম্ব নত্তে।

মনি— ভাইথোনে তামরৈ, করিগী অদুক শাওরিবনে? ফাগি তোবকাও য়াদ্রবাও? মীরম মচাগী মমাংদ নবুকচেল মাংলক্কম্ব। করি থবক্কি লাকপনো তাক্লমথো।

মরৈ— নথোয়ন শেম্বিব লৈবাক মশেমসি শোইরে হায়তুন তাকপিগে লাকপনি, ইরন্নাইগী কান্নব থিব লাকপ নত্তে।

সনা— লৈবাক মশেম শোইরে! কদাইদ শোইরে? কয়ম্ব শোইরে?

মরৈ— ভোট ফংনব মী থোমহৈব শেল চাইথাইরিব ময়ামসি কদাইদগীনো? শেলবু অম্বুক য়াম্ন মাংহল্লিবসি কয়া কুইন মাংহম্ব

ওমদোরিবনো ? জুরার দাও য়ারিভৈদ মতুংদ চুরুট ১া অরেম্ব থবপ ফংনব কোইন ইম্নরম্ব ময়াম থুং থাব মতমদ কনান মাগী নি লেপহৌবগে ?

সনা — লৈবাক শেমগৎপদ চাইথোকইব শেল ময়ামসি জুরারদগী লৌরকপ অকোম্ব শেলগুম্ব নত্তে, মপা ইনাকথুম্ব পাথং অঙাওবন মুপী কোইবদ লৈক'ইন য়ানব লম্বী লমথাংদ রাখোং উথোংদ শেল চাইবগুম্নম্ন নত্তে। মথল মথা অয়াম্ব থাজনা লৌথংপ য়াবমথৈ লৌথংতুন লৌবুক্ত মহৈ-মরোং হুম্বগুম হুল্লিবনি, অরেম্বদ মাংহম্ব নত্তে।

মরৈ— হুল্লিব লৌবুক্তু মুংজে্ং লৈঙেৎই চোচে্াবী কয়া য়াম্ন লৈ ? হা'য় কয়া য়াম্ন ফব মফাম্না ? উচেক য়াম্নান মরুতু কয়াম্ন থুনথিনি ? মতুদি য়েংশিন্দন লৌবুক্ত মরু য়াম্ন হুনখ্রে ফৌ য়াম্ন লোক্লনি গেহু য়াম্ন কোট্ট কারনি হায়হুন ভাব মুঙাই-বনদি কয়া কাম্নরোই।

সনা— লৌবুক শেম্ব, লৈহাও হাম্প, উচেক ডাকপ, ইশিং চাওব সম্বন থাব মহৈ চাদোরিব লৈবাক মচাশিংগী মথোনি। ইচিন্নাওবু লৈবাক অসিদ লৈবিব মী নত্রা ? হৈবোং মথাদ য়া কাথোক্তুন ঙাইগদব মতম নত্রে হুপ্লক্তি। লৈবাক লৈ-বাক্ত থুংশা হৈবগী পোত্থোক, লৌবুক্কি পোথোক হেক্সংনব লমজেল তাম্নরব মতমসিদ মীয়াম চাব ওক্কব কম্ন নোম্নদব য়াত্রে। মরৈন কম্ন য়েংপন কাম্নব পোং থোক্কনি থাজদে।

মনি— পাবুঙ্গ ইমাসিগস্থু প্রজ্ঞা ময়াম উম্নব থর মচংপিয়ু — থবক কম্ন নোমসি হায়হুন মরাওথোকপিয়ু। মরৈ কংয়েং য়েংনব

খোংদি চোত্তুন্ন যেঙ্গাং হাওগদব নত্তে, মী অকব শেংকদব নাত্তে হায়ব থংবিরিবনি।

পার্থ— নখোইগী জীপ্তু থবক চৎনরোইদব ওইরবদি নং পাবুং ইমানী থবক মক্কম মকমদ তোতুন চৎলগ মীয়াম উন্নরুগে থবক চাকশিল্লুগেদে ?

মনি— করি য়াদদগে গাড়ীমক্ত পিথন্ন লৈগেৌবনি থকিই।

পাবুং— অতুদি অহম্ব গাড়ী অম থদুন ইমানী ডগাক চংলুসি লাও। থর নান্ন চৎসি ডসিদি। (চৎখি)

সনা— অতৈ করি হংনিংই ?

মরৈ— চাদিং তৌগদোরিব শেগ ময়াম লাইরিক তম্গী মরমদ, লৌবুক্কি অমসুং খুংলেমগী পোংথোক হেঙ্গৎনব, লম্বী-থোং অলোন ইতিক চাওখৎনব মথল মথা অয়াম্ব থবকশিংদ লুপা ক্রোড় ক্রোড় চঙ্গদৌরি। লৈবাক মচা অসিমদ ফাওব ক্রোড় হেন্ন চংলব য়াই। মুংশা হোম্বী থাজনা ফাও লৌরগ চাল্‌ইব ওক্কত্র ?

সনা— মীরৈবাক্কী পুগনি, লেপ ৱাংপী করিমত চিংনবিরুম্ম থবক্ত ফজন তৌবিব পামই।

মরৈ— Community Development হায়রিবসি লম লমগী খুন খুনগী চাওখৎনব্রা ? নত্রগ থবক ফংলিব তলব চারিব নিপা মুপীশিংতুগী হায়বদি Community of officials ক চাওখৎনব্রা ?

সনা— মতুম হায়ন য়াম্ন লরুব তারে। থবক তারুব শিন্নব মী য়াম্ন হাপ্তুব য়াদে, অয়াম্ব প্রজান মথোয় মশেল চাওখৎনব

শিল্লাংব হৈতবননি। মাইকৈ অনীমক চাওখৎপা করি অকায়ব লৈবগে? লৌরাইস্নু মুত্তাইথৎসন্নু শিল্লাংলরিব মীশিংস্নু ভলব চাসন্নু মতুদ করি পুক য়েক্লিংভাই লৈবগে?

মরৈ— মতিক চাদব মীশিংদ থবক শিন্নরগ থবক মাংই শেল মাংই হায়রব থংবিত্রা?

সনা— অকব মী কংদ্রবদি করি উপায় লৈ? অকবনি থন্দুন হাপ্লিব official ভাক্কনি। মতিক চাব বাবুথোয়ন দরখাস্ত থাবিদব লাইবক থীবনি। মতিক চাদব থবক মাংহনব মী ফাহুন পীবিত্রিব করিগীনো? নাগরিক থুদিংমক্ত মান মান ভম মতেং পীনভম থোকত্র? কনাগী মরম্নাইনো? লৈবাক্তি ফনব থবক্তি ময়ামক্ত য়েংশিনবিভম থোকত্রা?

মরৈ— তুমিং থরগী মনুংদ থবক পুরিব মী কয়ান অমাংব থবক তৌহুন সনা ফুদোংবগুম থোরাঙ্গি থবকসিদ কোরী কয়া য়াম্ন কাপ্লগে হায়বতু ঐ উহুঞ্জগে। ভসিদি ঐ চংচরে।

সনা— Think you, good bye.

মরি— Cherio! (মরৈ চংখ্রে।

মখোইসিগুম্ব মীতাসি থবক অচৌব হাপ্লিদ হায়হুন শাওরিবজাংনি। ঐদি থবক্তি শূনিংদব মরৈদ য়েংকম্ব মখোইসিগুম্বসি ওম্মোক্ত মুংশিখিত্রে।

সনা— মখোইসি ক্তব মী নত্তে। মতিক চাব থবক্ত শিন্নরবদি মরৈ য়েংপ শংহন্দ্রগ ফজন থবক তৌগল্লি। মীন থানবিদহুন শাওরিবনি য়েংলিবনি। মখোইসিগুম্ব জ্ঞান তাব মীসি লৈবাকি য়ুম্বী ওইবদ কানগদোবনি, মকম চান

যুংবিরবদি ! ভাইখো', ভরাং য়েংউব লীলা ভাওরি কৈরিব অমন
লেংই হায়বদুদ মুপী অমন শকথিব ইশৈদু নং ফারিব্রা ?
অমুক্ত ভংউ তাগে।

মনি— করম্ব ইশৈনো ? এঃ! খংলে খংলে,
"করম্ব লৈবাক্ত লৈরিগব." হায়বদু নত্রাও?

সনা— Yes, মানি। ফারবদি অমুক্ত শকউ।

মনি— (ইশৈ ৎইন শকই)

চৌডন কোইন লানবন শাব,
ডমখৈ লান্ন চখোকপ কিব,
য়াক্ত পাদ পুকৈ লৈব,
সঙ্গোম য়েন্নগ কবো চাব,
অমুক মুডাইব লৈবাকসিবু করি লমদ লৈরিগবা !

মরোলন কাংখথাং ওইরিব
মচৎ মতৌন লুবাক্ত লিশন
মীবোল মীতো তমগেদ হায়ব
মীশীন মাপী শাব হৈব
অমুক মুডাইব লৈবাক্সিবু করি লমদ লৈরিগবা।

লৈহাও অমত্ত চামিন্নবি
মখোয় মশেল লৈকুত্ত নম্ন
মীরম মচাবু য়াংন লেপহন
মখোড পায়ব তান্নব কনব
অমুক মুডাইব লৈবাক্সিবু করি লমদ লৈরিগবা।

সনা— মরোলন কাংথথাং ওইনব, মচং মতৌন লুবাক্ত লিব হায়বগী অর্থ করিনো ?

মনি— মীতৈরোল লাইন তৌব, ইংলিস হিন্দিদ লুন তৌনব; ইংলিস বেঙ্গলীগী শাঙ্গাং লাউং তম্বদ হন্নব লৈতব অত্থুগ মীতৈগী কিজেং চাকচা চংশবীবুন ইকাইহুন লোংনব হায়রিবনি।

সনা— মীতৈন মীতৈরোল, মীতৈগী চংনবীঃ তুক্কচন্নবদি মীতৈ মাংখ্রগনি। মথোয়ন হায়ব চুমই, মশান মশাবু থাদব হন্থন উব অস্থক মাংনিংডাই জাতি অমগী লৈত্রে। মথোয় মশেল লৈকুংত নম্নব হায়বদি ক'রনো ?

মনি— মরৈবাক মচা মশেল থাদব. মীরমগী সম্ন মচি শাহই হায়ন উব অমসুং মীরম মচা খগ্ব তান্নবনি।

সনা— মতু থিংনব হোংনদ্রবদ নথোইগী লৈবাকসি শেল ফন চংন শেমগংতুনসু মতিক চান কান্নব ফংলোই। ঐগী ইথোদ ফগৎনব লম্বী তাকপ অমসুং লম্বী শেম্বদ চংব শেলগী মতেং পীবদনি। থবক অয়াম্বদি নরৈবাক মচাশিংন তৌগদবনি। ভাব তাদন, পুকচেল মাংন থবক তৌরবদি অস্থুপ শেল চংন লাংখংলিব থোয়াসি অরেব্ব তাগনি। পুকচেল শেংন, থব্বাই য়াওন মরম ওক্ক থবক তৌবব নহাক্কি মিংয়েং চংভম্নি। ঐন থাইজ্ঞে, নঙ্গি মরী মতা, মরুপ মপাং, নরৈবাক মচা পুম্নমক লৈবাক্কি কান্নব খাব অকব লৈবাক মচা ডাক্তনি হায়ন।

মনি— মতুগী কাঁএমত চিংনাবিরুহ্ন। মী ফত্তব থবন মীগী মরাল নত্রবদি উব হৈতহুন পংশক শকপ পাই ইবানি। থবক য়েংব লোংলাস থেংখ্রে। (চিংহুন পুখি)

# সনা চহি মঙা



## ২।২

নহারোল ছাত্র শিংগী Sooial Service camp মোইরাংদ variety Programme ঊৎতুন মীয়াম তিল্লি। দিল্লীদগী লাকপ অহৈ অশিংন বক্তৃতা পী থৈজদ কাহুন। নহারোল ছাত্র ছাত্রী, লৌরাইগী প্রজা ময়াম, লৌজ্জা, লেমজ্জা, সেক্রেটারী, মরৈজ্জাও, নিপা ২...... ভাবোক য়াওব উই।

নহা ১— ওসি মিষ্টর বেনর্জী দিল্লীদগী লেংলকপ টেকনিকেল এক্স-পার্টন পাওতাক থর পীবিগনি হায়বিরে।

বেনর্জী— নহারোল কেম্পরশিং অমসুং ওসি তিং ব্রব মোইরাঙ্গি প্রজাশিং। হুজিক পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদ খুংশা হৈবগী অকম্ব লমজেল তান্নরি। চহি থরগী মতুংদ নিউক্লিয়ার ইনর্জি শিজিন্নহুন কল কারখানা চালাইনরব য়ারে। ফিভম অসিদ ময়ামগ য়ান্নন খুংশা হৈননব হোৎনজৌরবদি ঐথোয়গী লৈবাক্সি শেংপ চাব, য়ুয়ান কৈবান্দ মীরৈবাক্কি মতুং য়ায় থংহৌরনি। মরম অসিন মতম করিমত মাংহন্দন হুজিক তৌরিব চহি ৫ গী থৌরাওসি পাংথোক্লব নহারোল অহল্লোল পূম্নমক্ক অওব মতেং পীবিনি নীংজৈ। লুপা লক্ক লক্ক তিংহুন লাক্করিব থৌরাংশিংসি প্রজা ময়াম জ্ঞান তান

থৱাই য়াওন মতেং পীবিদ্রবদি মতিক চান কান্নব ফংবিরোই। লৈবাক অতৈগ মীয়ামনব ওম্নব থৌরাং অসিদ থৱাই হকচাং য়াওন মতেং পীবিয়ু। অতৈগী কান্নবনব নত্তে, প্রজা পুম্নমক্কি কান্নবনব থৌরাংনি।

থৌরাং অসিদ অহানবা ইব হৈনব, থবক পাব ওম্নব অমম্তুং নহান মুপী খংদে নিপা খংদে মতিক মতিক চাব ট্রেনিং চংনবগী খুদোং চাব ফংবিনি। ওঝাশিংগী তম্নব হেন্দং-নব, অপীকপ অডাংশিংন লেম্ন লাইরিক হৈনব,—লাইরিক তম্বগী পথাপ ফংনব, চৌঙ্গি ইচিল'ওশি'ঙ্গ লেম্ন লাইরিক তম্নব অমম্তুং বৃত্তি কয়া পীদুন ট্রেনিং থানব লুপা লথা লথা কায়থোক্লি। লাইরিক হৈব খুংশা হৈব হেন্দংনব মথক মথা অয়াম্ব বৃত্তি পীদুন হোংনরিব শুমদোন হকচাং ফংনব, লাইরেং নিংথনব, লম্বী থোক ফংহন্দুন ললোন ইতক চাওখংহন্নব লম্বীস্তু কয়া হোংনরি। লৌউশিংউবগী মরমদস্তু লুপা লথা লথা চাদিং তৌদুন চাওখংনব লাকরি। অক্কব মরু লৈবিয়ু, হার হান্নিয়ু, কান্নগদব পোংচৈ অতৈস্তু থাবিয়ু। মরুক মরক্ত লৌউশিংউগী লোইশংদ লেংবদুন Expert শিংগ ক্নৌথোক পোথোক হেন্দংনব তাম্নবরো পাউতাক লৌবিরো। লৌবুক্ত ঈশিং মতিক চান পীনব irrigation গী থৌরাড তৌর, রাংলিব ওক্রব electric power হেন্দংন পীনব থৌরাংস্তু তৌরি। মসিদ নতুন লৌউব মীগী অমম্তুং খুংনাইবাশিংগি মতেং ওইনব শেল পুব য়ানব থৌরাঙ তৌরি, Co-operative Society শিংপিদুন State

ভগী শেল পুবিরগ মহাজনগী মথুন্তগী লাইরব কন্নব লৈরিব পাম্বৈহ্ন শিজিন্নবিয়ু। মতিক চা'ব য়ুম শানব শেল পুবিব য়ানি শেন্নোই থিত্তদ, মতম শাংন য়ৈথোক্নুন শিংবিব য়ানি। য়াম্ন হায়জহুন কান্নদে, মতমগী ইরাংসি হংবিয়ু. ভাবিয়ু,— মী ওইব য়ানব লম্বী অনৌব য়াম্ন হাংলে, অপাম্ব লম্বী থন্দুন চংপিহে। উপায় ফরব মতমসিদ থুং পুন্দুন লৈথোক-পিরন্নু। সনা চহি ৫ গী অডকপ থোৌরাংন পীরিব খুদোং চাবসি লৌবিহে— মিকুপ অম ফাওব মাংহন্বিগন্নু।

ডসি.দি মসিন লোইজরে।

নহা ১— মথংদ নহারোলগী অপুনব ইশৈ।

অপাম্ব থবক থন্নব খুদোং থুংলরে থোঙ্গাল্ল,

কনানে' লাক্লে য়েংলো নহারোল করিগী লোংলিবা ?

মান্নসি পুকচেল, তিন্নসি লিংজেল, শুক্লসি থবক লাও;

অন্ন মুভাই নংমিন্নব, তম্পাকলমদ লৈমিন্নব,

ঐন ৱারে নংন কপ্প, নং নোক্লে ঐন চোংব;

ঐথোয়গী লৈবাক শেম্ব য়াওসি থোরকউ থারো মাংদ।

চ'হ ৫/৫ চংব. ইনিং তম্ব লৈবাক থোৌরাঙ,

থবক্লু পাংব ইথৌনি, মীমান্নব ভন্ননব,

মাংহনগন্নু খুদোং চাব, পায়সি থবক ইভিক চাব।

থৌবু ভাক্লি ঐথোয় পুম্ব অনেৎপশুন লৈথোক্লন্নু।

জয় জয় সনা চহি মডাগী জয়।

( ময়াম্ন খুবাক খুই )

নহা ১— মথংদ জগোই অম উংলগ ওসিগী কুম্মৈ লোইশিল্লরে।

(থবক অচৌব অম ওইনব লাক্লরিব নিপাবু অপংবী মুপীন থুগাইব অমস্থং থবক কায়ব উংপ জগোই অম শাই)

( মেনকা জগোই )

ভাবোক ময়াম্ম খুবাক খুই, কুম্মৈ লোইহুন মহৈ মহৈ চংনখি। মনাক্ত ফম্ব নিপা অনীন সেক্রেটারীবু লোম্ম খামহুন মথোয় অহুম ময়ামগী তুংদ লৈথহুন য়ারী শাহৌই।

১ব নিপা— বাবুবু দিল্লীদগী লাকপিব্র ?

সে— মানি করিগীনো ?

১ব নি— সনা চহি ৫ হায়বত্ত মশক থংবিব্রা ?

সে— থংই, ঐগ লোইনরকপনি, ঐহাক মাগী সেক্রেটারীনি।

২ব নি— অহুদি বাবু পাবুঙ্গ ইমাশিগগী সেক্রেটারী ওইহুন শেল থাইব কোইন চংলিব ইম্ফালদগী লেমজ্জা অমস্থং লৌল্লাইদগী লৌজ্জা হায়বত্তুগ মশক থংবিব্রা ?

সে— শেল থাইব কোইন চংলিব হায়বদি করিনো ?

১ব— তো বাবুদি শেল থাইবগী য়া থংলমব্রিনেসে।

সে— করিগী শেল থাইরবগে ?

(লাপ্প মথোইগী মতুংদ মরৈজাও অমস্থং সনা চহি ৫ না শারিব য়ারীহু ভারি)

২ব নি— লৈবাক অসিগী লম্বী থোং শেম্বদ মাগী মাগী খুনগী ওইজ ওইথক, থর হেম্ন থুংবিনি হায়হুন খুন খুনগী য়ুমথোং য়ুমথোংদ থাইরিব শেলসি বাবুদি করিমত্ত থংবিদবোইরে।

সে— ঐদি থংদে, শেল খ'ইগদব নত্তে, সরকারন লেম্ন তৌবি- গদোবনি। শেল থা্ই্ব লাকপশিংভু ফাহুন পুরকউ।

১ব নি— করিনো বাবু, মনিরৈমগী পাবুঙ্গ মমাশিঙগন থবক হাপ- পিনি, শেল পূহনগনি লপোল ইতিক তৌজনব, য়ুম শাজনব মাব মান ওম্ব শেল থিরকউ হল্লং হংচিং য়োরকউ ককা হায়রিবসিদি অরেম্ব তারব্রনে বাবু?

সে— নথোইন হায়রিব বাসিদি ঐ য়াম্ন ওক্লে।

২ব নি— মনিরৈমগী পাবুং অমসুং ইমাশিজন মচান্নুপীগী মরুপ সনা চহি ৫ দগী লৈবাক শেম্বগী ঠিকা পুন্ন লৌই, মথোইনিগী খুসিনি। মান মান ওম্ব শেল পুরক্লুন ওইজ ওইথক লেপ- শিজহৌরো, লৌ পীগে, লম্বী শেম্বিগে লমোনবদ মত্তেং পাং- বিগে, নহৈ হৈহনগে, খুংশাম্বী থবক হৈনব তম্বিগে হায়হুন মী কয়া কয়া থারক্লুন রা রা লাওনরিবসি বাবুদি য়াও- বিব্রাও?

সে— ঐ য়াওদে, মতুগী মরমদ ঐ করিমত্ত থংদে। মথোয়ন তৌরিব থবক্লুদি আইন কায়ব থবক্লি।

২ব নি— অতুদি বাবুন ঐথোয়গী মদৎ থর তৌবিয়ু, মী অতৈ তাহন্দন লুপা ৫০০/৫০০ দং খুঞ্জা ময়াম থাইনরগ কচ্চগে। শেল চোপ্প পাম্ব, ভোট্র থোম্ব পাম্বশিংহুদ পীজরোই।

সে— করিনো নথোইন পাম্বিব থবক্তে?

১ব নি— শেল হায় কংলগ কোম্ন হঙ্গংচগে।

সে— ঐদি শেল চাব মী নত্তে, শেল চাবশিংবু কাব মীনি, ফিভম ফত্তবশিংবু শেম্ব মীনি। প্রমানগ লোইনন শেল থাইব

লাকপশিংহু ফানব হোৎনবদ নখোইন ভেংবাংগে হায়রবদি
নখোয় মতিক চাব মনা ফঙ্গনি !

২ব নি— মহুদি ননাই ঐখোয় খুঞ্জা ময়ায় মখোয়গী শাজৎ শেঞ্জা
লৌথুপ লৌকোই লোইন তাকচব ঙমগনি।

সে— ঙসি নখোয় ঐগ লোইনন গাড়ী তোংহুন ইফালদ চৎসি।

২ব— লেংউসি বেরা লৈতে।

সে— লাকও চৎসি। (চৎন চৎন) নখোয়ন হুজিক হুজিক পামই-
বদি করিনো ?

১ব— ননায় ঐখোয়গী খুনয়াইদ চেল্লিব তুরেল'অমগী উয়োকখোং
তেক্লে, মহু উগী থোং থমত্র খর নিংথিন শাবিয়ু,— স্কুল
শাব ঙমদহুন সাঙ্গাই অমদ অভাং ময়াম লাইরিক তম্মি—
স্কুল অমত্র জিজ্ঞ্যন কুপ্তুন শাবিয়ু। ভোট পীদে শেলসু পি-
জদে হাইহুন ননাই ঐখোয় লমহুবু হৃমনগুম লৌজা অমসুং
লেমজ্রান ওৎপসি থাংব ঙমজদ্রে।

সে— নখোয়ন পামইবহু য়াম্ম থুন শাবিগনি। লৈবাকপু নমথাক
তৌহুন মরয়াইগী ওইজব তাল্লিব বদমাইসশিংহু মশক খর
তাকউ, ঐগ লোইনন চৎসি। (চৎমিয়খি)

মরৈ— উবিরেদন লৈবাক অসিগী কুম্মৈ মচেৎ অমদি ?

সনা— অঙকপ কুম্মৈনি উরে, তারে।

মরৈ— অতৈসু য়াম্ম লৈরি উচ্ছখিগে।

সনা— শেল অমুক চৎন শেমইবসি মাংহল্লগে হায়ব কাংকুম্ম য়াও-
রিদকে তাইবং মী ! (চৎমিয়খি)

# সনা চহি মঙা



## ২।৩

মনিরৈমগী য়ুমজাও মাঙ্গোন্দ ১৯১৬ কি কেলেন্দর থেংলি। চোকী মেজ ময়াম থম্নুন পাবুং, শিজ্জ, লেমজা, লৌজা, ইবোহল, মরৈজাও, মাগী নিপা অনী, সেক্রেটারী, অহৈ অশিং কমহুন বা ভাংনেরি। লংফৈদ চংনব (দিল্লীদ হল্লব) ট্রং উপু বেদ্দিং মরোল মরোল চাম্প্রাসীন হোন্দোক্লুন পৈরি। থোংজিন্দ মনিরৈমন মকোক খুমহুন চিন্তাগী শককমদ ভারি। ইমুংদ R. K. 5 year না পোষাক শেংলি।

লৌ— (য়'ম্ম শাওন) ঐখোয়বু শেল চাই, লৈবাক্কি কান্নবদি ইত্তৌ তৌদন লমাইগী ওইজবদ খিহুন লৈ হায়হুন হুঁঙ্গিল্লিব মী শিংহু মশক থংলবদি, ফোংন হাযব ভম্নবাদি থুকউ, খুদাং, মথল্লাং, মভক মতেক মতেক থেক্কংব ভমগলি।

লেম— মরিল লৈতব মীন তুংদ লোম্ন ভাংনব ল্লাসিদি তাথন-কাক্ল থোংবগুম তাথোকউ। ঐবুসু ইম্ফাগদ লৈব থবক কংহৌদব মতিক চাদবশিংন মথোইদ থবক পীদে হায়হুন শাওরিপোংনি, ঐন বা ওইন তাবিদব—। তাইবং মী হায়ব সিদি মশা মশাগী মরাল, মল্লমচংভি ইয়েং য়েংদনক, মীগী

মরাগদ থীবনি। লম্বীদ ঐন চৎপদ মযাম্ম য়েংনহৌই, খু-দোম্বীন থিন্নহৌই, তুংদ, করিমো মুরুম মুরুম শোন্নহৌই। ইমাংদ কোংন ৱা ৱা ডাংনরবদি থাজিল্লক'নি হায়ব থংহুন ব্যবহার তৌরিবনি। ঐস্মু মীদি য়ৈনিংবন শিদোরবনি।

নিপা ১— লৈবাক মচা মশেলদি মুংশিনব হৌবৈ, অহুবু তাদ অনীন মী য়ৈনিংইদ হায়রিবসি, তাদখোইন করি তৌরুহুন মীন মুংশিত্রিবনো নত্রগ মীন করি তৌরক্লুন তাদ খোইন শাওরিবনো, কনান চুম্ব কনান লাম্ব হায়বহু মাইকৈ অনীমক বিচার মতৌবিয়ু।

নিপা ২ব— ঐন অহু পীয়ু, অদা তৌ হায়বদ কৈ থংদে কত্তে থংদে হরাও হরাও তৌরক্লবদি মীহুবু ঐন মুংশি। হায়ব ইন্দ্রবদি নিডাই তৌরবদি শাওনিংই। মীন হায়ব ইন্নব অফব থবকস্মু তৌনিংদে, শাওবদ হৈ— অসিগুম্ব মীবু মী-য়ামগী থবক পুহল্লবদি ঐ তাম্ননি।

লোজা— ইবুঙো নংন হায়রিবহু কনাবুনো?

নিপা ২ব— ঐন হায়জরিব থবক'সি তাদম্মু তৌবিরিব্রা? ঐঙোন্দ অপানন হংবিরকইবু?

ইবো— নিংথি নিংথিন ডাংনসি মীগী মমাংদ কল্লদে।

মরৈ— মীরৈবাক মচা ইরেবাক মচা মযাম তিন্নব মতমদ থাইনগী য়া থুজিন পুথোক্লুন চিন্নগে খোৎনগে তৌব অয়েম্ব থবক মত্তে।

পাবুং— অডাংশা থংনব কল্লদে, মযাম থর থর য়েন্নহুন চাবিন থরুবিরব তম্মু।

সে— ঙসি ঐখোয় দিল্লীদ হক্ষুরনি। ঐখোয়না চংসমদাইদ ইচিনঃ নাওশিং থংনবিয়ু। লিংজেল মাগ্নরবদি অপিকপ ককচেং ময়াম্ব তীম্ন্থোক অচৌব থাংই হায়বতু থংবিয়ু। মতুংদ ঐখোয় চহি ৫ গী দমক অমুক সাকচরব য়ারি। থবক নিংব থুংহৌদব লোইহৌদবশিংতু অমুক ময়াম লিংজেল মাগ্নন পাংথোকমিন্নব তাগ্নবিরম্মু লৈবাক মচা মশেল।

শিজ—লৈবাক্ক ভাংম্ব থবরগী য়াদি হন্দক তিংখ্রিব শেস শূখ্রিব থবক ময়ামসিদি কান্নখ্রে ফজখ্রে হায়নরি। মাইকৈ মাইকৈগী প্রজা শিংন পেল্লে মুভাইরে হায়তুন লাওনরি। হন্নক্তি থবক্লিদ য়াওক্কব মী পূগ্নমকপ্ন পুন্সিযু মুভাইয়ু হায়তুন বরন নস্থো নস্থো পীনরকই। ফিভম অ'সদ হরাওনগে হায়দতুন ফি শেম্নবগী করি ক'ম্ন'রিবগে? চাক চানসে, থাবন্দুম চোংসে, লাই হরাওসে।

মরৈ— ইমাসিন তাকপিারিবসিম্নু য়াম্ন চুমই, মাইকৈ অমদি ওইজ ওইথক ফংতুন য়াম্ন হরাওরৈ। মনিং থুংহৌদব মাইকৈস্নু থর য়াম্ন য়াওতুন শাওনরিব ওইম্ব তই।

শিজ— লৈবাক মচা মশেলন পাম্নহৌব শেসদি এথং মথঃ চায়-থোক্লরক্কদবনি করিম্নু মুভাইগুব তেরুস্নু হাইরম্ন।

পাবুং— থংদ্রে, ইবুংঙ খোয় কাসগী প্রভাব চংলক্লবাসিদদি লাইন অবতার তৌরকপ মী ফাওব অহাওব চানিংই অকব শেং-নিংই,— থর হেন্ন ওইজব পাসই। মরন্ন সতুন মী অমদ নক্লগ থরদ শেল থুমগী থবক পুম্নথা থাদোক্লুন তৌহনব ফত্তে। থাবু থাদোকউরবদি তুলবা মনাগুম্ন অশেংব অদেক

তদেকপ কাওব খুইজিল্লকই, চুম্ন তিংন লৈয়ু য়ারক্কে কোন-
শিল্লকই। মতুংদ থবক তৌব কান্দ মসি ভাব তাও।

মরৈ— মীচং নাইব যুগত, মীচং অমত্তগী মীদ লোইন শিন্নথোক্ল-
বদি পাবুংন তাকপিবগুম মীচং অমত্তগী মীন মীচম ময়াম্ন
থায়জিনব থাজনাগী শেলহু থর থৈদোকহৌব মশান তংবনি।
ময়াম অত্থন লৈবাক্কি থবক অম পাংনব শিনব মতমদ
মী থরদবু [য়াম্ন থাজহুন মথোয়ন থোকপ তৌনব শিন্ন-
থোকপ ফত্তে।

অহৈ অশিং— হৌথিবগীদি হৌখ্রে মতুংদদি মীচমগী মহুং ওইব
য়াব য়াম্ন থল্লগ থবক পাম্নহনব চুমই। পার্টি অমত্তগী মীদ
থাদোকপ অশিংব থবক নত্তে। সরকারমী মীগ প্রাইভেটকী
মীগ তিন্নন কমিটি শেমগদবনি, পার্টি খুদিঙ্গি মী থন্দুন
লৈবাক্কি থবক শিন্নগদৌবনি। কাংলুপ অমত্তদ monopoly
পীথোক্লবদি থবক অত্থন লৈবাকপু মনিং থুংহনব ওইথোক্কে।
থবক খুদিংদ য়ান্নিবমথৈ Democratic ওইন পাংথোক্কব
হোংনব অকব থৌশিলনি।

লেমজা— খুং লিংবনি হায়ত্থন লিংনরিব, অরা অনা থংদন মতম
কুইন খাংহুন পার্টি অনগী থবক য়াওরিব মীহবু ওইজ ওইথক
কংলেমদাইদ মাগী পার্টিন থবক শিনব কান্দ লৈবাক্কি য়েংউ
মীগী য়েংউ নরম্নাইগী কান্নব পুমথা থাদোকউ হায়বসিসু
ঐদদি হায়ব ওমজরোই। নত্তে, মতম অমদ মুঙাইজগে
হায়হুন য়াওনরিব পার্টি নত্রাও?

জিলা ১— পার্টিন পুথোকপ শেলদন লৈবাক শেম নত্তে, লৈবাক্ল

থিব থাজনানি। ময়ম অহুন লৈবাক শেম খবক্তি পার্টি অমহুন খুসী তৌব চুমদে, কন ওম্মি হায়হুনম্ন। মহুম্ন তৌপে হায়রগ লৈবাক শেম্ন হায়দহুন পার্টি শেম্ন খবক হায়হুন পুকচেল পিরু এদভরটাইজ তৌবিয়ু।

ইবো— ময়ম অহুন মহাত্মাশিংন কা লেম্ন মপাঙ্গস কনব পার্টিবু, থুগাইয়ু কহুব তৌরক্লনি মনিং তম্ন কংলে হায়হুন লাওরম্মহুনি। কজনরবদি ইয়া য়াব ওাক্তনি, রাজরক্লব পার্টিবু মীচম খুদিংন করিগী মুংশিনভম থোকপগে? ঐথোয়্ন ওম্মি খুং কল্লি হায়হুন অকপ অরিং শিংহুন ওইজবমথৈ তাং তৌহুন মুনগনি হায়বগী ভাবত খবক শিল্লবদি লৈবাক্তিম্নু ওইজদে, পার্টিহুগীম্নু মিংচং হম্মরকই।

সে— মতম অসি থেংজিল্লক্লে, plane ওাইহুন লৈরম্নিনি।

সনা— (মন্নুংদগী) ময়াম এরোড্রোম ওাম্ন লেংবিরম্মো ঐ তাবঃ খংচরক্লগে।

পাবুং— অহুদি ময়াম থিন্দোক্লব তৌসি।

(মনিরৈম নত্তুং ময়াম চংলৈ)

সনা— (থোরক্লগ) করিগী চিন্তা তৌরিবনো?

মনি— রা মমেক শেংদন লেংবিব য়াদে।

সনা— করিগী রাবুনো?

মনি— ঐথোয়গী পাবুং, ইমাসি মমসুং মকপ মপাং অতে খরবু শেল চাই অমোংপ খবক তৌই হায়হুন পীরিব বদনামহু কোক্লব নত্রগ মতিক চাব দণ্ডি পীনব সাক্ষী প্রমান পুথোক্লন বিচার তৌবিরমথো— অহু নত্রিবমথৈ লেংবিথিব য়াদে।

সনা— য়েক্লবশিংন হরাওনব চপ চাব সাক্ষী প্রমান থিহুন বিচায় তৌনবগী থোইন কায়দে। ঐখোয়ন মখোয়বু থাজহুন থবক শিনহৎনিন মখোযদ দণ্ডি পীক্লবগী কায়দে। থাজবগী য়া হায়বসি লুখ্রে। থবক মোংশি হায়বগী প্রমান্দি শাওনরিব প্রজা ময়ায় উৎলিবহুনি। চপ চান মীশক অহুন অহুগুম অমোংপ অহু তৌরম্মে হাযহুন কাবগী য়া নত্তে। মীন থাজম, চিংনদনব থবক তৌব কৈ হায়বদনি। কয়া য়ামথ্রব শেলনো ভিংখ্রিব, থাজনাদন ওক্তহুম মীরৈবাক্কগীম্ভু পুদোরিবনি। অম্রুক লুন থাইগৎলিব শেলবু মতিক চান কায়ব ফংদন মাংলবদি কাকান করি হায়নি অহল লময় করি হায়রমগনি! নংস্থ থন্দুন য়েংউ ঐ কয়া ইকাইক্লনি? নং ঐবু মুংশিজ্রা ও?

(থরাই মুভাইতন উই)

মনি— মুংশিনবদগী হায়নরিব য়ানি। চপচাব সাক্ষী প্রমান কংজ্রবদি থাজহুন ঐখোয়ন হাপ্পুরিব মীশিংবু শাওবিরমু হায়বনি। মনিং থূংদব থরন চুমই লাল্লি থংদন থবক তৌবশিংবু কল্লক্লুন হুম্ব য়াই. মহুন চিংথহুন ঐবু অমস্তুং মরুপ মপাংশিংবু চিংনাবব চুমদে হায়জবনি।

সনা— নংবু অমস্তুং ঐথোয়ন থাজহুন হাপ্প নঙ্গি মরুপ মপাংশিংবু থোইন চিংনরুব য়া নত্তে। তৌবদবু লৈবাক মীয়াম পুম্নমক লিংজেল মান্নন য়ৌ য়ৌ লাওন থবক তৌরবদি চাওখৎপগী মহুত্ত অমুক হেয় চাওখৎলমহুন ঐগীস্থ মায় পাক্লনি নথোয়গীস্থ কায়গনি হায়বত্তনি।

মনি— অহুদি পুক্লিংদ করিমত চিংনদন অহল লমনগী মমাংদ ইং

খৌন খবক মঙ্গল ওইরকপগী ভাবত মোমোন মোকতুন লেংবিখোদনা ?

সনা— ঐদি করিসু শাওব নত্তে, মতম পুম্বদ মোমোন নোকুন লৈরিবনিনে। ঐদি খবক তৌব যাওগদব নত্তে, মরাল লৈব মী ফাগদব নত্তে, খৌশিন খোবাদনি। খোরাংসি ময়াম ফজন শেলগ মতিক চান কান্নব পাংথোকপিরগ ঐগী নিংব থুংলিবনি।

মনি— খবক অসুক ফজন পাংথোক্লবমক্তদ মী অয়াম্বন থাগৎনরবমক্ত নিংব থুংবিদ্রিবাও ?

সনা— থাগৎলিব মথাগক্তু মবুক শেংব নাইব নাইদবগী য়াদনি। থাগৎপদি ফন থাগৎনরে; খংদে, ঐখোয়বু হয়েং দিল্লীদ অহল লমন্ন খবক ফত্তে হায়দুন শাওনরগদ্রা! মদুম তৌরবদি ঐ অমুক ল্লাকুন নহাক্ত উনব ফংলরোই খঙ্গদ থরাইসি মুডাইদ্রিবনি।

মনি— সোমগী পাও পীদৌরিব মীশিংন খবক ফজন পাংলে হায়দুন তম্মপ লোইরে, মদুদি অরাইব পোৎনি।

সনা— ফজন তম্বিদদুন অমোংপ থন্দুন তম্বিরবদি ইমানী কায়নরেদো।

মনি— শেল পীদুন পাও অফব তমহন্ব য়াগনি, পাওমীদি য়াম্ন তোংন নেকপ ফঙ্গনি।

সনা— পাওবু অফব তম্বিয়ু ফত্তব তম্বিয়ু হায়দুন নেকপ য়ারবদি নখোয়গী লৈবাকসি সনা লৈবাক অশেংব হায়বদুদ ভারে। মদু ঐখোয় অসোমদদি চৎনদে। অনেকপ মীন থাগৎপদি

করিমত্ত মমম্ন লৈত্তে লৈম। য়েক্লবম কাওব থাগত্তব ওমদব থোদো পামই ঐদি।

মনি— ঐন মুংশিব ইবুঙো নঙ্গি য়েক্লব, লৈবাক অসিদ মক হুক্তি, মরম অহুন নঙ্গি অকব মিংচত্ত মী পূন্নমক্ল তারমগনি। করিমত চিংনবিক্লম্বু, অমুক শোইদন থবক ক্ষবগীদমক মফম অসিদ লেংঙ্গকথিনি।

সনা— করম্ন থংই?

লৈ— ইমাশিজগী মঙদ তাক্লম্বনি।

সনা— নথোয়দি মঙ য়াম্ন থাজনত্র?

লৈ— থাজব য়াব মঙদি থাজগদবনি সনা ইবুংো।

সনা— নথোই ইমাসিগী মঙহুদ অচুম্ব ওইসম্নু, ইমানি অমুক উন্নবব। মতম থেংত্রে ময়াম ভাইরম্মনি ঐ চংলগে।

লৈ— ফনি ঐ থিন্দোকচগে। (চংমিন্নৈ)

সনা— নথোয় লৈবাকসি ওহোক্ল মুভাইখ্রে, ঐ মপোক অসিমগী থক কাওখ্রোই।

লৈ— লৈবাক অসিবু কাওবিদ্রবদি, ঐবুম্বু খিত্তং নিংশিংবিয়ু।

সনা— নঙ্গিদমক লৈবাক অসিবু কাওরোইদোরিবনি।

লৈ— (কেন) থমাই য়াওন হায়বিরিবজাংলাও?

(থুংশম্নহুন চংমিম্নখি)

*2nd drop scens.*

# সনা চহি মঙা



## ৩\১

য়াম্ন ফজন লৈতেংলব মমল য়াম্ব যেম্ব চৌকী থাব office কি কা অমদ ফজরব চৌকী অমদ কাকাজিউ ফমই, ইচম চম্ব লংজমগী ফী শেংলি ইল্লি। লাইরিক অমস্তুং ফাইল খর যেঙ্ক মথক্ত লৈ। মনাক্ত চৌকী ৩ থকম্নু থারি। অহৈ অশিং, সনা অমস্তুং সেক্রেটারীন লেপ্তুনরা হঙ্গংলি। মতম মুং-থিল পুং ৩ লোম তাবদনি।

বেনার্জী— অভকপনি মণিপুরী মচাগী মথুং মশা হৈগম্ব মীগী মতৌ পরপ পরপ তম্ব হৈবগী শক্তিদি। জগোই ইশৈদ মমিং চংপগুম, মভিক চান ট্রেনিং পীরবদি, পরপ পরপ চাওথংপগী আশা য়াম্ন লৈ। মখোইগী ফত্তব থর হায়ববু মথোয় মশেল করক করক য়েংশিন্নগাল্লি। মীগী লম্মচাগী মথোঙ পাম্নব ইকাইনদে, মখোই মশেলদি অমন অমগী মফমদ ফন নং-নথুনপ্পু থর তোম্বব থবক তৌনদে হায়ব য়াই। মণিপুরগী লম্বীদ কুলী তাংই, লাইরব লৈভব মীদি তাংদে। ফন নংলব নিপাহ কুলী ওইব ইকাই কোংন। মন্নুমদ নংন মোংন লৈজরবন্নু মপান থোরকপ মতমদ কুম্মৈ মফমদ, থেবেন্দ্

লমীদ ভৌরব নাল্লব কী শেংলি। ইকাইব থংই মরিংজেল লৈ, থবক কৈ। হরাও কুম্মৈদি চহি চুপ্প লৈ পরেং লেংবগুম মথং মথং চৈখিং, থা অমত্তু পোত্থাদে।

কাক।— ঐসু তারে, মণিপুরদ চহি ৫ গী খোৱাং ফজন চত্থরি, লৈবাক মীয়াম পুম্বন মতেং নিংথিন পী হায়বসিদ ঐ য়াম্ন মুডাইরে। মশা নাম্ব, মথুং মশা হৈগন শিঙ্গম্ব, অগোই ইশৈ কলা বিদ্যাদ মমিং চৎলিবত্থ মমাংডৈদ [নিংথৌশিংন ফজন শেমগৎলম্বননি। মথা নিংথিন শমশবিব, চাওখংলম্বগী মথক্ত অমুক হেন্ন চাওখংনব হার হাপ্লিব ঐখোয়গী ইথৌনি। অগোই ইশৈ চর্চ্চা হেঙ্গংনব গ্রান্ট য়াম্ন পীরনি, মখোয়গী আর্টিষ্ট তোইন কৌহুন খোগৎপিগনি, রেদিওদ য়াম্ন শকহম্বি-হুন শেলসু ফংহল্লনি, লাইরিক লাইগু হৈব হেঙ্গংনব শেলসু হাম্ন পীরিবগী মথক্ত অমুক হেন্ন পীরনি, ওঝাশিঙ্গ হুলব হেঙ্গংপিরনি। ভাইবো ঐন ওকপ য়া অম লৈরে। শিক্ষিমৌ হায়হুন থাখিব শেল লেমহুন হল্লকইব তপ্ন শিক্ষিন্নরিবদি করি মরমগীনো ?

মেবোন— মহৌশা শেল অহুক য়াম্ন শিক্ষিন্নদবহুদ অকীব অম পোকই, লোইন চাদিং তৌখোকপ পাম্মুবগুম্ব অম তৌই। পরপ পরপ থবক শিন্দোকপ লেগ য়েম্মোকপদ ইশিং অপাকপ অমুক্ত উত্রিব মীন সমুদ্র কীবগুম থর হঙ্গোইহুন তৌত্রা থল্লি। মতুংদদি অয়াম্ব কর্ম্মচারীশিংহু ভাব তাহৌরে, শেলদ থর য়াম্ন কায়খোকপিরকউ পরপ পরপ শিন্দোকচগে হায়-নহৌরে।

কাকা— শেলবুদি লুপা ক্রোড় অমগ লাখ ৫০ হেন্না কায়রগনি। অহান্বগী চহি ৫ দা ভমহৌদব অমসুং অনৌব মথল মথা অয়াম্ব থবক অচৌব পাম্বথংপদ থুদোং চাননব। তুৱেল ইশিং থিঙ্গত্তুনা লৌবুক্ত থোং থাজিন্দুনা ইশিং পীনব অমসুং হাইড্রো ইলেকত্রিক স্নাম্ন হেন্না ক্ংনব কারখানাদ ইলেকত্রিক থবক শূব হেঙ্গংন্‌বসু স্নাওরগনি। শেল নৈতে থাজনান কোঙরোইরোরি, লৌব স্নাব থাজনামথৈ চপথত্তুনা লৌরব কাওবদ। থবক্তি তৌদব স্নাদে, মথা লৌথদব স্নাদে। ইনাক খুম্ন নৈবাক কয়াদগী মীরৈবাক্কী পোৎ নৈনব শেল পূব ভারি। ঐখোয় নৈবাক্তি মীনসু সরকারগী Plan Certificate কুম্ন নৈহুন তুম্থংপ শেলমথৈ শেন্দোই চাওন পীরিবসি ক্:ঙহৌনব, State কি ম্নাংলিব শেলদসু মতেং পীনব তৌব কৈ হায়হুন নখোয়সু কম্ন শন্দোকউ। কম্মুনে করিগী লেপইবনো?

সনা— ঐখোয় নৈবাকি স্নাম্ন কত্তব হায়ববু লুপীগী মওক্ত লুপীগী মনাদ, লুপীগী পাম্বোমদ, থুদাংদ, থুংশাদ সনাদ পংথোমদ থোমজিম্ব ভাম্নবসি কম্ন চংনৈ। Life Insurance স্নাও, সেভিং সার্টিফিকেট নৈম্নু, Bank তা শেল থম্মু হায়ব কম্না স্নাদে।

কাকা— শেন্দোই ক্ংহুন শেন্দোং ক্ংহুন হেঙ্গংলকদব শেলবু মম্নেং ভারকুব মওক্ত থুদাংদ পুন্সিন্দুনা থম্মগ করি কাম্নহুন তৌরিবনো অহুদ?

সনা— কদা পাম্ব নৈবাকনিন কঞ্জরগ লোইরে চরা মাম হেন্নসু কী অবাম্ব শেংলগ মওক্ত লংজগে হায়ব মী স্নামগ্নে কাকা।

কাকা— মঙুক্ত থর হোংব সনা মায় লংব লৈতেং শিরো শেল অহুন মচা পোক্লব থবক্ত থাদরো নত্রগ Government তা পূথোক্লো করিগী হায়দে?

সনা— হায়জরিবনি কাকা, কুইন চৎনরকপহুন পাক হোংব রাহুন তৌরিবনি। হুজিক্তি অশিংব মুপী থরদি হোংন ফজব লৈতেং য়ায় চৎনহৌরে, সনান লুপ্‌ন তৈহুন থর মাংখ্রবসু। শিংদ শিংব লাইরিক হৈবীশিংন সনাগী মহুত্ত ফীরোলদ থর থোক থাক তৌনরগ তোক্লরে।

কাকা— হন্দকসু নংন মণিপুরদ চৎকদবনি মথোয়গী মুপী ময়ামগী মশাদ পকপ সনাশিংহু কায়থোক্লগ প্রান সার্টিফিকেট লৈহল্লু শেন্দোই য়ায় ফংজনব। ডাইথো অহুগ মথোয়ন পেন্দব হিরমদি করি করি লৈহৌরি। মীচম প্রজা জ্ঞান তাবন পীরকপ Suggestion দি করি করি লৈ?

সে— মথোয়ন য়ায় মথরাই শোকপদি মথোয়গী লৈবাক্ত লৈরিব মতিক চান ট্রেনিংসু চৎচক্লরববু থৌওইবিদন মপান্দগী অহৈবনি অশিংবনি হায়হুন পাক পাক পুরক্লগ মথক্ত দক দক থিনজিন'বরব, হায় লৈরম্বহুবু চুমই থংদে লাম্লি থ'দে, মতিক চাদে হেক হায়'জিম্বীব প্রমান পীবিদন। অহুদগী অনীশুবদ লৈবাক মীয়ামগী মতিক চাব মীহুৎন থবক পুহম্বীগেদি হায়দন কাংবু অমত্তদগী মী অচায় নত্রগ অপায় থর থল্লগ মীয়ামগী ওইব থবক হেক শিন্নথোকপিব। অহুমশুবদ অমাংব অমোংপ থবক উৎন থুম্ব ওমদনব শেল শিজিন্নগদব মকমদ থাজরবনি হায়হুন থরদ থাদোকপিদব, করক করক

য়েংনগদৌব কাংবু কাংবুগী মী থর থরগ মথোইদ শিন্নবিব। অসিনচিংব মথোয়্ন হায়ত্নরকপ লৌব য়াব য়া কয়ামরুম য়াওই ।

কাকা— মথোয়্ন হায়রিব য়াত্ন লৌব য়াব য়াওরি, লৌব য়াবমথৈ লৌহন মথয়াই মুড়াইহনগদবনি, মথয়াই হরাওন থবক তৌরবদদ থবক কজগদবনি। মথোয়দ হন্নব য়েংউন্নু, মুংশিব চায়ব হেক্সংনব থৌশিল শিনগদবনি।

সনা— মীতৈরোল চাওথংনব থবক্ত পুক্লিং কয়া চংবিদে হায়ত্নন কাংবু অমন থর শাওই।

কাকা— লাইরিক মথল মথা ইথগী মনা লুপা কয়া কয়া পীরি, মথোয়্ন মত্তিক চাব ইজত্নন নত্রগ মত্তিক চাব থনকম থংদ- ত্নন নত্রগ থন্ন ভজ্ত্নন তোকপনি। ঐথোয়গী ইরাল নত্তে। লোন চাওথত্তন জাতি অম চাওথংপ য়াদে। লোন চাও- থংনব ওইব হিরম খুদিংদ মতেং পীগদোবনি, থৌগৎপিগ- দবনি। লাইরিক অক ফত্ত থন্নদ মীচং মীথাই নাইদনব মথোয়্ন মত্তিক চাব জত্ত হাপকদবনি, মনা পীথোকপদ পাম্মু- বোইদবনি, ইনিংহনগদবনি। অতৈদি হয়েং অমুক থন্নরসি ঐ থবক অতৈ তৈরে।

কাওগন্নু— Love and co-operation should be your guiding prinoiple. মুংশিনগদবনি, লিংজেল য়ান্নন থবক তৌহিন্নগদবনি।

অতৈ— Yes sir. (কায়রথি)

# সনা চহি সভা



## ৩।২

অয়ুক পুং ৮ তাবদ পব্লিক মিটিং কাংলৈবুংদ। মীয়াম তিল্লি, মমাং ওইরপ্প পাবুং, সনান তেকথবী ইমাশিজ, ইবো-হল, মরৈজাও, লোজ', লেমজা ফমই। মনিরৈমন মীতৈ ফুপী ফিজেত্ত কেৱছন সনা য়ায় শিরছন মাইক মমাংদ লা তাংই।

মনি— তসি ঐখোয়ন সনা চয়্নি ৫ অমুক লেংলক্লনি হায়ছন তাই-রিবসি থাবু থাজদে লেংলক্তব য়াই। ঈশ্বরগী কৃপান ঐন থাজরিবসি লাম্ব ওইসনু। থাজবগী মরমদি করিনো হায়বয় সনাইবুঙোহু ম'চনমক্ল ফোংন হায়ত্রবস্ত হনখিবদ মথয়াই থয় মুঙাইতে। মরমদি ঐখোইগী লৈবাক মচাশিংন তৌব থবক্ত অমোংপ থয় উখি— ফোংন হায়দোকউবদি য়াখিদে। মসি ঐদি ওয়্হোক্ল ইকাইগখ্রে। করিগুম্ব হন্দক ঐখোয়গী লাইবক ফছন অমুক লেংলকপ থোক্লবদি লৈবাকমচা খুদিং-মক হায়দে হায়নি করিগুম্ব অমোংপ অমত্ত তৌবিয়, কাব থোক্লবদি ইমা ইপা থংদে, মরী-মতা নক্লব থংদে, য়ায় থীন ইকাইব নংবিনি। লৈবাক পূন্নমক মুঙাইমিয়পদব থবক তৌবদ তোঙায় চাব য়াওরকপ লমাইগী ওইনব লোংশিয়

মায় ইকাইব য়ানি। অচৌপ্প অয়োংপ থবকপু ইকাইনং ত্রবদি, ইকোং কো'ন মীচং মীথাই নাইনরবদি, মুংথিল পোবোপ্প হুর'ম্ব চৎনরবদি লৈবাক অসি য়াম্ন থুন লৈথা তাথিনি। মী থরন চেম্ন্থুন লৈবাক পূম্নমক মাংব য়ানমুসি, লৈবাক্কি মাংনব তৌব, সমাজন থিংব থবক লম হেন্ন তৌব মীবু ময়াম চংথুন কাগদবনি থিঙ্গদবনি। থিত্তুং চাওথংনংব শেন্দ্ফ তিংথ্রিব শেল য়াখ্রিব ময়ামস্থ নিংশিংবিয়ু। মী থরবু ইরাই লাইন থুগাইহন্ব লৈবাক মচা খুদিংন য়ারোইদবনি। মথংদ মিষ্টর মরৈজাওন য়া থর ভাংবিগনি।

মরৈ— মুংশিরব ইরৈবাক মচাশিং। ১ব চহি ৫ গী থৌরাং লোইখ্রে— অনীশুব থৌরাং হৌরনি হান্নদগী হেন্ন শেল তিংথুন লৈবাক অসি শেমগৎশিরনি হায়ন তারি। অহানবগী থৌরাংদ ঐথোয় ইয়াও য়াওজহৌদে মরৈ য়েন্তুন অহোবদ থিহুন লক্নুব লৈতুম থাবদ থংথি। ১ব থৌরাংগী হুম্মন ঐ কাওব য়াদব ওমদে, মণিপুর ফন নিংথিন চাওথংপগী মাইকৈদ চংশিল্লকই। অরাবদি ঐথোয় লৈবাক মচাশিংন ভাব তাফাওতুন, পুকচেল শেংফাওতুন চংখ্রিব শেলগী মতিক চান চাওথংপমক্তি চাও-থংতমানে থল্লি। অতুবু হন্দাক্তি মরু ওইন থবক শিল্লাংবি-রবিবশিংন পুকচেল শেংন কোংন কোংন শিথিতুন, অচায়ম থম্বদন, মীচং মীথাই নাইবিদন অওম্ব মতেং পীনরবদি মথক্তি থৌরাংসিদ খোংকাপ লাওন অমুক কানশিন্দুন চাওথংপগী লম্বীদ চংশিনগনি হায়ব থাজৈ। হন্দক চহি ৫ গী থৌরাও মথং মথং চথরকইবসি মী থরন মপাঙ্গল থাক্তুন থম্মগ

লুহোংবগী শেল চাইবদ লাক্লগে য়াম্ন খুব্ব ভাম্নহৌগে হায়রন থল্লি অমম্লং থবক্ত উংথি। মতু ময়ামগী লাইবক থীব হায়বত্নি। থাদরিব লুপা লথা ময়ামত্থু খুন্নুদ চেং থাবিবগুম নত্তে, লৌবুক্ত মরু ছুম্বগুব্নি, শরুক কয়া হেঙ্গৎন অমুক পাল্লকুব হায়রন। ভিংখ্রিব শেল ময়ামত্থন লৈবাক মচাশিঙ্গি পুকচেল, লমচৎ, শাজৎ ফজব হেঙ্গৎহনব 'পামই; মবুক লাওব, পেন্দব পুকচেল কাব ঙমদব, অমগ অমগ য়েংথীনব হেঙ্গৎহল্লবদি খুৎত শেহ্লিং ঙহাক্ত নম্বন মীগী চাওথংপ ওইদে। শেলদি অমদ অমুক লৈরমই অমদ অমুক চংথিনি, মীগী লমচৎতি শিত্রিব ফাওব মীগ লোইনব লৈহৌগনি। মরম অত্থন থৌরাঙগী থবক খুদিংমক পায়থংপদ মীচমগী লিচৎ মাংদনব লম্বী য়েংবিগদবনি। জুম্নারদ লোকপ শেল ঙহাক পায়হল্লগ মীত্থুবু জুম্নারগী ত্থু লৈন্থন পীজম্মগ মতম থরগী মতুংদ কাওথুরগ বিদায় ভৌরম্বগুম থোক্লবদি থোইন কাম্নে হায়ব য়াদে। মরম অসিন থৌরাঙগী থবক শূবশিংগী লমচৎ ভিংনব মম্নে থবক খুদিংদ পানবিগদবনি। মথংদ ইবোহল বাবুন ব্বা থর ভাংবিম্নি।

ইবোহল— লৈবাক্তি অহল লমন, মুংশিরব ইচিম্না ও ইচন ইচেমশিং। দিল্লীদগী লুপা থাওজাও থাওজাও পুত্থন লাকপ ইবুঙোশিংত্থু মণিপুরদ তীর্থ চৎপ ওইন মন্দির পুদিংদ শেল কংপ লাকপ নত্তে, ভোটকিদমক থওইন থোম্ব লাকপনিশু হায়ব য়াদে। মথল মথা অয়াম্ব তীর্থদ অরেম্ব চাগে-নিগে মূনগে লৈব মীশু ঐথোয় নত্তে। ঐথোয়বু শেম্বিগে লাকপ'ন। চীব

থুম্বব মিঠাই পীক্তগে লাকপ নত্তে, মখোয়বু উবগ তিল কুং কুং য়োংতুন মিঠাই নিবিগন্নু। তুং কোইন মণিপুরগী কহৌ-গদব থবক থন্দুন মখোয়গী মতেং লৌহৌসি, হৈতব তমহৌসি, শেল পুংখোকপ ওমদব অক্ষব অচৌব থবক্তিদমক শেল থংবিয়ু হায়ঝশি, লমচৎ শেমগৎহৌসি। মীনাইগী মরম্নাই তৌন-মুসি, মখোয়ন থাবিরিব শেলসি ঐখোয় ময়ামগী শেলনি, ময়াম্মক্তি কান্নগদব হিরমদ শি জম্নসি। পুকচেল মাংব য়াও-রবদি, ঐখোয়গ থংনৈ চানৈ থন্দুন দক্ষিনা য়াম্ন ফংবিগে থল্লবদি, ময়াম্বু নমথাক তৌবিগে হায়তুন শান্নরিব তাশকি চেনা অমত্তুং লোৎতুন থম্বিহৌরবদি চাক চগ্রীং অমন চেং চেংকোক অম মাংখোকপগী দোষ ফংবিগনি। মী থরবু মতম থর নমথাক তৌব ওম্বিব য়াই; মীয়াম্বু মতম পূম্নমক নমথাক তৌব ওম্বিরোই। মান উদে থংদে হায়তুন চৎনরিব অরোম্ব শাজং কয়া মী অমন নত্রগ অমন মতম অমদ নত্রগ মতম অমদ থংনরক্তুন বা বা লাওরগ মপোক অসিমগী লৈবাক মীমাং ফম্বগনি। ইকাইব থর থর থংনসি। লৈ-বাক্ত অমুক কাখ্রব মবুক শেংদব লৈবাক হাংপশিংবু লৈবাক্তি মী ওইন থাগৎপিগন্নু। হুইদি হুইনি, কাক্ক কোকিল ওব মহৌশাগী নিয়ম নত্তে হায়ব কাওনমুসি। হম্ন হম্ন খোংবান অমোৎপদ তাক্নরব মীবু নেতা ওইন পুথৎপিরক্লবদি ঐখোয় লৈবাক্সিবু খোংবান্দ তাব ঙা নত্রবদি মী গৈত্রমানে হায়-রোইত্রাও ? লৈবাক্তি থাক থর বাংথংহনসি হায়রবদি লৈবাক মচা থুদিংন মী থিবদ খোংবান্দ হৈশিংখাপগন্নু। ঐন্ পুক্নমজগদব অসিদনি।

( স্পট কেশ পায়ছুন সেক্রেটারী লংকৈদগী থুংলৈ।
ময়াম্ন হয়াও হয়াও ওকই। মনিরৈমগ মথুং শোক্লে। )

সে— অনীগুব থৌরাঙ চত্থনবগী মমক সনা চহি ৫ থুংলয়ে, মুংশিরব লৈবাক মচা পুম্নমক হয়াওবিনি নিংলৈ।

( বেল্ল পার্টিন সালামী থোংছুন সনা চহি ৫ মেনোনগ লোইনছুন চংলকই। ময়াম্ন অচাকপ দিউটিগ লোইনন লৈ কবোক চাইহুন ওকই। মনিরৈমন কোল্লুন মথুং পায়ছুন পুশিল্লকই, ফজরব চৌকী অমদ ফমহল্লি। )

( লৈ পরেং পাইবী মুপীমচা অনীন লগোইগ লোইনন মমাংদ ইশৈ শকই )

## ইশৈ

ভারতকি নোংপোক চীদাইদ ভসি
থোক্লে মুমিৎ, চহি মঙাগী থৌরাঙ।
লৈত-লাইরব শূভম খংদব,
নিংথম তুজুং লোইন কংশিল্লে ময়াং।
বসন্ত চংবদ লৈকোন লৈরাং,
মকায়াম্ন নোকপগুম হৈয়াং মমি ;
চহি মঙাগী থৌরাঙন থোগৎপ মীয়াম,
লোইন ফুংদাক্লে লোৎলম্ব মগুণ লৈখব মতিক।
শাংলে হঙ্গামপান শাংলে থয়াকলৈ,
হয়াওরে লোইন হয়িংথোই কুয়াক।
লেঙ লেঙ চৎলে অনৌব য়েন্নিংন,
উম্মু মীদম্ম অহিংব খিবিক।

( ইশৈ লোইরগ লৈ পরেংদু সনাগী মতক্ত হুকই, ময়াম খুবাক খুই )

সনা— ( মাইক মমাংদ লেপ্তুন ) ঙসি মণিপুরগী মুংশিরব প্রজা ময়াম ঙরাম ঙরাম ওকপিরম্মসি ঐগী লাইবক ফবনি। হায়-দোকফম থংদন নুঙাইজখ্রে। মণিপুরদ চখরকইব চহি ৫ গী খোরাঙ অনৌবসিদ লুপা ক্রোড় অমগ লক্ষ ৫০ হেন্ন চাদিং তোব য়ানি হায়দুন পাউতাক পীবিরক্লে দিল্লীগী অহস লমন-শিংন। (ময়াম খুবাক খুই) খুংগা হৈগদ্লব, জগোই ইশৈদ মমিং চংলব, মশা নাম্লব লৈবাক অসিগী থবক ফজব উবদ য়াম্ন থাগৎনহৌই। (ময়াম খুবাক খুই) হন্দক্ল অমুক হেন্ন মীয়াম্ন মতেং পীবিদুন খোরাঙ অসি পাংথোকপিনি খল্লি। অমরোমদ য়াম্মি হায়ব য়ারবস্তু, কামথোক্লিব শেলসি ময়াম্ন পুথোকপিদোরিব পাঙ্গলগ য়েংনরম্মবদি খিন্তুনি হায়ব য়াই। ময়াম্ন থরাই য়াওন সিংথেলন মম্নন থবক্সি পাংথোক্লব লাক্লিবিনি খল্লি। থবক পূবিগদব মীশক্তদি হন্দক্তি কাংলুপ কাংলুপ তোঙান তাবদগী মীহুৎ থন্দুন অমোংপ পক্তন শীন্নব থন্ন তায়। খুদম ওইন মিষ্টর ইবোহলসিং অমসুং মিষ্টর মৈরে-ঙাওশিং কাংলুপ অনী লুচিংবা ওর্গেনাইজর হাপচরে। (ময়াম খুবাক খুই) অতৈ অতৈশু লৈবাকি লুচিংব অতৈগ তম্নদুন থবক থবাকি লুচিংব হাপচগানি। অমোংপ চিংনব অমত্ত থোকহন্দন লৈবাক থবক পূন্নমক মণিপুরগী মিংচৎকা মাঙক চান পাংথোকপিনি নিংজে।

(ময়াম খুবাক খুই)

মরৈ— অহাম্ব থোরাঙদ ঐ খুং য়াওজহৌদে ইচিম্ন য়েংপম য়াও-
জখি। হন্দক ঐন তৌব থবক্ত করিগুম্ব অমোংপ উবিরবদি
তাকপিরকউ খুদক অতুম ইত্তিক চাব দগ্তি মীয়ামদগী ইকোক
লৈবাক তান নিজগনি। অস্তুক লাইবক ফব লৈবাক শেম-
গৎচবগী খুদোং চাবসি মণিপুরগী ইতিহাস্ত ফংখিদ্রি। মসিগুম্ব
লাইবক অসিদ ইরমচৎ ফত্তব পুকচেল অমোংপন কান্নী
তৈশিম্বদি অপংব লৈবাক মচাগী মথোনি। মী খুদিংমক্ক খুদোং
চাবসি মাংহম্ব'গদু, পুকচেল শেংন মতেং পীবিম্নুলৈবাকি
অমম্বুং নরম্নাইগী কান্নবগীদমক।

(ময়াম্ন খুবাক খুই)

ইবোহল— নহানমুকম্বু ঐ শেলথুমগী অচৌব থবক পুন্থন য়াওজে।
হন্দকমুকম্বু ঐবু থবক য়াওজো তাকপিরিবসি ঐগী লাইবক
ফবনি। নহানমুক্তি থবক হৈফাংত্রিবনিন মীরৈবাকি মীন
মকোক ওইরগ ঐন এসিস্তেন্ট ওইজরমই। হন্দকম্বু ইথক্ত
মী লৈহ্নন ঐবু থোদাহম্বাখিদ্রা ?

সে— হন্দক্তি মকোক ওইন মাইকৈ অমগী পুখিরগদবনি।

(ময়াম্ন খুবাক খুই)

ইবো— অতুদি য়াম্ন মুঙাইজরে। ঐন ঐন পুনব থবক্ত মণিপুরী
মচা খুদিংমক্ক মান মান ওম্ব শক্তি পুথোক্কুন থবক নাম্ন ফজন
পাংথোক্কব হোৎনগদবনি লৈবাক মচাশা। ঐন হৌদোকপ
থোরম অমদ মী অতৈন অফ ফত্তগী পীরকপ criticism
তাজনি, লোব য়াব Suggestion লৌজগনি মরমদি
no man is perfect. মী কনামত মপুং ফাদে, মাইকৈ

শুন থক উদে। অয়াম্ব লম্বীদ খুদোম্বী থীন্দুন চৎসি হোৎ-
ন্নকপ মীবু ময়াম্মমাদে হায়দোকচগনি, ঐডোন্দ হৌরিন্নক্কনু।
ঙসিগীদি ঐন হায়জ্ঞপদব লোইজ্জরে।

সনা— ময়াম্ম হয়াও হয়াও তেংবাংবিবসি য়াম্ন সুঙাইজরে। থন্ন-
গদব য়া য়ামখ্রে, কোম্ন থবক থবক্তি কামটিনচিংব থনব
হায়হ্নি। ঙসিগীদি সভা অসি লোইশিনব ক্ষব তারে।

( ময়াম কায়নথি )



# সনা চহি মঙা



## ৩।৩

মনিরৈমগী মাঙ্গোন্দ, কেসেন্দর ১৫৫৯ গী ফক্রাংদ থেংলি। মেজ কজরব অমদ মথংগ মথা অয়াংম ফাইল, লাইব্রিরিচিংব পৈরি। চৌকীদ সনা চহি ৫ ফমই, মনাক্ত সেক্রেটারী অমসুং অহে অশিংন সেপতুন হিরম খুদিংগ পাউতাক পীরি। থর লাপ্প অরাম চৌকী ফজবগ অমদ ফমদুন কেন শেংলবী মনিরৈমন মোঙ্গা লোন্দুন শংরীব য়ারীত্ত তারি। মী পুন্নমক থবক চিন্ন উই। চৌংমীগী কীঙ্কেত্ত কেরবী পার্ব্বতীন ইকিং ফিংন চংলক্লুন,

পার্ব্ব— মুপীমচা নং পাবুংদি? ছাত্রক ফাওব তুাম্মত্রাও? থবক্ল মৈচ্যাং পাইরব মতমসিদ?

মনি— ইমাসি পাবুং চেপইমানে।

পার্ব্ব— অহল লাইব্রিক তম্নিংব, পঞ্চায় মেম্বর অমুক ওইনিংব থবর পাব ডম্নিংব ময়াম খোংবান, সোশিয়েল সার্ভিসকি মো নহা ময়াম পুরকউ, মিটিংদ লেকচর তৌহল্লো হায়ত্নন, মুপী ময়াম তাকাপিগদব তম্বিগদব ওঝ মথৈদি লাকহোরে। ছাত্র ওইদোরিব হন্নুবশিং বাসক থিত্নন সেদোংশকক লাইব্রেক

তম্মিংই লাইগু ভামিংই হায়ব ময়াম পীগে হায়রম্মগ, তুমইহুন লৈথোকইবু অয়ুক্কসু ময়াকপী মেখু চিংবুবাও ? হৌদোকউচো থেংবুবে।

মনি— ইমাসি ফিঙ্গংখিনু পাবুং মরম ওক্লে, ঐন ফাগি তৌবনি, মথাখংবগী ইবুংবোক, অয়াঙ্গি ইপগনচিংব হন্নুব ময়াম থোমহুন য়াম্ন কেন মো নহদগী লাইরিক তম্মি,— লৈবাক্কি য়া তানি হায়হুন প্লেট কাংগ্র যেপ্তুন বাসক্কি ইবৈগ নিংশিংবহুন ভংহুন চংবুবনি অসাইং নোং ফুড ভাম্বদ।

পার্ব্ব— অয়ুক সুক থেংগবসিদ নংন অমুক ফাগিদ মতম মাংহনলিবাও ? ভাইথে মুপীমচ ঐগী চাংফি অসিবু মীন নোক্কগত্রা নঙ্গি শাল অভোব মপান লোম্বাহু ভহাক ইমু'সরা নহায় মীদি য়াম্ন কেনরকই।

মনি— ইমাসি অয়ুক অভম সদ মুহেংদোব বর হন্নুব য়াওহৌবনে ? ফবু ফমনবে ইমাসিন ইল্লিবহু ওম্বেক্ক পকবে। পাউদরকা থর থাখিগে হায়রগ লৌথোকউগে ?

পার্ব্ব— মাইদ ইকাইজৈদ, মীন য়াম্ন কেনিংব মাম্নি। নঙ্গি থুদোপ্তুহুম অমত্ত ভহাক্ক শি থগে।

মনি— (ক্লোম্ন নোককেট তৌরগ পী) ইমাসি পাবুঙ্গ মী ময়াম মমাংদ থংনরকনুকো। (থুদোপ শিরগ চংখি)

পার্ব্ব— থংনব চংপ নত্তে, লৈবাক শেম্ব চংকদোরিবনি ইবেম্মা।

সনা— থংকপু করম্ন চত্থরি মতমদি তম্মাই হেম্ন চন্সিল্লুক্লে ?

সে— য়াম্ন কজন চত্থরি, হৌজিবৈদ Democratic method কি হৌনব মত পোনব অনম্বুং মেংনবদ মতম থর চংই, থবক পায়খ্রবদি পরপ পরপ হেক্ক লোইনব চংথৈ।

অহৈ অশিং— মেলাগী য়েৎনবন্থ লোইখ্রব্রা ?

সে— Yes, মেলাগী য়াহৃ লোইশিন্নখিত্রি। মথোয়নী য়া তাম্নব লাকনি হায়বনি। খ্বাইদগী অরুব য়াফম হায়বু, মত তিন্নরক্ত্রব মতমদ নাকল অনীমক্ত ফজ্র ফজরব ময়ম্ন পৈথৎনয়বদ কদোমগী য়া লৌগদগে হায়বহৃনি থবক পলহল্লিব হায়ববু।

সনা — অহৃগুম্ব মত থেম্নরকপ মতাংদ ইবেম্ম মনিরৈমদ হংনব তায়।

মনি— ফিভম চপ মাম্নব কাম্নব চপ মাম্নব মতাংদদি, লুপা অম কাপথৎলগ অউপ অয়োংদ হেক্ত লোইশিন্ন য়াপোৎনি। করি করি মরমদনো মথোয়ন য়ানত্রিবো ?

অহৈ – য়ে! মথোয় লাকপু লাক্রে।

মরৈঙ্গাও, ইবোহল, লোজ', লেমজা. চংলকই, 'জয় হিন্দ' হায়নৈ। মনিরৈমন চোকী থায়।

সনা— মেলাগী য়েৎনরিববু করি করি মতাংদনো ?

মরৈ— মেলাগী মমিং, মতম, মফম, উংকদব কুম্মেগী আইটেম, পীগদব মনা, চঙ্গদব থরচ, অয়েংমন লৌব লৌদব.........

অসিনচিংবদ মত থর থরদি মথেম্নরে।

ইবো— য়াম্ন থীন থেম্নরিব মতাংদি নৈবাক ময়ামদ অচৌব থরচ, পীগদব মনা, অরাকপ শেলগী শিজিন্নফম অসিদনি।

মনি— মেলাগী মমিংদি কনান করি করি পাম্নরিব ?

লৌ— লৌউবগী পোৎ য়াম্ন উংকদোরিবনিন লৌরাইদ মেলা তৌসি, মমিংন লৈ-পোৎ মেলা কৌসি হায়রিব।

লেম— মহৃদ ইবুঙো থুংন শাব পোৎ কয়া উংতোরিবনিন, নৈবাক্ত পোৎচৈম্ন থানবনিন ইম্ফালদ উৎশি, মমিংন থুং পোৎ মেলা।

মবৈ— মান লৈবাক্ত পোৎচৈ থাংদস্থু থুং মাওদৰ ময়াদে, মরম অহুন থুং পোৎ হায়বদি থুংনা শাব অমস্থুং থুংনা থাহুন থোংরকপ পোৎ উৎপ মেলা কৌব কৈ। লোৱাই অমদ তৌরে, অমন শাওই, অমন লাপই হায়গনি ; মরম অহুন অমত্ত ভায়ৰ ময়াইস্থু থোকপ ইম্ফাংলন মেলা উংনব থ্বাই-দগী অক্কব মফম্নি থল্লি।

সমা— ইবেম্মগী করি মত লৈ ?

মনি— অমুক্তং তৌগদৰ ওইরবদি চহি ৫ গী থৌরাঙ নিংশিংনব ওইন থৌরাঙ মেলা কৌব য়াই, মফমদি ইম্ফালদন কৈ। লোৱাইদগী লাকপ মীদ মেলা মস্থুংদদি গাড়ীগী ভারা হোং-হল্লগ লোইরে।

ইবো— মেলাসি মক্কম মরাং থংদন মচিং নাইন তৌব ফত্তে, চহি চহিগী অককপ মতমদ নত্রগ চহি অনী অহুম নত্রগ মঙা খুদিঙ্গ অককপ মতমদ উংনগদৰ পোৎ শীগদৰ মনা ভাক-থোক্কন। হিরম খুদিংঙ্গ প্রোগ্রাম, চঙ্গদৰ থরচ, লৌগদৰ ফী, শীগদৰ শেল, ইনকম, এক্সপেন্দিচর লৈবাক পুন্নমক্ত মাং-ঙ্কোনন ময়েক শান উংকদবান। মেলাদ উংকদবদি মীম কল্ল হোৎনজহুন থোকলকপ পোৎ, মহৈ মশীং, কলা অমস্থুং বিজ্ঞান চাওথংনব ওইব হিরম্নি।

মনি— হায়রিব পূম্নমক অচুম্বান অক্কবনি, চহি খুদিঙ্গি তৌবন ফংত্রা মথিংন বসন্ত মেলা, অনা [illegible] লৈতব মুঙাইরব মতমদ, ময়ামগী মত লৌনবিয়ু।

সমা— য়েৎপিনিংব য়াওত্রগদি চহি চহিগী কুমসিদগী হৌন বসন্ত

মেলা তৌব তারে। অতোম্ম অতৈ মেলা উৎপ তায়গ থা ৩ গী মমাংদ শেম শাজনব নোটিশ পীবিব লৈবাক মীয়ামদ। আয় বায়, মনা মথুম পীগদব, উৎকদব ভিরম, মউৎ লোয়ন ফোংন থংহন্ব। মী থরদন লম্নাই ওইন, ঠিকা ওইম, খুসীদ পংতৌ তৌনব য়াত্রে। মনা পীবদ মীচং মীথাই নাইরোইদব মতিক চাব লৈবাক্ন মাব অক থল্লগ পীহনগদবনি। ময়াম য়ানবিরব্রা ?

( ময়াম খুবাক খুই )

মনি— হল্লক তৌব মেলাদ মীতৈলোনগী লাইরিক মথল মথা চাওথংনব মনা নিংথিন পীগদব লাইরিক মথল কয়া কৌথং-পিয়ু, ব্যাকরন, উপন্যাস, নাটক, য়ারী মচা, শৈরেং অনৌ অনৌব কজব তাম্নব মেলাগী সেম্নন অম হাপ্পিয়ু, নোংমদ উৎপ য়ানব প্রোগ্রাম শেম্বিয়ু। মীরৈবাক্কি অকাওব য়াই-টরগী অনুবাদ লাইরিক্কিসু মনা পীগনি, অহু অহুগুম লাইরিক মীতৈলোন্দ হন্দোকউ হায়ন থা ৫/৬ কি মমাংগগী লাও-থোকপিয়ু। মনা চাওন চাওন পীগদবনি, লোন চাওথংনব হোৎনবদ তিংব শেলবু পাম্মুব মণিপুর মচা কনা লৈবগে ?

(ময়াম খুবাক খুই)

সনা— মেলাগী মরমদ অতৈ করি হংবিনিংব লৈরি ?

মরৈ— অতৈদি ঐখোয় মশেল তাম্নজরগ য়ানি।

ইবো— অহুদি থেংথিনবনি মাগী মাগী থবক চৎনরসি।

লেম— মখোং মরম থংদব ডয়াং অহিংদগী চোংথংলকপ চেংগুমগুম Co-operative Soceity, মরা চেক্লিবদ থবক শিম্নবগ

মতিক চান সম্পত্তি ইশৎ মখিং চৎপ মী খরদ শিন্নব অমস্তুং ঠিকা পীগসিবু কনান লেগ্ন ফবগে ?

সনা— য়ারিবমথৈ মীয়ামদ ওইজব য়েঙ্গোকদব, মী খরদন কান্নদনব শিন্ন থবক কৈ। Co-operative শিংদ হেক য়ারিব মথৈ মত্তেং পীগদবনি, মথোয়বু থবক তৌহনগদবনি। শেল থন মাংব থবক থন্ন মাংব লেন লৈতে, ষ্টেট হায়বসি কানবার তৌব মহাজন নত্তে। মীয়ামগী ফব মীয়ামগী কান্নব তৌরগ ষ্টেটকি মথৌ তৌব ওইরে। লেপ লোমদ খন মাংলবস্থ মীয়ামগী থবক কংহল্লি, লমচৎ শেম্নগৎলি, মুংশিনব অমস্তুং পূম্ন থবক তৌমিন্নব ভপ্পিরি—। মতুংগী হেন্ন কান্নব লৈবাকি থবকপু করিনো ? (ময়াম্ন খুবাক খুই, চৎনখি)

ভাব ভাবিরব্র ?

লেম—.ভাজরনি। (মকোক হোংতুন চৎখি)

অতৈ পূম্নমক মথৈ মথৈ থবক্ত চৎনখ্রে, সনা অমস্তুং মনিৈরমদ ভাইহোরে।

সনা— চৎলিব থোরাঙসি কমদোন উই লৈম ?

লৈম— অঙকপ কংন কবৈ, বসন্ত ঋতু চৎলকপদ উ-রা অহিংব পাম্বী পূম্নমক্ক অনৌব য়েঁন্নং হন্নকপঙম চহি ৫ গী থোরাঙব মথং মথং চথরকপদ সনা লৈবাকি মী পূম্নমক অনৌব আশাগী য়েন্নিং হল্লে।

মহৌশান্ন ঋতু অমগী মতুংদ ঋতু অম পুন্নকই, কালেনবাগী শান্নব মুংশান মথৈ মরোং মুলহনলব হোৎনবদ লৈবাকস্থ খ্রক খ্রক কংহনখিব লৈক্রক চৎহনখিব অছু মথৈ মরোং

থায় য়ানব কুমগী মোং ইশা ইত্তেন্দ হৈথরকই, কংলম্বব মালেম থক্ত অমুক মথল মথা অয়াম্ব পাম্বী হোগংলকই। নোং হাংখ্রে. লম্বী লমথাং লৈখোম খোক্তে, তুকক তুক্লাই চম্ব ফরে, শবংকি থাবলন মাশং শিম্বদ কবিগী পুক্লিংদ তাইবং পুক্লিং শুমহৎপ ওম্ব মথল মথা অয়াম্ব য়ারেং শৈরেং পোক্লুন তাইবং মীবু স্বর্গগী লৈবাক্ত লৈহল্লি। শরংকি মতুংদ নিংথম চংলকই, অনৌ অপেন পাজতুন অনা অয়েক কোকহন্দুন থবক কম্ব শূংল্লি তাইবং মীবু নোম্বগী মহাও থংহল্লি। ঋতু অমগী মতুংদ ঋতু. চহি অমগী মতুংন চহি, পোকপ নৌবিডৈ, মমাগী তম্পাক্ত মনঙন্দ মনি মতুম ওইন পোরম্ব অভাং, কোইন চেন্দুন শাম্বরকই মহৈ মশীং তম্মকই, মমুম পান্দুন তাইবং শানফমদ লম্মী ওইন চংলকই। মতৌ অমুম চহি ৫/৫ গী খোরাডন লৈবাক মীয়াম্বু থাক থাক নাইন শেম-গৎলকই। মসি উবদ ঐগী পুক্লিংসি শায়ভম থংদন মুভাইরে। শাংকাইয়ে থমোই থম্বল সন চহি ৫ গী মুমিৎন ভাম্বদ ভারত নোংপোক চীদাইদ।

## জগোই শাই

১বদ— নোং ভাব, লৌ থোইবগী মতৌ উংতুন।

২বদ— পাম্বী লীংই. হার হাপই;

৩বদ— হাবেংই, সম্বন থাই, উচেক ভাকই।

৪বদ— লৌ লোকই।

৫বদ— কৌ পৈবদ হরাওই।

(সনান জগোই য়েংই মুংতাইন)

লোইরব।

# মচিন-মনাও



শুমাংদ শাম্নব ওইন
শ্রীওইনাম বাবু না ইবিয়ু
হায়ন কম্ম তকপদগী ইবনি।

ইম্ফাল,
১৭/৭/৬০ ইং

জি. সি. তোংব্রা

# লীলামী

১। ধর্ম্মসিং — জজ — (ময়াম্ব) ...... ৪১ (চহি)

২। খগ্রক (মনাও) ...... ৩৪ „

৩। কাক মচা (মরুপ: ...... ৩৩ „

৪। মম্বগ্না ... জজপী মুপী —— ৩৫ „

৫। সাবিত্রী ... ... নৈশাবী ...... ২১ „

৬। ব্রস্তা ... ... ... জগোইশাবী —... ২৭ „

৭। বিধি ... ... ... ... ছাত্র —— ২১ „

৮। লোংথাং ... ... ... ... „ ...... ২০ „

অমসুং

ছাত্র থর, সিকাই, অহল্লমন ... ... ... ... ... ... ... ...

# মচিন-মনাও

## ১ বা উৎপা

ইম্ফালদগী মাইল ৫/৬ লাপ্প চঙাঙৈদগী সাবিত্রী অমসুং থারমান্দগী বিধি পাড়া অমমম তোংদুনা লাকই ইম্ফালোমদা। সাবিত্রীদি অহই, এ কাষ্ট ইয়ার অমই, লাইরিক তম্ব কাবক-পনি। বিধিনা মেট্রিক থাখ্রে, পরীক্ষা হায়দোকখ্রি। সাবিত্রীনা লাইরিক তম্ব কাবদা মতুং ইন্নরকপনি, য়ারী শাবা কংনবা। মতম অয়ুক পুং ৯ তাবদনি।

বিধি— লাইরিক তম্ব কারিবাসবু ঙল্লাও ?

সাবি— কদায় ঙল্লুগবনো পুং ৯ তাখ্রে। কোলেজ য়োৎদদি ১০ তাথিনি।

বি— চঙাঙৈদগী ইম্ফাল য়োৎবসি মাইল ৫ রোমদনি। একাগাড়ীনা মাইল ৫ থৌবদা পুং ১ চংলবদি— একাগাড়ী লমজেন্দা নংবু নথোয় কোলেজগী কাষ্ট তাথিব নত্রাও ?

সা— লাইরিক তম্ব কাবদি লমজেল তাম্বা নত্তে, য়ারী য়াতাই শাদুনা কাবসু য়াওই, সীনবি ওজাবা য়েংদুনসু চংপানিনা মতম হৌথিবা থংহোদে।

বি— অদুদি ঙসি ইমানীসু য়ারী থম শাবা তারি। থোংনা, থম চংথিলি।

সা— গাড়ী তোংনা তোংনা শাবা য়াজ্রাও ?

বি— অহান্বদ তপ্না ইংনা শাগদবা য়ারীনি সাবিত্রী, করিগুম্বা য়ারীছুনা চেম্বা তাবদি একাগাড়ীনবু চেল্লবস্মু জীপ য়াইছুনবু চেল্লবস্মু চেনসি ।

সা— ইহে ঐগী কলম কাওরম্মে, চথংলম্মো ঐ তানথংলক্কে । (ময়ুমদা হনগে তৌই)

বি— কলম কাওরম্ব অশেংবা ওইরবদি ঐগী কলমসি ওসি ইনবিরুবা য়ানি, য়ুমদা হল্লো শরুক । হন্দক মরকসি নংনা ঐ উম্নরোই-দবগী কোইরোং লোংপ নৈথোকপসি ঐ থংদবা নত্তে থংই । নমিংনা সাবিত্রা জবায় কালগী মুপী অফাওবী ওইরগেরাও ?

সা— ঐন কদায়দা লোংলিবা কদায়দা নৈথোকইবা ? কালগী পাথঙ্গি য়াহু কিং কিং নমহুনা য়া তাঙ্গনো ।

বি— ঐগ চংমিয়ছুনা য়ারী শাদো শরুক হায়ছুনা করিগী নয়ুমদা হনগে তৌরি ?

সা— কলম কাওরম্বগী তৌবনি ।

বি— কলমগী অশেংবা ওইরবদি ঐগীসি পুথো ।

সা— পুথিগে বেয়া নৈতে । (পীরগ লৌই) অছুগ ঐন পায়থিবা পোংসি পাক পাক হল্লকন্দে হায়বসিদি থংইদনা ?

বি— হল্লকমু বেয়া নৈতে, ইশা কাওবা লৌবিরো হবারক্লমু হায়-রিবা ঐন করিগী পোং পাম্মুরুদগে ।

সা— নংবু নশা য়াই শংলিব্রাও ?

বি— শংদবদি, কনাদা ঐবু শানথ্রে হায়না তাবগে ?

সা— লোয়েম্বা সাজাওবীছুনা শানথ্রে হায়না তাব ।

বি— হাঁ হা হা — — দায় হল্লব মা॥ভাংলেদা কনান হায়রিবনো ?

সা— মখোয়গী কোম্বোং ময়াদ হয়িং খোয় মকোন শাব মাওররি-
বদি করিগীনো অহুদি ?

বি— মোংবান ভোম্বন থর চংমিন্নরুসি হায়ছুন ২০/৩০ রক্তি চং-
লুরব্রা লাইন য়ারোই।

সা— চংপিয়ু বেরা লৈতে, ঐ থর হাঙ্গংচরম্মগে।

বি— (থংলগ) রা অম ঠিক তৌনদন ভসিদি লৈথোকপ য়ারোই
সাবিত্রী। ঐ ভসি শাওরে হায়ব থংউ।

সা— শাজাওবীদ ভাইনব ভমজহুন ঐভোন্দ শাওবিরিব্রাও ?

বি— মী অতৈগী রা থমখো, ইমানীগী দলিলছগী রা ভাংনসি।

সা— রেজিষ্টারস্থ তৌনদব কাঁচা দলিলছগী মাছবু রা ওইন
লৌরিব্রাও ?

বি— কাঁচা দলিল হায়বদে ? নংন হুজিক আইন কাষ্ট ইয়ারদ
তম্মিবসি কনান মেত্রিক থাবিছুন কারিব কোলেজমো ? ইমানী
চপ মান্নন মেত্রিক থামিন্নবদ নংন ইব চেদ ঐগী ইমিং থাবন
ফেল ওইরে, ঐন ইব পরীক্ষাগী চেন নংগী নমিং থাহুন
নং পাশ ওইরে। মুংশিনমবনি হায়ছুন কারল ভুরল ইরম
নংবু পাশ ওইহল্লে, পাশ ওইবদ ইতিক চাব ঐন হাকুম
ফেল ওইহৌরে। ইমানীন ইথিব পরীক্ষাগী চেহু কাঁচা দলিল
ওইরবদি ফেল ওইগদব নং করম্ম কলেজদ কাব য়ারি।
দরখাস্ত থাহুন কেশ ভোনসি হায়ব্রা লৈবাক শেং কায়নব ?

সা— হুজিক নংন পামইবু লুহোংসি হায়রিব্রা চেন্সি হায়রিব্রা ?

বি— নংবু করম পাম্বগে ? ঐদি হেক্ক চেল্লসি হায়রিবনিনে।

অভিয়াদ পাইনরব যুগসিদদি অশম্বীন মফয়েনে।

সা— ঐদি চেন্ন তল্লি, লুহোংনি— শামুদ ভোংহুন লাকনি, শামু মথক্কুগী চাইথরক্কুব শেলস্থু অদোম্ম পীরকদবনি।

বি— কন্যা হায়ব লাং অসিন শামু অহুক চাওব, মপাঙল অহুক কম্বগী মথক্ক তোংনিংইবসিবু কিজ্রাও? নম্বিংজেল কয়া লৈব নীনো নথোয়বো? নত্তে, শাদগী খ্বাইদগী কম্ব শামু হায়ব-হুদি নিপা ঐখোয় ফাওব কিজৈ হায়ব য়ানি।

সা— অয়োকপ য়ুমশা শামুদি হায়রুমু মুপী হায়বসিদি চাওরব শিংলব নিপা ফাওব তেহৈব ওন্নি। ঐন শামুদ ভোংলকনি লমজাও শোয়োক্ত লৈবাক মীয়াম্বু কুশ্মৈ য়েংহনগনি। অহুগ বরগী কাংবুন কার, জীপ, বস ২০০/৩০০ পরেং লেংহুন লাকপিগদবনি।

বি— শামু লৈব নং শামু ভোংহুন লাকউ, ঐখোয় খারমান মচিং জীপ, কার, বস লোইব অমত্ত য়াওদে; ভোংলকউ হায়রগ ঐখোয়হুয়াইদ লৈজব ইয়োই কাংপোৎ, সনগাড়ী ২০/৩০ মূক বরগী কাংবু ভোংহুন লাকচগে।

সা— মুপীদবু পাথংন ইজং অহুক লৈভব য়া চাংব্রাও? ঐখোয়স্থু শামু লৈপোং নস্তে, য়াইরকদোরিবনি ইবুঙো।

বি— সাবিত্রী নংবু ইবেম্মা, লুখ্রাবী মচা শামু লোইবী মচা নত্রাও?

সা— প্রমাম্নি শামু লৈস্তে, সরকারদগী কোম্নুংদগী য়াইবগ ভোংলকদবনি, নথোয়রোম্ন অয়াইমন পীগদবনে। বেন্দ পার্টি, মাইক থোগোৎপ নিপা মমুমগী দায়নি। হুজিকাংসিদি দোলাইদ খিল্লক্কবস্থু ১০০ পীয় হেক্ত হায়বনে, শামুদি ৩০/৪০

য়ারমে ; অচৌ অশাং মচা মাঙ্গশু শামুদ ভোংবন হেল্লিদনা।
তা বিধি নংদি লুহোং পোংদোংবগী পারা অমত্ত ফাত্রি, কুমসি
থর ভমথো নোংমৈ হেংনব তৌসি।

বি— মুপী নথোয়ব নরল লৈতন মীভেন্দগী লিকোল, ফনেক,
ইন্নফি, শামু, জীপ, কার, অফব কংলবদি নিপা ফাওব রাই-
তুন মীয়াম মমাংদ উংনিংবসিবু পোকপদগী লোইনরব লাইথুং
লাও? ওহাক মতৌ মাল্লগ করি কান্নবগে?

সা— মুপী হায়বসি অতুনি মশক মুর থংট। লৈজ্ঞব মশক মতৌ,
নিংথিন শেং চারগ কয়া য়াম্ন শক কাব, কজবগী পাদম
অত্থ য়ৌব ওমত্রা য়েংনিংঙ্ক ওহাক্কং উংতুন। পুন্সিদ কনাশু
নিংব থুংদে, থুংলোই। ওহাক্কং কুড়াইবত্থ, ওহাক্কং নিংব
থুংবত্থ মশীং থর য়াম্মগ লোইরে মৈরাম্বীগী পুন্সি লেল্লিব
মীওইবদি। তান চারিভৈদ মুণ্ডাইহৌদোবনে।

বি— ওহাক ওহাক উংপগী ভাব ওইরবদি ইবেম্মা নং লাইরেম্বী
ওইগে য়াব, মহারাণী ওইগে য়াব লৌশাত্থম য়াওয়ে। হায়।

সা— অওইব শাব পাম্মি, অশাবনি হায়তুন শাবত্থদি পামজদে।

বি— পরীক্ষাগী চেদ মিং ওয়তুন থারমদাইদদি নংবু শামু, কার,
বেল্ল পার্টিগী রা হায়খিদে হায়?

সা— মতম অত্থদ লুহোংবগী রাদ ভৌরুবগ নংব য়ারক্কব য়াই
হায়তুন পনখিদব।

বি— অত্থদি নং লমচং কজবী অচুম্ব ওাংবী সাবিত্রী নত্রেনেকো?

সা— ত্থনিয়াসি অত্থ ওাক্কনি। অচুম্ব ওাংনরিব ওইদব ওাংব
মতমদ মীন থংদনবনি, লমচং ফজব শানরিব হুরাম্ব কাব

উমদনবনি। ওইদবন অওইব মালঙ্ঘমুক মমল য়াম্ব করি
লৈ ? ফাবু ফাত্রবদি হুরায়মুক ভোংব কারবার লৈত্রাও ?

বি— সাবিত্রী নং মহৈশাগী লৈশাবী মাঙ্গোন্দগী হেন্দবীহ্ নত্রেনা। দোকান্দ পোৎ লৈব নথন্দ কাব ওম. কোর্ট্ৰা সাক্ষী ওইনব মেকপ য়ারব লৈশাবী, সিনেমাগী লাষ্ট শো দ নথন্দ হল্লকপ ওম্মবী লাইরিক হৈরবী ওইরেনা ?

সা— অশেংবমক্কি, পাম্বিত্রগ থুমুংগী লৈশাবী শম্মাং কোইকরুবী অম থিবিহৌ।

বি— হুঁ, থিরোই— নং লৌনি। চহি অম নগুংলাংগী মেত্রিক ফেল ওইদুন ইকাইব থাংলুরব ঐন ইবুক অনী লোংব হৌনদে। নঙ্গিসি নভাং মাল্লি, লৌ ইথোল য়োম্হোক্লুন লুহোংগনি।

সা— জীপ, কার, শামু, বেন্দ পার্টি য়াবিরব্রাও ?

বি— য়ানি।

সা— পক্লব পক্লদব পাঞ্জি মাইবীদ য়েংলুব য়াবিরব্রাও ?

বি— মী অতৈবু য়েংহল্লুদন ইমানী চৎমিল্লহ্ য়েংব ভায়।

সা— হৈমা! ইশা ইশান চৎতুন য়েংউব ইকাইজব্রাও ?

বি— কান্নব ওইদব রা ভাংব য়ারিপোৎনিন ইমানীগী ইচা ইচাগী কুঠিনি হায়রুরগ লোইরে।

সা— কৈদৌরৈও য়েংউসিগে ?

বি— অকব থবক য়েথোকপ হৌনদে, ওসি, ওসি হায়হুবু হুজিকমক।

সা— ঐদি হুজিক্তি লাইরিক ভম্ব কারকইবনি।

বি— য়ুম পাম থংনব তম্নরিব লাইরিকপু— য়ুম পান্নোরব মুপী নংন লাইরিক তম্ব কারুবগী করি কান্নরিবগে ? ইমানী চংহুন লাইরিক তমদো শরুক লুহোংব মতুংদ তনব চানব নিপা ঐদমক তমগে।

সা— ৬সিদি লাইরিক তম্ব কারুখিগে, হয়েং নোংমাইজিংদ কুঠি কুঠি পুনররুগ য়েংমিন্নরুসে ?

বি— কুঠি য়াওদ্রবসু য়েংব হৈব, খুবাক মইগ ইপোক মুমিৎকন ময়াব পাঞ্জি দৈ। য়াম্ন চুমই হায়নৈ মতোন্দ য়েংউসি।

সা— ৬সিদি লাইরিক তম্ব কাজরুখিগে নচয়ো। (কেন)

বি— (কন্দুন) মুপী নখোয়ন নোৎহুন হায়জরকপ ব্রাসি নিপা ঐ-খোয়ন কৈ থংদে কত্তে থংদে মাই হায়ব হেক্ত ৬মদে নহায় সত্য।

সা—(নোৎরহুন) ৬হাক্তংদি কাজরুখিগে হায়ব?

বি— হোয়নে কারুরোনে। হোয়েল হল্লকপদ ঘড়ী লম্পাক্ত ৬'ইরমগে, অহুগ খুবাক মরি য়েংমিন্নরুসি।

সা— (মিৎচিন য়েংহুন) হোরেল ডাইবিরমদ্র বদি ঐদি য়ারোই-দবনি। (চৎখি)

বি— (মখাং মেৎতুন য়েংহৌই মতুংদ) মসিগী মুপীসি ইমাং খাহুন খাহুন সিনেমা য়েংব পুবদ পংচোপ্তি চোপকনি হায়ব থাজ-দেদা। মীরক চংলগ মাগী মমিৎ ব্রেক য়াওদবসে মুংশা খিত্তংদি থীকো।

সা— (থর লাপ্প চংলগ) মসিগী নিপাসিদগী মাহোক্তদবসি লুব্রেদা। লাইরিক তম্ব কাবসিদ মরল মথুম থর দৈব তান চান্

অমত্তং থেংনহুন ওসিমক চেমত্রবদি দপা কোক্তনিদকো।

বি— (লাপ্প কৌহুন) হায় সাবিত্রী, ওহাক্ত হল্লকখো না অম কাওহৌরে।

সা— (অরাপ্পদগী) হোরেল হল্লকপদ পূম হায়বিরো।

বি— হোরেল ভাইব য়াব বাফম নত্তে ইবেম্মা। হুজিক নংন কলেজ কাথিবদ থংথিদোব নানে।

সা— (শোনব) মসি নিপাসিদ য়ুম পাল্লবদি চি থুংগনি সত্য। করিনো হায়বিরকও! (থর হল্লক্লগ)

বি— (চংশিল্লগ) লোম হায়গদব নানিনে অত্তো।

সা— করিনোনে? (নকশিল্লকই)

বি— নংন অসাই ঐভোন্দ য়েংলকপ মিৎয়েংদো— নমিৎ মিৎ-চিদো— মী অতৈদ য়েংউন্নুকো। মচু ঐগী মোনোপোলীনি হায়।

সা— করিনো কৈদোনগে?

বি— নংন ঐভোন্দ লৈরবদি নমিৎতু ব্লেক মার্কেট্ট য়েংব য়ারোই হায়বনে।

সা— মাররারী মুপীদৌন মাইথুম হাপ্প রাও? সোসিয়েল সার্ভিস কা যুগ অসিদ অহুম্ম কন্ট্রোল ভোরবাদ ঐ নভোন্দ লৈব ভস্মোই শেংন হায়নি। চাওর চাওরব বাবু, রাজদূত ফাওব মুপীগী ম মিৎকি মত্তেন মকম হায়গৎনরিব, ধবক পাংথোক্লরিব মত্রাও?

বি— মতমগী চংনবী ওইরবদি, হোয়দ বেন্না লৈতে চংদো। মাগী মাগী ধর্ম হায়বহুনি।

সা— ঐগী দ চুম্ন য়েংজবনে। (অমুক য়ে'ই মিংচিন) নবুক ফত্তহন এম্নাইক্সী পুংশণ ওইনিংদ্রকপনে।

বি— এন লাম্বব ডাক্তনি, লে'বিরো, নমস্তে সাবিত্রী দেবী।

(মখুৎ লো'ক্নৈ)

স — ঐ খরা থেংনকপস্ন য়'ই, ফিল্ম অনৌব অম থুংনরে হায়বন ত'য়। (চংখি)

বি— (ত্রক্র লেপ্তুন য়েংলগ) অ'ত্তকালগী সাবিত্রী মত্তৈ সত্যবান-শিংন পুন্সিনব'স'দ খাম্ন'ই চাকপেকপী লাইনানবি হায়বহু চুখ ভারে।

নো'বাং— (চ্টৈপ ডংতন থো'রকই)

"য র লাগী এ ঘোর বনে নিশীজাগরন,

বৃথা জাগরণ কেং মম সুখেনো?

তুবী অমত্তং কারক্রবি চৈনম ত'রে হায়তুন চিংবসিন চিংবাসন, অতুগ দ মা দ থংনব নিপাগী খুবাক্ত সিনেমা য়েংদৌব মংশ য়েংলগ দোক ফোংখরু সত্য খোইদৌ শাওগংখ্রেদা ডাইবগী থবকসে। হৈমা! my dear নংদি সিদ কৈদৌরি?

বি— মী অম ডাইন্নস্মিবনি, my dear উম্নব হুডাইরে, রা লুবব অম তন্নস।

নো:— ডা'ইবগী থবকসি বিধ বাবু কান্নদেদ'— মী মরক্ত তৌগদব জাংনি। তুন্নী শান্নবদ তুন্নী ডাইরগ মীডোন্দ থোক কাখিব, থবক হাপ্নিয় হায়তুন ডাইরগ মী অত্তোম্নন শেল পীজরগ ওইখিব, লাইরিক তপ লোইজখিগে চহি ২/৩ দং ডাইবিখো। তামো হায়রগীহন মথর'ইন তাব নিপাবু থেংনরবদি মত্তম

মৈনেতে, নোংয়াই ইতুদ ময়ুমদগী লোম্ন পায়থোরকই। নিপা মচা ওইন পোকপ ঐথোয়দি ডাইব কারদে।

বি— নোংথাং বাবুন ডাকপিরিবসিবু— কনাগুম্বী অমন লাইরিক তম্ব অমুক্ত ডসি কাক্লখিগে, হন্নকপদ ডাইরম্মু অত্থগ থুবাক ময়ি য়েংমিন্নক্লসি— পক্লবম্মবদি লুহোংসি হায়নারিবসি ডাইব কত্রবাও? হোরেন মুংখিন পুং ৩/৪ তাব ফাওবদং ডাইবসিম্নু কত্রবাও?

নোং— ডাইববু কদায়দগী কক্লবগেনে বিধি বাবু। থুবাক ময়ি য়েংমিন্নক্লনি হায়ত্থন সোমদ বাবুন ডাইরিবৈত, অসোমদ মুপী মচাত্থন থুবাক ময়ি য়েংনত্রবসু শক্ক শক্ক উনবদ পক্লৈ হায়ব হেক্ক য়ানিংত্রব জাং অমগ থেংনত্থন চেনত্রবদি কমদৌনি? ডাইব হায়বসিদি অত্থবী থবক্লি, য়ারিবমথৈ ডাইদব কৈ।

বি— অত্থদি নোংথাং বাবু মথোয়গী কলেজ তাম্ন হায়গংলগ কৌথোক্লন পুরক্লসিরাও?

নোং— মুপীত্থবু কনানোনে?

বি— চাডাঙ্গেগী সাবিত্রী।

নোং— ও: —আই সা, — নংগ পরীক্ষাদ হাকুম চে ওন্নৈ হায়বীত্থনিকো?

বি— মানি নচন্দুনি।

নোং— থুবাক মম্নিন কনাদ য়েংবা?

বি— নডোম্দ থর য়েংখিম্ন হায়দোরিবা।

নোং— ঐবু মান মহা ওইমল্লি থাজদে হায়রোইত্রাও?

বি— নংবু থর অহন ওইথংপ য়াররোইত্রাও?

নোং— চহি ৫০ গী লেংদি শাব ওম্মি। করি লমদ লৈরম্মু হায়রবগে ?

বি— ঘড়ী লমহাংদ য়ুমদোনপোক অমদ লৈবিরম্মু হায়জরিব।

নোং— করি করি কাওরকউ হায়রবগে ?

বি— লুহোং ফাল লৈত্তে পরপ পরপ চেল্লু— নচা নিপা অহাম্ব পোকপন রাজচক্রবর্ত্তি ওইগনি ⋯⋯ অসিনচিংব নংন খোকপ পংহায়দ হায়জিল্লু বেরা লৈত্তে মাবু হরাওহল্লগ লোইরে।

নোং— দক্ষিনাদি ?

বি— থবক মঙ্গল ওইরগ মতিক চান কংকে।

নোং— ঐদি ডাইব হৈনদে, বোইনা পায়গে— ১০ চংপী অম এগভান্স পীরম্মু।

বি— ১০ শুদে ৫ সি পায়হৌ, থবক মঙ্গল ওইহন্বীয়ু থুরুম্মি।

নোং— তথাস্তু—। (মখুং থাঙ্গংতূন মঙ্গল পী) ঐবু ডাইহনগম্নু পরপ পরপ লাকমিন্নৌ।

বি— ফনি উঝাবু।

নোং— অত্তো নং ইপাগী য়ুমদি থংলত্রা ?

বি— ইহে, ননাই ঐ থংজদ্রি।

নোং— চংলু তাক্কে। (থর চংমিন্নৈ) আদর্শী খুন্সি উত্রা ?

বি— উজ্জে।

নোং— হৈনৌ পাম্বী অনীথক থাত্রাংন হৌরিবসি উরেদনা।

বি— উঝাবু।

নোং— মসিদ লাকউ। শোইবম শোরেন হায়হুন থিরকউ, ঐবু থংদব য়াওদে পাথং লৈশাবী মপোক কাপ্পবশিংন।

বি— অচুদি শোই বিরমগ্ন উঝাবু।

নোং— চংলো চংলো মঙ্গল ওইরকউ, ভাইনদনবকো ? (লৈহৌই)

বি— থবক ফংব ফংদব শেন থোকপ থোক্তব মতা চাংবগী মনুংদ
নুপী থিক্লিলহৌব দোষ লৈতে। ইরাইরক্ত স্নম থোকউ তম-
খ্রবনি, সৌ অম য়োস্থোক্তুন লাইবক য়েংব তায়। মচাক
লোরব মতুংদ দাও য়াথংলক্তুন কনান থংনি কেরানী বাবু
কত্রগ উঝা অম ওইব ফংব য়াই। নিপাগ্মচানবু থরাইন
পাম্ব নুপী লৌনব তোকপ হোনব্রাও ? বাঙ্গিথোয় ইমাথোয়গু
পাথং লৈশাবী ওইরকইব ভাক্তনি, মচান পাম্মমানে হায়র-
বাদ মথোয়স্ব রাথল তৌভম পোকই করিনে। দিন অমুক
নুচ ইরব মতাংসিদ ঐগী রাথলগী খতিগাদ তপ্ব ভমদব লৈসিন
অমুব মপৈ মপৈ পায়রকপসি নুভাইতবা সত্য!

(চংল চংল রাথল তৌই)

স — (লাড়ী ইন্দুন কাকহ কলেজদগী) পুক্রিংন স্নক শাংতক্রবদ
লাইরিক তম্ব ভাব তাব হৌনরে, য়ুমদ হন্দুন রাথল তৌকব
তায়। পামদব নুপাদ য়ুম পান্দৌ শক্তি কাশীর বৃন্দাবনদা
চংতুন লাই নিউবন ফব তায়। মণিপুরদ য়ুমু পানখ্রিব
নুপী শংসবু মান মান অপাম্ব নপা থুংখব ভাক্ত ওইরিব্রা ?
ঐনবু পাম্নুরবদি থেম্মকপাদ হারক্তুন্ন মমিংন হায়ফেং
ফাওব য়েংবরক্তে, অতুগ ঐন হু তরেং থারব মীতা শংচুদি
চিঠিবু পীরকপনে, পুথি মপান্দবু পাল্লবনে, কোম্মোংদবু হৌর-
বনে করিনো! ঐভোন্দদ তৌরবক্তাংলা নথোয়দবু করম
তৌবগে ইচে ইনে ? (ভাবোক্ত ওন্নিন্দুন) নত্তে, শাওত্ত

লাইবক থীবী মশেন পৌশিংমু থর মতাম্নসি। করি হায়-
বগে? (ক্ষমহুন হংই. চিন্তা তৌই)

বি— সাবিত্রী নত্রা ফম্নিবসিবো? কৈদৌরিবনো?

সা— তা-বিধি ঐ মী অম ঙাইরিবনি। কদাইদ চত্তোরিবনো?
উন্নদব কুইরে মুংশিদা।

বি— ঐবো?

সা— মানে তামোবুনে।

বি— ঐবু উন্নদব কুইরে হায়বা?

সা— কুইবু কুইত্রিবাও?

বি— অসাই নংন লাইরিক তম্ব কারকপদ উন্নখিব— থুবাক মম্নি
য়েংমিন্নরুসি ঙাংনথিব ঐবু কাওরব্রাও?

সা— কনান কাওই হায়বগে?

বি— উন্নদব কুইরে হায়বহুদি হুজিক্কা?

সা— অসাইদগী হুজিক ফাওবসি কুইবু কুইত্রিব্রাও?

বি— অহুবুদি ঐ— নং হল্লক্কব কুইমল্লহুন থিব লাকইবনে ঙাইব
রারহুন। নংবু মুব্রাইদ করি তৌরিবনো? ইম্ফালদ কারবদি
লরাইদ কুম্নি হায়ব কাওব্রাও?

সা— কাওব নত্তে, মী অম ঙাইরিবনি। তামোবু করি কার
পোৎ লৈব লাকপনো লৈথোকউরো কুম্নিন্নরসে।

বি— পোৎ লৈব লাকপ নত্তে, নং মাংথিনি হায়হুন থিব লাকপনে।

সা— তামো নংন ঐঙোন্দ মুক ম্নাম্ন বেরা তৌবসিবু করম্ব মুঙাইতব
লৈবগে? সত্য শেংন অমুক্ক হাইয়ু হায়।

বি— ঐন বেরা তৌব হায়বা?

সা— তামোন নত্রবদি কনাননো ?

বি— হঙ্গাম হৱাইথ্রাক মপান শাংপননে, হয়িংখোই মচা ঐঙোন্দ তায়নবিনো।

সা— নত্তে, ইশান থংন মতম চান লাক্কে হায়রম্মি— কৈদৌন থিরকইবনো ?

বি— হঙ্গাম হৱাইথ্রাক ইবেম্মা নথোয়দি ঙাইহুন লৈথোকপ য়াই— নচুন ননব্র পাও পুহন মুংশত্ত তোংহুন খবর য়েল্লি ; হয়িংখোই, কুরাক, খোইনু ইপা পান্ব ঐখোয়ন খবরহু পারগ তুমিন্ন কমহুন হঙ্গাম হৱাইথ্রাক লাকপ ঙাইব হৌনদে। লাকও চৎসি পাঞ্জি য়েংউসি। (মখুৎ পায়হুন)

সা— ঙাইথো তা-বিধি ঐ মরুপ অম ঙাইরিবনি।

বি— করম্ব মরুপনো ? নিপারা নুপীরা ?

সা— পাঞ্জি অনী মরুপ ওইদে, নুপী অনী কুইন চান্নব য়াদে। ঐন ঙাইরিব মরুপসি নুপী নত্তে, ভাব তাও তামো। অশেংব হায়দোক্কনি শাওগে শাও।

বি— করিগী শাওরুদগে। ঐ নুপী নত্তে ইবেম্মা. চৎসি লাও। নংন ঙাইরিবদো— নং ভাব তাত্রে, ঐবুনে।

সা— কুঠি য়াওদন কনাদ য়েংউদোরিব পাঞ্জিনোনে?

বি— নশা ইশা য়াওরে, খুবাক ময়িম্ব য়াওরে ; কুঠি য়াওব্রবম্ব য়ানি।

সা— নত্তে; তামোখোয়গী ইমা থাবিরকউ, ঐখোয় ইমাগ চত্তুন কুঠি পুহন য়েংহল্লুসে।

বি— পাঞ্জিদ ঘুষ পিজহুন কাম্নদে, মীভোম্দ নেক্তৌশঙ্কক নথা
ইশান চত্তুন য়েংউবন পুক্লিং শেংবনি। (চংমিন্নৈ)

সা— ইশান য়েংজবাসিবু ইকাইদ্রনে তামো ?

বি— শাম্ন তোংহুন কক্তোংলৈ উপ্তুন চৎপাদি করিগী ইকাইদে ?

সা— পাঞ্জিন পক্লদে হায়রবদি কমদোবা ?

বি— পাঞ্জি হৈফাত্তবন পক্লদে হায়বনি, ডাক্তর হৈফাক্তবন অনা-
বসি ফহম্ব ভম্মোই হায়বনি। অহৈব পাঞ্জিদি মমাইদ ১০
চৎপী অম থাজিন্বদ ফন পক্লদব কুঠিহ অমুক হম্ন থোৎপদ
পক্লৈ হায়দব লৈতবনি।

সা— পক্লদবদ পাঞ্জিন পক্লৈ হায়জিন্নগ করি কান্নি ? লুহোংব
মতুং থর লৈরগ কায়নরবদি— পাঞ্জিদ তান্নরুবম্ন য়াদ
করি কান্নি ?

বি— ডাক্তরন অনাব চংলরোই ইঞ্জেক্সন তোরে, টিকা থারে
হায়হুন সার্টিফিকেট পীরবদি ঐথোয়ন থাজহুন অনাব চংদে।
পাঞ্জিন পক্লরে হায়হুন সার্টিফিকেট পীরবদি বর-কন্যাহ
মথম্রাই মুডাইহুন থংনব হৌনদে, কাইনব হৌনদে। মুপীগ
নিপাগ চান্নরবদি লাইবক ফগংলি। ময়ুমদগী মুপীন শৌ
শৌ লাওহুন চিক্লকপ নিপাহুনি লম্বীদ জ্ঞান মাংহুন হয়াগাড়ীন
শমখ্রিব নিপাহ, আফিষ্ট মথক থোংব মীন থবক কত্তে
চৈরিব নিপাহ।

সা— এহগী নক্লদব থোংচৎতুন কনাদ এ্রুং থাদদোরিবা ?

বি— শেল লৌব জম্ব পাঞ্জি অহৈবদা।

সা— পক্ষদব লুহোংব কয়া থোকখ্রে, পাঙ্গি অমত্তন লুহোংবগী কুঠি লায় য়েংবিবগী শিথি হায়ব ভাদে করিগীনো ?

বি— সার্কসকি নোংশা, কৈ শামু, শওম ময়ামতু মথোয়বু লাক্লব নিপাচুদ শোকপ্রাও ? শগোলশেল, ইরাই, লৈপাকপোকপ, থাংজনচিংব গ্রহ মাপন্দুদি পাঙ্গিন লোইবনিন মথোয়দ শোকপোং নত্তে। নবগ্রহ সার্কসকি টিকেট পাঙ্গিদগী লো-য়বদি অয়েংব ভাবোক ঐথোয়স্নু শোক্কে— । চুনিয়া রৈসা চলভী হৈঁ— মেম সাহেব।

সা— ও :, আই সী। (লাকমিয়্নি)

( নোংথাংন পাঙ্গি শাত্তুন— লাকই। থুংপায়, সিলেট, কাংগ্রু পাইরকই। মথন্দ এদভরটাইজ ভৌজত্তুন লাওরকই।)

নোংথাং— হেল্লো', নহান মপোক্কি য়া থংবিনিংব য়াওরবদি হং-বিরো— লুপা ১ গী, লুপা ৫ গী, ১০ গী ভমজগনি। তুংদ থোক্লগদব য়া থংবিনিংলবদি লুপা ৩ গী ৫ গী ১০ গী থায়তুন য়োপ্পগনি। অশেংব হায়নি জ্যোতিষরত্ন ঐন কাওব ওমদ-বসি ওরাং করি য়েঙ্গাং চাথি, নহান কদায়দ চংলুই হায়ব-গুম্ব অরাইব য়াহং থরদনি— মতুদি ঐ কায়দে হায়তুন ভমজরক্কে। মণিপুরদ কাওথ্রিব মী পূম্নমক মথোয় মথোয়গী ইপান মুমিত্তু ঐন কাওথ্রব ওাক্তনি। বিলাতকি নিংথৌ রবৈত মনাওগী লুহোংব পক্লে হায়তুন ঐন মহারণী এলিজা-বেথত তাকপিথিবনি। খ্রুসেভন পৃথিবী কাওরকদব য়াসি ষ্টেলিন লৈরিবৈদ ঐন কাওথ্রবনি। ইটালীগী কিথুম পুবন পৃথিবীগী প্রলয় ভৌগদব তারিখ থাথিবতু লানগনি হায়থিব

জ্যোতিষবয়ত্তু নমাই ঐনি। অপাম্ব মাহং হংহুন চাং য়েংবিয়ু- -ভূত, ভবিষ্যৎ, বর্ত্তমান ফাওব ভম্ব পৃথিবীসিদ ঐথোয় অহুম ভরম্বদমী ইথন্দ ভাইরবনি। হেল্লো! তুংগী মা খংনিংব কনা কনানো? লুপা খয়দং তিংহুন চাং য়েংবিরো।

বি— ওঝা পাজ্ঞিবু পরু মাইনব অমত্ত য়েংজখিগে?

নোং— শেল য়াওব্রাও? শোংপ য়াদে।

বি - সাবিত্রী! মসিগী পাজ্ঞিসি মচিন মথা ফন পেক পেক লাওই, মভোন্দ য়েংসি হায়ব্রা?

সা— লম্বীদ কোইম্নাও লাওহুন চৎপসিনবু চুম্ন ফাওব হৌনদে। মথন্দ খাগৎচব মী থক থাজরুম্নু।

বি— খোংহুন লাওহুন ফোংদোকপ হায়বসি জীব পুম্নমক্কি ধর্ম্মনি। মতমসিদ এদভরটাইজ তৌব শাওনব চুমদে, নংস্থ ঐম্নু মাইদ পাউদর তৈরিব, ফিজেৎ চাকচা তৌরিবসিনি। নোংজুথাগী নিল্লব মতমগুম্ন মহৈ মহৈ খাগৎনহুন পংলাওদ লাওনরব মতমসিদদি হুভোইগুম্ন গোগা লাওন খোংত্রবদি কনান ভাবিদগে?

সা— অহু ওইরবস্থ হাম্ন চাং য়েংখিব ভায়। ওঝা পাজ্ঞি, নিপা-সিগ ঐগ মুংশিনব্রা মুংশিনদব্রা?

নোং— থর থর মুশিনৈ।

সা— কনাম হেম্ন মুংশি?

পাজ্ঞি— নথোম্ননী ভসি কদায়দ কমদোন থেংনৈ?

সা— ঐন থবক অমগী মী ভাইরিভৈদ মান লাক্কুন খিরবদ উমৈ।

পা— অহুদি মুপী নংন নিপাসিবু সিকি ১ মুংশি, নিপাসিন নংবু সিকিহুম মুংশি।

বি— কৃষ্ণ কৃষ্ণ, ওঙ্খোক্ল চুম্ন ফাওয়েদা— লাইনিনে।

সা— হায় থাগৎলুখিন্নু, ভাইখোবা। উঝাবু নিপাসিগ ঐগ মমাং- ভৈদ করি কন্নি মরী লৈনখি, নুংশি নুংওনগী খুদোনপোৎ কয়া লুব মমস য়াম্ব পীনখিবগে?

বি— বস, মতু ফজরব রাহংনি।

পা— নখোয়নীগী নখুবাক্তু লুপা অমমম হাপ্লগ তিংখোরকউ য়েংগে ?

( বিধিন লুপা ২ পুখোক্লগ মখুবাক্ত অমমম হাপ্তুন তিংখোকমিন্নৈ। পাঙ্গিন লুপা ২ তু লৌরগ ফুরিংখাওদ হাপ- চিল্লি, খুবাক অনীতু মুত্র পায়তুন য়েংই।)

পা— উম, সিদ লৈরেদনা! নিপা নং নুপীসিগী মশুং লাংগী লৈবাক মমাংদ ফিরুক খুমখি, নুপী নংন নিপাসিগী মতেংন নমাইতু পূর্ণিমা থাগুম পাকথোক পাকখি; চুমদে তুক হায়, ভম্মগ।

বি— চুমই ওঝাবু চুমই।

সা— উঝাবু করি লমদ লৈবিবগে ?

পা— কাছাড়গী মালুগ্রামদগী লাকপনি— মণিপুরগী অপংশিংবদগী শেঙ্গ তাম্ব লাকপনি।

সা— করম্ন মণিপুরবু পংই হায়রিবা ?

পা— মণিপুর মচাস থাজগল্লি, মবুক কৈ ধর্ম্ম কায়দে।

সা— ওঝান তুঙ্গিক ফাওবিরিব অসি থাজন্নু হায়ব্রাও ?

পা— মতিক চাদব মাইবী পাঙ্গি থাজগল্লি, ঐখোয়গুম্ব মতিক চাব শোইদব জ্ঞানগী রা হায়ববুদি থাজদে। মরম অতুন পংই হায়বনি।

স— নিপা অসিন মমায় খুমখিব ঐন মায় পাকখিবহু করি মরমগ দগীনো ?

পা— খুবাক্তু অমুক্ত য়েংখিগে কদায় ? (অনীমক উৎলি)

এঃ, সিদ লৈরে। নখোয়না করিগুম্ব পোং অমমম ওম্নখি। অহুদগীনি।

বি— এস সার, ওস্থোক্ত চুমখ্রে।

সা— ভাইখোবা অমুক্তা। পোংতু করি করিনো ? মচু কম-দোই ? ডোব্রা মুব্রা ?

পা— নখোয়নীন পীনখিব পোংতুগী মচুদি ডোই, মশান পান্ত্রিং প'রগ পাকই।

বি— উঝাবু লাইর মীরা ?

সা— কিপ ক্বাইট ! পূমডোরা উঝাবু মুন্ন অনুক্ত য়েংবিয়ু।

পা— পূমডো মক্তি নত্তে, অমুবন থর ময়ি ময়ি য়েক খোংলি।

সা— ফির অহুদ ! পোংতু ইথুং ইথুক্তা লৈনরিব্রা ?

পা— ফি নত্তে, নথুক্তা পোংতু লৈনত্রে। মীরৈবাক্ত য়োত্রে।

সা— চুম্মে উঝাবু, চুম্নদুন থাজরোইদবদ ভাইরে।

বি— চুম্মগ থাজদব হৌনব্রা পাঞ্জবু, খুবাক ময়ি য়েংববো ?

সা— কনান থংনি নখোয়নি মান্নরম্বসু য়াই। ( বিধি মুংশা থি ) ভাইখো উঝা, ইমানী লোন লৈনব ফগত্রা অমুক্ত— মুন্ন য়েংবিয়ু—?

পা— নখোয়না লোন লৈননি, য়াম্ন পক্লনি— অহাম্ব পোকপ নচা নিপাহুন লৈবাকি মন্ত্রী ওইরনি।

সা— ইমানী চেনগত্রা লুহোংগত্রা ?

পা— চেনগনি।

সা— কৈদৌডৈ কৈ।

পা— ভসিমক কৈ।

বি— ভসি হায়হুবু হুজিকমক চেম্ব তারে।

সা— হুজিকমক চেম্ব কত্রনে ওঝাবু?

পা— য়াম্ন কৈ সুপীমচা।

সা— চুম্ন কজন কাওমল্লে উঝা নংসু সুপী চেম্ব য়াওগে হায়রকপ তারে।

বি— ঘড়ী লম্পাক মী থর চিকপ সুম্নাইদ চিংহৌদব য়াদে। চংসি লাও সাবিত্রী। (চিংনৈ)

সা— ঐদি চেম্ব ভস্মোই, লুহোংদব ভস্মোই। (থাংই)

পা— চংলু চেন্দব য়ারোই। (ইল্লি)

সা— পাঙ্গি নংসু য়াওরত্রাও? করিগীনো ইল্লিবো?

পা— পাঙ্গি ইচিন থৌদৌ শরুক ফাদোক তারগ তা, চেম্ব য়াওদব য়াদে। চংলু পরপ পরপ, নিপাসিদ লৈজবদি নরাইবক কব নত্রাও?

সা— ও:, লৈকাই লৈকাইশা মী লাক্লে, সুপী চিংলে। থরাইদদি কয়ীয়ু কনা কনা লৈবগে?

(অমন মচিসা চপ্তুন মেল্লি, অমন পংচিংদ চিংই)

পা— নয়ুম পাম্ব থংদহুন লৈশাবীন অহুক কুইন নপামদ লৈদৌ শরুক হয়াও হয়াও চংলুবা মীন চিংবিরবদে? তুমিন লৈয়ু কপকয়ু। ঐথোয়ন হুজিক থাদোকুন থম্বিরম্ববদি নং তুং ইল্লকনিদো।

সা— ধর্ম্ম য়েংউ তাদ পাঞ্জি থাদোকউ হায়। আজকালদ লম চেল্লবদি ফাদোক তাজনি। নং পাঞ্জি নত্তে, নশক থংই তাবিধিথোয় থুল থারমান্দগীনি। নমিংন কৈনো অম কৌবনি।

নোং— নোংথাং কৌই, নথন্নাই মাংনিংত্রা? তুমিম্ন ৈলয় মী লাকই রা ভাঙ্গনু।

বি— অরাপ্পদ লাকইব নিপা অনীসি—(মশা নিকই) সিকাই মাল্লিদা ভায়া নোংথাং? অমুক মুন্ন য়েংউ, পাঞ্জি শাকব নংন নমিং থৌব হেন্ব তায়।

নোং— থাকি শেংলি মথোয়সি সিকাই ওইরব তায়। সুন্নাইদ তুমিম্ন ভহাক্ত পোত্থাহন ৈলসি।

সা— দারোগা লাকইভৈদ ঐ চৎচহৌরগে।

বি— তুমিম্ন ৈলয় সাবিত্রী।

সা— তুমিম্ন ৈলরগ নথোয়ন থাদোকপিদোব নত্তে। ঐদি পুলিশ অনীসিগ চৎমিন্নখ্রনি।

বি— নংবু আন্দোলন য়াওরুদব মুপীরাও? ৈলবাক পুম্নমক য়েন্ন-থৎমুক থানরব মীশকশিংগ চৎমিন্নখ্রগে হায়ববু নিভোল চাকৌব চাব নপাম চঙাইঙ্গদ লাকপদ কাংক্রিক মথেল অম পাংউ হায়ত্রাও? (মখ্বাংচী ছুরি পুথোক্লুন) নথন্নাই মাংবিংত্রবদি তুমিম্ন ৈলয়ুকো। ঐদি মীত অমনি আজকালগী থাং য়েম্ন ছাত্র অভাওব থিল্লম্মগ চেল্লি হায়বদে, ঐনি।

(তুমিম্ন লোৎতুন অহুম্মক ৈল)

(কাকমচা অমম্লুং থত্রক সিক্কাই মান্ন লাকই, থাকি থোংগ্রাও অককপ অমম্লুং অচোম শেংলকই। থত্রক এস,

আই মাল্লি, কাক্ল পুলিশ মাল্লি। এস্লাইজ দারোগা শাহুন গঞ্জা, কানি, সনা—— বর্মাগী পোং ফাব চংলুবনি।)

খম্রক — বর্মাগী পোং ফাব ফংত্রবস্থ ললোম্বী মুপী ৩/৪ হু মণ্ডক মনাদ পকপ সনাশিংহু ফুক্লন পুরকলবদি লুপা ১০০/১০০ দ ওইরস্থ ইমানীবু পাইরকওইম্রাও ?

কা— মুপীগী মনাদ য়াম্ব সনাবু কবোদমী খাজনা থিদব সনানি হায়হুন ফাবসিবু লেম্ব ব্রাংকনি হায়হুন তৌবনি ইমানীবু হয়েং কোর্ট পুখংসকপদ।

খম্রক— হুবান চিন্থী লুট পাংকি থবকপু ফাবদ লেম্ব লেমদব হায়ন খল্লুববদি ইমানীন এস্লাইজ পুলিশ শারিবসিদি লেম্মে হায় ?

কা— মসিদি বুদ্ধি নৈব মাল্লি চোপ্পে।

খ— করম্ম বুহু !

কা— করিগী এক্স ইজ পুলিশ শাক্রির হায়হুন হংলগ, মথোম্ম পোং ফার ফারগ শেন্স চাহুন থাদোকই। মহুগী শাইনিংহুন হুব্রানপোং ফারগ নেহরুজির পার্শেস তোগে বকশিস লোগে তৌবনি, নৈবাকি সবা মখল অমনি হায়ন খুম্মি।

খ— নংন পামইবসি আন্দোলন য়াওহুন মিংচং তাম্ব ব্রাকোক চাব্রাও ? নত্রগ পোযাক্স ভিক্ষারী রাবনগী ঝুলি ম্লানব, কোক্ত গান্ধি কেপ্প নোক চঙ্গান্স তৌরগ লুখ্রাবীগী চেংপোং লাক্লগ মীরৈবাক্ত তায়থোক্লুন রোসগুল্লা লৈহুন চাব্রাও ? মরোল চুম্মু কাকমচা, নংন চংলিব ধর্ম্মসি মীরৈবাক্তগী চেম্ব বৈষ্ণব ধর্ম্ম কাবৌ ভক্তিরা ? নত্রগ মৈত্রবাকি ধর্ম্ম ইরোম

শিদব মপুবু ভাব তান কৌগ্ৰগ, নৈজব পোরোম খংদে উকাৰী খংদে মপুদ ইখুংন কৎলগ ইয়াদ শোইদন তাবন পামত্ৰা ?

কা— গুরুদেব, ননাই ঐন চৎচরিব ধর্ম্মদি ভগবদগীতাগী ধর্ম্মহুনি।

খ— মীরা তাংব কোইন চৎপ, মীগী ছিদ্রদ খিব কাকমচা, অরোৎপ পোং খিব চৎপ নংন করম্ম ভগবতগীতাগী ধর্ম্ম চৎলিবা ?

কা— লান মপুংদ শেল চাইব খৎনব খোরকপ ওঝা খত্রক ঐবু এন্নখা পাওদাব মীতোকচাক তৌন ভাংইবসিবু করিগীনে' ? ঐবু সরকারগী সি, আইদি পাও খুন্দুন পুক খম খুমু মানং ত্রাও ? ঐন চৎলিব ধর্ম্মদি গীতাগী "সর্ব্ব ধর্ম্মান পরিত্যজ, মামেকং শরনং ব্রজ" ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্লগ ঐভোন্দদ চংজো হায়ব ভগবানগী এদভাইসতু ইগ্ৰব জাৎনি অর্জ্জুন ঐদি।

খ— অর্থ হল্লু তাগে অর্জ্জুন শাব কাকমত্রা। লাম্লবদি ঐগী ইতুং ইন্ত্রে, নাম্নং কক্লে পুলিশ।

কা— তৈজ যুগিন হায় তারত্রা খত্রক এস আই, হন্দক কাকমচান চন্নিব পাককোং অসিদি গীতাগী অর্থান, কলিগী মীচমশিংন ভাব তানব হন্দোকপান। ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্লগ ঐভোন্দদ চংজো হায়রিব কৃষ্ণ ভগবান অসে কলি হায়ব যুগ অসিদ অতৈ নত্তে খত্রক, লুপাবুনি নোটপুনি। শেনবু কংগদব ওইরবদি ননাই ঐদি বৈষ্ণব ধর্ম্ম ওসি চৎনবমু হয়েং সনা-মহীদ ওম্ভজগে, কোঙ্গ্রেশ, কম্যুনিষ্ট, শোশিয়েলিষ্ট য়াও হায়ব অমদ য়াওজগে শেলদ পীবিম্ম। চীংনী, আসামী, বেঙ্গলী ননাই ঐগী ভেদা ভেদি নৈজদে কানবু কান্নদোব ওইরবদি।

থ— অঙ্গুদি নংব চৌরু চংলগী লাোবৗশিংগী মনাদগী সনাগু করো-
দগী পুরুপ সনানি হায়রিন্দুন ফাসি কবিগী য়াদে ?

কা— হাজুর মাপ তৌবিয়ু, নহানিন মো মচা অম য়াওবদো
মাগী মমাই য়েংজরুবনি।

থ— পুলিশ ওইনি হায়ঙুন ওইরগ মীশক মীমাই য়েংঙুন কুন,
ফাব য়াব্রা ? মতুংদ অমুক তৌরবদি নমিং করুে থংউ।
চংলু, ওসি লম্বীদগী খেল থর খুনথিদব য়াদে, নমিং নবা
শিংউ।

কা— মঙ কম কৈ হায়ঙুন লাকপনি, দশা কত্তমানে শেন অমত্ত
কংদেৱা ওসিদে।

থ— খোংনাং মরুমদ লোংলিবশিংগু কবা কনাবো য়েংউ পুলিশ।

কা— (চংশিল্পগ লাপ্লপ্ত মখুং থন্দুন য়েংই) চুড়াচাঁন্দপুর ভায় য়ারে
মথৈ থিরুরগ, গৌড়শিং খোংনাংখোংসিদ নখোয়দি ওাইরম্বিব
য়া ওইরে! (হন্দোক্লগ) ইন্সপেক্টর সাব!

থ— করি পোং য়াওই?

কা— ইস্তার মাল য়াওরি।

থ— পঞ্জা কানীরা ? বর্ম্মাগী ঘড়ী কলম নক্লগ সনারা ?

কা— সনাগী মথক মণি হায়ঙুনি।

থ— করম্ম থংই ? নংবু নোংম নিপা অনীন মাংদ চংলগ, মুগী
অমন মরোম অম পুঙুন তুংদ ইরুদ ফাক্লবঙু কাওরব্রা ?

কা— কদায়দ ?

থ— হেরা লম্মাংদোংঙীগু কাওরব্রাও ?

কা— ঐখোয়ন ফারকইবসি য়াম্মনখুঙুন কাওবু কাওরে,— কম-
দোথিবনো ?

থ— হেয়া, নুপী ময়োম পুবীনু কাম্বী ওইরমানে হায়বন ইরা-মীন হরাও নয়াও কাহুন মবোম ফাকইদনা। হরাইজার যেংবী ব্রাহ্মণী ওইরমহুন নমাইদ হরাইজারন থাখিবহু কাওরব্রা ?

কা— হেরা দায় হনখ্রব রা নিংশিঙকইদা। হন্দকিসিদি মহুপী থবক লৈতে। হুরানপোং পুব মীসিদি মমিংত থংই ; মথোয়সি ইস্তার মাল যাওরে শোইত্রে।

থ— (খোংনাংখোংদ চংশিল্লগ) নথোয়ব লোংলিব পোংতু পুং-খোরকউ কায়রোই।

নোং— ঐথোয় করিমত্ত লোংচদে।

থ— মচিন থীয়ু, হুরাবশা। হায় পুলিশ, মথোয়সি চেক তৌ।

কা— চোপনিংত্ত্রবদি শেংন হায়দোকউ, নথোয়ন সিদ লোংলিব করিগীনো ?

বি— ঐথোয় লোংপ নচ্চদে।

কা— (থংনব লাওই) মচিন কয়া থীখ্রবনো ? লোংপগ লোত্তবগ মায়ব হৌনব্রা ? (মথোং থিল্লি) নুপী নংন খোংনাংখোংসিদ কেন্দু লোংলম্মিব করিগীনো ?

বি— (মফি শেমই) দারোগা বাবু, অতৈ অতৈ হুরাবগ হায়রিডৈ-দদি থর ফরম্মি। নুপী অঙাং শোক্রবদি হুমাংলা ঈর থরদি ভানব ভারে। নুপীদ রা হংবিব য়াদে।

কা— নুপীসি নঙ্গা করি মরী খোক্নহুন নকি শেম্মিবনো ? সিভি-লিয়ান নথোয়ন হন্দক পুলিশ কিদবসি কিত্রেদা।

বি— সুপীসি ঐন লৌদোরিব সুপীনি।

কা— মংন লৌরবদি ঐন য়া হংবদ মংন বেয়া তৌব য়াই, হুজিক্কি লৌত্রবনিন নৈবাক্কি সুপীনি, করিগী য়া হংভোই। সুপী নং নশাদ ইজার মাল য়াওব্রা?

সা— য়াওজদে বাবু।

কা— নং অসিদ করম্ম লৈরম্মিবনে'?

সা— তাদ অনৌসিন ঐবু চিংবিরম্মিবনি।

কা— নশান য়াদন চিংব্রা?

সা— ঐদি চেৎ পামদে লুংহোংসি হায়জবনি— তাদ অনৌসিন ইশান য়াদন চিংবিবনি।

কা— মশান য়াদন চিংলিবদি সুপা নংথোয়নৌ ইজার মাল পুহন চংলিবনি, থানাদ ওহাক্কুং হয়া চারুব তায়।

নোং— থানাগী হয়াদি চানিংদে তল্লি।

বি— মীন অপান্ন পোং ফংনব তানবদ তাদ থানা থোয়ন নৈথাররগ অতুক হরাওবসিবু— নত্তে ঐথোয়বু থানাগী হোক্কী কাংৈজ শায়নব কাংক্রুমলাও? তাদথোয়বু পাথং ওইরক্লাও? সুংশিব থংব্রাও?

থ— সুংশিব থংহন সুংশিদব নথোয়নীবু কারগ সুংশিব ইবেমসিবু কন্দোরিবনি থংউ।

বি— তাদগ করম্ম সুপীসিগ সুংশিনদোরিবা? সুপীসিগী মমিং ফাওব থংদব তাদন করম্ম সুংশিবিরম্মিবা? ঐগ মাপদি মেত্রিক থামিম্নবনি, ক্লাস অমত্তুদ তন্মিম্নহুন চিঠি সুংথি চংনহুন, পরীক্ষাদ ঐগী চেহ্ মমিং থাবিহুন মাবু পাস ওইহনখ্রিবনে।

ঐন মাবু মুংশিরিবসি পাঙ্গন, ইরৌশিং, শেগ, মতম অমসুং ইঙ্গং চাদিং য়'ম্ন তৌরগ ফংবনে। শক ফাওব থংনদব তাদন মাবু করম মুংশিরগ ঐখোয়নী মুংশিদ্রিবনো ?

খ— মুপীসি অহাম্ব উবদ মুংশিব তৌইদ্রাও ? ঐদি মুংশিরে নখো লৈত্রাও ? মশান য়াঙ্গদব মুপী চিংব তাকু নখোয়বু হেক উবদ কনান মুংশিদোরিবনো ?

কা— মুপী চিংবদ নত্তন পরীক্ষাদ মীগী মমিং হূরান্নুন থাবগী ফাদোক তাগদব কেশ অমসু নথক্ত লৈরি অডাং। থানাগী ধর্ম্মদি হূরম্ব ডাকু ফাবনি, নখোয়নী ডসি চৎথিব য়াদে, ঐ থানাদ থিনবিরমগে, চৎসি লাকও।

নোং— তাদ ঐখোয় সদর থানাগী লৈফম থংলে, চৎপু চৎনিংলবদি ইখোংন চৎচখিগে, থিম্বীরমদোশক্তক তাদগী থবক চৎপিক্ল।

খ— মুপী নং চৎসি লাকও নয়ুমদ থিম্বীরমগে। নখোয় অবোক খোয় মথল্লাই র'রম্মনি। (মুপীহুন ইনংগ তৌই)

বি— কদায়দ চৎলিবনো সাবিত্রী ?

সা— য়ুমদ চৎলিবনি।

বি— য়ুম হায়বদি ? কনাগী য়ুমদ চত্তোরিবনো ?

খ— কনাগীদ ওইগদগে ঐখোয়নিদনা।

বি— থুমজিব করিগীনো সাবিত্রী ?

খ— চুমই হায়হুন থুমজিবনি করি কান্নব হংইবনো।

বি— ইন্সপেক্টর বাবু নং অমুক্ত ডাইখোব।

খ— ঐ নরাল লৈব নংবু মুংশিদে, নংন হায়ব য়ারোই, তুমিন

নৈয়ু। ঐন মুংশিব মীন হায়রবদি হায়রিবমথৈ য়াবজাংনি।

সা— (থত্রক্ত) তামো ইন্সপেক্টরবু তসব কয়া চাবিরবগে ? (লোয়)

থ— তসবতি মেমা ১৫০ দনি, ঐথোয়দি তসব য়েংহুন থবক তৌদে, নৈবাকি সেবা তৌবন মান মান অওম্ব পীরম্ব দান অহু মহৈ চাওই হায়হুন তৌরিবনি।

( বিথিন নোংথাংগ সাবিত্রীগবু শাওন য়েংলহনগী মথুং থৎনহুন হন্দোক্লগ য়া তাম্নৈ কমহুন )

ক্বা— হায় নিপাম্মচা অনী, নখোয় চংথিব য়ারোই।

বি— চংচরোই বাবু দান থাদনব শেলগী য়া তায়জগে তৌবনে।

ক্বা— হো অহুম য়া থংহুন নহকচেল চাওরবদি তাম্নৌ তাম্নৌ। তাইবংমী হায়ব ঐথোয়সিদি অমগী মতেং অমন পীনগদবনে —নৈকী মপান নাপীন তাং, নাপীগী মপান নৈন তাং হায়ব নৈবনে। অশিবগী স্রাদ্ধদ অপোকপগী ষষ্ঠী পূজাদ পোংবেং শেল পুনরিবনে। ঐথোয়ন বাবু ওইনব তোৎনবদ চংথিব লুপাহু ইনাওশিং ময়াম থায়নহুন থর হক্তিগ্রবদি য়ারেনহায়।

সা— তামোবু হন্দক তৌথিব আন্দোলনদা কাবিহোব ইন্সপেক্টর ওইরব্রা ?

থ— নচ্চদে ইবেম্মা। আন্দোলন মঙ্গুংদ ইবুংদি প্রজ য়ৈব ওম্মোই, থুংলাই পায়নব মীবু উতুপ পায়রগ থোম্ব থুংচুম্ব কোদে হায়হুন চীংগী লাম্দ চংচগে হায়হুন দরখাস্ত থাক্লই। মহুদ সরকারন ইরিংজেল নৈব মীনি হায়হুন হিমালয় চীংথোংদ চীনা তাকপ থাবিরুই। থোরকপ কুইজাত্রি। ইবেম্মবু আন্দো-লোন য়াওব্রাও ?

সা— হৌথিব আন্দোলন্দ থোনা কবী মুপীমচা অম য়াওই হায়-
নবহ্র ঐনি। ইমিংন সাবিত্রী কৌজৈ, চঙাঙৈদ লৈজৈ।
মেট্রিকস্থ পাস তৌজরে, শামু লোইবী লুখ্রাবী ইনাক থুবীগী
অমত্তা চাইজবী মচানুপীনি।

থ— ঐগীস্থ ইয়াম্ব জজহ্র মমিং ধর্ম্মসিং কৌই. তাবিরিনি তলব
লুপা ৪০০ রোম চায়। ঐদি লাইবক থীহ্রন ইন্সপেক্টর
ওইজরি, লুপা ১৫০ দমক চাঔ। মুপী থিজরি পোকপদগী
অপাম্ব থেংনদহ্রন। ইবেম্মবু য়ুম কয়ারক পাম্বীরবগে!

সা— শক থীহ্রন মৌ মাম্বনি, য়ুম পাম্বদি হায়রম্ভু চিঠি চংনব
নিপা অমকাওব লৈজদে। আজকালগী ছাত্রশিংবদি তুংদ
পাংইন ইয়বী, ইথাইন তাবদি অমত্তা থেংনজরি। মারে
ওহাক পোথাথিসি চা কানব্রাও?

থ— হায় কাকমচা!

কা— আজ্ঞা, সনা য়াথং।

থ— চা কপ ৩০ মুক্ত পৌক।

কা— কনি আজ্ঞা। (চংখি)

বি— তায়া নোংথাং!

মোং— (শোম্ব) করি উপায় লৈরিবগে তায়া?

বি— শাসনগী মথবাক শেপাইহ্রন চাগী মচুং ঈ কপ তরেংতং
থজিংইদা।

নোং— ব্রেক পাইপ, জীপো, কাটারী চা শেম্বরু থুংলাইবু অমত্তা
য়াওরক্তে কমদৌসিগে। সিলেট কাংগ্রু পাজি থুংপায়নদি
চা মচু কয়নব ঈ পৌব য়ারোইদো।

বি— খুজিন ১০ সিন মবুক হেক্ত হোগায়রগে।

নোং— কিঙ্গংকসু বুদ্ধি তৌ। নঙ্গি মুপী সাবিত্রী হায়রিবু লৌব য়াব মুপী নত্তেনে ভায়। মসি মবুক্ত নৈরাই হৌদোং চংবী ভাতোন হায়রুনি, মডেন্দ শেল তিংলুব পাম্মুইদা।

বি— নৈরাই হৌদোং মায় ইন্সপেক্টর বাবুসি থেংনরমত্রবদি সভ্যবান ঐন চেল্লদোব নত্রাও ? হৌদোংসি মডক থুদেক্লগ খোংবাল্ল ফুম্লম্মিসনে।

নোং— মাগী মডক অসিবু হঙ্গাম হরাই মতোনগুম্ থৎপদ থেকপদ য়াম্ নৌব জাং ওইরমগত্রাও ? মথন্দসু নত্তে, মথোয়নী গুরিদো। মুংন থারম্মগ চেনখিসি হায়বসু ইশক থংহোরে ভাতোন শিক্লম্বীসিন তাকখিনি।

বি— মীন ভমখ্রগ ভমখ্রে য়ৈনরসিদা ভায়া।

নোং— মথোয়নীসি ভায়া, দারোগা অশেংব নত্তে, মশক থংদে। ডাকুন শাব থানা ভাক্তনি, মথোয়নী ইমানীগ য়ৈনবদ— ঐথোয়ন মাই পাক্তনি হায়ব কয়া থাজদে। মীন ভমখিদোব ওইরবদি লাম কায়দে, য়ৈন-গুনবগী অর্থ লৈতে। নংসু রাখল তৌ।

বি— অদুগ মুপীসিবুদি ঐন ভম্মি, ভমদোব মডোন্দ য়ৈরসিরা ?

নোং— নিয়নদি মহুম চুম্মি, শাওনিংভমসু থোকপ, য়ৈনরে মাম লাকচখিরোইদবা লাম্বা মাদনি। নত্তে, নংসু বুদ্ধি তৌ, লাইরিক হৈব মীনি। অহুমসিগী মরক্ত অমগ য়ৈনগে হায়মবদি মী হাৎপ ভম্বী অসিগ লাম্বা পাবম হিয়ম থুদিংম কত্রাও ?

বি— ইন্তং লৈতে, পাংদে হায়নরোইব্রাও ?

নোং— মহাকপু য়ৈরম্মগ ইন্তং হন্জিনগনি, তুমিন্ন পিথোক্লম্মগ চৎখ্রবদি পাংদে হায়নখিদোরিবনি ।

হি— ঐন মুপীসিদ চেংশিল্লগ খুতুম্ন দাক দাক থারুবদ নিপাশিং-সিন শাওগব্রাও ?

( চা পুরক্কুন অহুমহু থকমিন্নৈ )

নোং - থানাগী ব'বু শাহুন লাকইবনিন শাওরকনি। ঐথোয়ন শাওনিংহুন য়ৈরিব অসিগী মরমদি মথোয়ন উবিন্ন য়ারোই শেল পীজহুন অনোক উপহন্দ্রবদি।

বি— চহি অম মশুংসাঙ্গি পরীক্ষা কেল ওইরব পাথং ওইরমানে, মরাগ লৈবী মুপী ফুব দোষ লৈতে হায়রোইব্রাও ? মথোয়-সিবু মী নব্রাও ?

নোং— থানা, উকীল, কোর্টকি জজ মথোয়সিদি অচুম্ব থিদে। আইনগী মতুং ইন্ন অচুম্ব থিবদনি। নংগ, ভাতোন শিক্ষী মাম্বীসিগ পরীক্ষাদ চে ওন্নথিবহু দলিল রেজিষ্টার তৌহৌব্রা সাক্ষী সাবোদ লৈব্রা হংলকনি।

বি— মহুদি কদায় লৈদগে !

নোং— লৈত্রবদি নংবু মুপী য়ৈ লম্বাদ হায়হুন মথে'য়ন ফাদো-রিবনি ।

বি— অচুম্বগীদমক ফাদোক ভারবম্ন ভাখ্রগে হেক্ত য়ৈরগেদ ভায়া ।

নোং— থোক্লব লাকনি হেক্ত য়ৈয়ুদা।

বি— মুপীসিগ ঐগ লাম্ব তৌরিভৈদ চংলকপ মীহু নং থাম্মুকো ভায়া ।

নোং— ঐন খাক্তম থোকই।

বি— সাবিত্রী! সুন্নাইদ থোয়কউ বা হায়গে।

সা— কনা ওইরবনো? ঐবু শক নিংশিংব থোক্তে।

বি— ঐবু খংত্রব সাবিত্রী?

সা— খর খর খংখিবগুমদি তৌই হায়বু চপ চাবদি কাওজখ্রে।

বি— নংবু মেত্রিক পাস তৌহৰ নিপাছবু কাওরত্রনে ইবেম্মা?

সা— ঐ কাওজখ্রে খুড়াবু।

বি— ভাম্ব' নোংথাং ঐবু থৌরী য়'ন্দুন শিখিবন করত্রাও?

নোং— শিম্নুন শিরবদি তৌবিমল খংদবী ভাতোন লৈরাই হৌদোং চংবীসি হাৎলম্মগ শিখোবা— লৈবাক্সিদ শান্তি লৈহৌনবা।

বি— ভাইবংপান অসিদি ওস্তোক্ত তৌবিমল খংনখিত্রেদা! হরে হরে! মীন শিনরিবসি— সিদ ওইরে। শিগদবনি, থরাই স্নুক মুভাইজন মীন লাকচন হিংদৌশরুক।

কা— হায় অভাং অনী, নখোয়নীগী ব্রারেপ করি তারে? থানাদ হন্না চাব চৎপসিবু নশা নশান চৎলগত্রা, নহুৎ লুপাবু চং-হনগে হায়ত্রা?

বি— বাবু, ননাই ঐখোয় ইশা ইশান হেক্ত চৎচরগে।

ক— লাকও লাকও চৎসি অহুদি, শেল য়াওদন সুপী চিংনি হায়-হুন চিংলমইব নখোয়নীগী কলেজা অহুদি লিক্লিদগী ব্রাইরুব ওইরে ভহাকি।

বি— সুপীমচা অসিদ বিদায় তৌহুন বা অম অনীদংদি হায়ত্ররুব য়াগত্রা ইন্সপেক্টর বাবু?

থ— কুইব য়াদে মিনিট অনীদং য়াগনি। অছুগ পাথং লৈশাবী ওাক্নি কপ্প লাওনবদি ভৌরকম্নুকো।

(সাবিত্রীম মমাই লুকথহুন কেন বিধিগী মনাক্ত চংলি)

থি— মথক নত্তো করিমত্ত য়াত্তবী, নহৈদ নয়নদ মুজা নমায়বী-শিংদগী হম্বদবী শকহেম্বৌ! নণ্ডং সাঙ্গি পাথং ঐদি মেত্রিক কেন ওইহুন ইমাই কিরুক থুমথ্রবনি। ওসিম্বু লাইর কাহ্নি ফুদোক্কুন শানৌ নংব চিংউবগী লৈবাক নিংথৌগী কৈতুমশংদ চংলুব ওারি। চংত্রিঙৈ মমাংসিদ অথুব নপাওথোল অমত্তদি ওাহল্লু, অল্লা লম্বীদ পোখ্বা হোটেল ওইনখিগে— লৈরাং নঙ্গি থম্মোই লকাদ পাথং খোইমু ঐগী মুমথুংকম থুজিন মমায়দ পকপ লম মচেং অম কাওব থাকপিত্রা? অমুক্ত লেংন হায়দোকলো সনাগুম্বী।

সা— ওাদ হায়বিরিবহুবু অরুম হৌরপ লোম্ব চোইরোম্না নত্রগ মঙদ ডাংবিরিব য়ারা ঐদি করিমত্ত ভাব ওাজদ্রে।

(ইন্সপেক্টরগী মনাক্ত হনথি)

(বিধিন ওাম্নহুন মনঙ্গন্দা খুতুম্ন অহুমলক হুপ হুপ থাবদ সাবিত্রীন য়াম্বহুন ভুই, "অয়ো ইমা, শিরে" হায়হুন লাও-শিম্নরম্মি)

বি— লৌনম্বী মীহাংপী, মী অতৈ অমুক হাংলুদনব নংদ শিহৌরো।

থ— লৈবাক মচাশা, মী হাংলে মী হাংলে। কাক মচা নং চংলু মখোয়নীসি ফাহুন থানাদ পুথো। বিচার পরপ পরপ ভৌ-হল্লগ ফাসী ভোহল্লু চংলু। ঐ সোমদ হুপী ময়ুমদ পুরগ লাইকম্নরুগে।

কা— (মথুং কায়গ) নথোয়নী লাও থানাদ চংদি।

বি— চংসি লাও বেরা লৈতে, নিপা ঐথোয়দি শিব কিব মী মত্তে। ঐন খুতুম অহুমলক থাবহুন নথরাই লামথুবদি লানথ্রে, করিগুম লান্দব থোক্লবদি ঐন ওসি চাকইব থরাই সিদগী মৈচম লৌহ্নন নংসু তাঙ্গোই ওন্দুন মাংউকো।

নোং— ঐব পাঞ্জি অশেংবমক্ত ওইরবদি মীহাৎপী লৈরাই হৌদোং নং থৈদেন য়ৌনব ভাওকো। সঙ্গী দোষন ঐসু ভসিদি থানাগী শক থংনরুব তারে, মুত্তাইরেদা। চংসু, নিপাম্মচা হায়সিদি জাং শুন থংব লৌনৈ। (অহুম্মম চংমিয়খি)

থ— শাবী থংলেন মাঞ্জ পাম্মুবী নংবু থম্মুং শাত্রা তায় চংলত্রা? বৈতরনী তুরেল মপান্দ কমহুন য়াংলেন পুখাই ওমত্তদি ভাইরমথো, নবুং লাইবক থীবন হৈনা নতুং ইঞ্জরকইয়ে পুন্সিগী থোংদোয় ওইবদ মতিক চাররী শকহেব্বী।

সা— (ভপ্ন হৌগৎলগ কমই মশা ভমদব মায়) প্রানগ দেহগ কায়-নরমদায় বৈতরনী তুরেল মপান্সিব যমুনা তোর্ব্বান্দ অহুবৈ ব্রজ গোপীশিংন তাথিব বংশী ধারীগী বাঁশী মথোল মান্নব থোঙ্খোক্ত ঐবু কোরকইবসি মাঞ্জ কনা ওইরিগবা? মশক্তি উদে, মথোন তাবদ থম্মে ই থম্বাল ফুগাইন শাংলে। পাই-বিরক্লো থোইমু খ্বাংজেংবা, ইংলিশ ফিল্মগী হেরো মান্নবা, বৈতরনী তুরেল মপান্দ পামু ইথো লাংন ভাইজরিয়ে।

থ— ইবেম্মা ন'বু, কয়া থীন শোক্লবগে? নয়ুম তায় ইবুংন থিল্লু হায়ব্রা নত্রগ ঐথোয়দ চংতুন থা ৩/৪ দং লাইকয়রুসি হায়ব্রা?

সা— ইয়ুম য়োব ওমি হায়ব থাজত্রে, তামোখোয়দ ননাওবু পুথিরো পোত্থনা ।

খ— অহ্দি করিমত হঙ্গোইনু তামোদা কোল্লু, ঐ পোত্থন পুরগে। ইমাগ্বন জজ ওইরিব নিপানি, হৈরব ডাক্তর কোত্থন লাই-য়েংগনি, করিমত মুংশা থিগনু ।

সা— অয়ো ইমা। অয়োনে !

(কোন্দুন লেকখসনৈ, খদ্রক পোত্থন ময়ুমদ পুখ্রে)

খ— (পোন পোন) তাইবং মপুগী খুংশিন অতকপনি, য়ান থিরবসু ফংদে, ইথি থিত্রবসু থুদি থিরহুন থেংনৈ। শিদবমপু খোঙ্গান তমথৈ নৈতে ।

## ২ শুবা উৎপা

অঙাং পোকপ ৫ নিদ ডাইব অম পম্মগ শুমাংদ কোইন কপ্প থেমহুন মন্থরা চৎপি— মঘাগ মপাগ চৈর চৈরহুম।

মন্থরা— তোকও তোকও......হায়দে হায়দে— মচা স্ন'বু কনাম হায়রিবনো। দারোগা লাকই ফাজখিনি, মংন কপ্প'সি ইনকিলাব জিন্দাবাদ মাল্লি হায়হুন। মতম অসিগী খানা'দ মতাম্মনি হায়, অঙাংশুবী খায়পোৎ নস্তে, মথোয়ন লাকচগদব মফমদদি থৌনা ফত্রপোৎ'নি। হুম হুম ম...ম...... ডকচস্ত্রে, মতম অসিগী নহারোল, হয়েং ষষ্ঠী পূজা শোনগদোরিব অঙাংবু হুন্দোক্লম্মগ মতৈ মনাওন সিনেমা য়েংব চৎখ্রবসিবু হৌনব্রা হায়মি? মৈনিংদ কুপ্লিব মুপীনবু চিংহি লুজরগ মমাইদ পাউদর থাহুন ইংলিশ ফিল্ম য়েংব চৎপসিবু চৎলি হায়রগ থাজগদোব মী লৈব্রাও? সিদনি ঐবু মীন মীগী ছিত্র খি, ওইদব মীরা ভাংই হায়নরিবা। ভাইবং মী হায়বসিদি অওইব থক খিগস্তে, ওইদবদ ভাংলগ থাজ্রে হরাওই। অওইব ভাংব ঐবুন চিন্থী— মসিদ ইথোইদোসি পোরোক ২ চাকপানিনে। ভাংগনি চিন পেন্নব।

ধর্ম্মসিং— (পঞ্চায় মেম্বরগী কোয়েৎ কৈয়েৎ, চন্দোল চন্না তরং তরং, খোংগ্রাও অচোব উপ্তুন, কোর্ট কাব থোরকই মযুমদগী) হায় ভারিব্রা? মতম অসি থেংস্ত্রে, কোর্টা মীন বিক থল্লম্মানিনে, কা অতপ্পবু কদায়দ থনম্বগে অঙাওবী? লৈকাই

কোইতুন য়ারী শাবদু ঐন কোর্ট কাবক্তাওদদি ভাইব ওমদ্র-বাও ? মীয়া ভাংনব স্কুলসিবু থ্বাইগী পুং ১০ দা হৌনবস্থুম হৌরগ পুং ৩ দা ছুটি থাব য়াম্রাও ? কদায়দ নৈবগে মস্থুবা ? থাদয়া য়াংদয়া নংন শুরিব য়ারীবো ?

মস্থ— য়ারী শুব নত্তে অভাং থেমইবনে।

ধ— মমাবু কদায়দ চংখ্রবগে ? য়ুম শেংগ্রিব অস্তাংবু নংন চাথুম-দগী থোরক্লগ পম্মুন্নিবু করি শাক্তংনো ? গৌড়িয়া থারম্রাও ?

ম— অভাং পিকত্রুসি হন্দোক্লম্মগ মম্বা নাব হংউনি হায়জিন্মুন মতৈ মনাও সিনেমা য়েংব চংখ্রে। য়ুমশেংগ্রিভৈদ ইংলিশ ফিল্ম মতৈ মনাও য়েংমিন্নবসিবু মহৈ য়াম্ম চাওই হায়ব ভাবিত্রনে মেম্বর সাহেব ?

ধ— চরোদা কনান হায়রিবনোমে। পোকপ ৫ নিদ ভাইরিবু অভাং হুন্দোক্তুন সিনেমা য়েংব চংপ হৌনদে চিম্থীবা, মী-ভোন্দ পাও চেন্নুম্নু কনামতন থাজরোই। ইচিন্নাও য়েংথীবব হায় হাপ্প হৌনব্রাও ?

ম— মহুদনি ঐন থবাই থানিংইবসি।

ধ— চাথুমদগী থোক্তুন অভাং পম্মুন্নিত্নবু নংবু মাংত্রাও ?

ম— মাংব শেংবগ অভাংন য়াম্ব য়াম্বন কপ্পগ কনান লুবগে অত্র সাহেব ?

ধ— গৌড়িয়া চত্তুং য়াহু মী ভাথিনিনে মস্থুয়া, নংবু চহি ৪০ ভাল-লক্লবনি জ্ঞান থয় ভাওনে।

ম— চংনবীন কল্লি আজ্ঞা, চহি ৪০ চংলক্তুন থাইনগী থবক শিংপ মাংব শেংবগী বিচার কয়া কায়দব জাং অহু থাদোকচরবনি শিংলক্লহুন।

ধ— থরুং খিন্দুন থকপগী ইমুংদগী মুপী অম লৌরুহুন ইপা ইপু পূম্নমক নরক তাব ভাখ্রেদা সত্য। চৎলু ইরুজথোকউ চৎলু অক্লিস কাব থেংখ্রে, কা অতপ্প পীয়ুনে।

ম— অঙাংসি ওহাক্ত শায়বিয় কা তপচরকে। (পীরকই)

ধ— নংবু থাইন লৈশাবিবৈদ ভাওবহু থক কাওররোইরাও? চথোকউ শোকনিনে।

ম— মী উত্রবদি দোষ লৈতে, পরপ পরপ তপচরকে। মী উত্রবদি মাংদে, দোষ লৈতে হায়বসি ঐখোয় আজ্ঞান তাকপিব নত্রাও?

ধ— ঐগী ছিত্রদ থিহুন নংন লৈবসিবু। ঐন হায়থ্রবদি মহু মডাইবে কদায়, পরপ পরপ তপ্লকউ। (পীরম লৌই)

ম— অমুক ফজব অমুক মুংশিবসিবু করিগী মাংউপবনো। মুং-শিত্রনে? থরাই চাকইদা ইচা পোক্তব! (চংখি)

ধ— (লৌরগ) পাবুং হায়হুন কোব হৈরত্রাও? কদায় য়েংগে নমিৎ পাংউ তাকুগী মচা? ইঃ, মমিত্তি থরাইকোকপী হেক মাল্লহুন। ইপাগী নিংথৌবা, নংবু দোনবোস্কো স্কুলদ হত্রা ভোংহুন লাইরিক তম চৎলগেরা হয়েংদগী? থেংক য়ু, এস সার, মাই গোদ হায়ব হৈনবা? নঙক থাজংলু, নেকটাই হাপ্প পকত্র য়েংগে? মকোক্ত ফজরিবদি টুপী উপ্প পকনিদা!

(মথোং হাম্মুবদগী সাবিত্রী মকোক খুম্মপ অভাং লৌব লাকই, মেম্বরন অভাংদ রারী তৌরিবৈ)

সাবিত্রী— অভাংহু ঐভোম্প থাদবিরক্লো

ধ—মুক মুংশিববু করিগী থাদক্লগবনো হেক্ক লৌসে। কদায় কাদি ভপ্লক্লব্রা ? সে সে কপহনগম্ভ, মারেম ভাংবদ নৈকাই থু'মব চত্তো শরুক অভাংশিহুম লৌহুন নৈয়ু।

(পীরগ মথুং নৈবাক শোকই)

সা— মারেম ভাংব চৎচক্লব নত্তে, মমুংদ চংজক্লবনি।

ধ— ইহে! ঐদি— খাকিস কাব থেংখ্রে হায়। (লোয়) কৃষ্ণ, কৃষ্ণ! অহন্থং দ ঐ .. —.—.—

ম— (কা মত্তপ অম পুত্থন চেল্লক্লগ) কা হায়বহু নৈজরে।

(মনাও মুপীদ পীরৈ)

সা— করিগী কা ওইরবনো ইচে ?

ম— হৈমা নং ওইরে নতৈদি ? ইকজথিব্রা ?

সা— কোর্ট লেংথংখ্রে। চায়থথিব উজহোদে ;

ম— অভাংহু কদায়দ নৈরম্মি ?

সা— কক অসিদ হিপ্লমই।

ম— ও:হ্যাকপ পৌড়িয়া তৌদব ইমুং অমদ নৈরহুন ঐ চোপ্তো- রিদা। মুম লেংদ্রিব অভাংবু কম্ভম কক অসিদ নংন হিপকল্লিবু নথোয়গী অহল্লমম্ল অহুম্ল তৌক্ল হায়হুন ভম্বিরকপ্রা ? কক অসি হুজিকমক শুদোকউ।

সা— চা:মথোকচগে ইচে. অভাংসি অমুক্ত শুমজখিগে।

ম— লম হেনগম্ভ, চহি অম মথাইদ ভাইরিব নংন মুম অসি খুসী তৌব মারোই। ওইদব মা থক হায়গম্ভ, নতৈগী নফুবোক্কি মমাংদ নকোক খুম্মো ইবেম্মা, কজব লোনচংনে তমদ নৈবী নৈবাক মচা তাবী মুপী পুম্নমক্কি।

সা— ঐস্থ ইকোক থুমটৈজ ইচে ।

ম— মবেন্মা ঐন ভাংলগ চিন্থক্ত ওকুন থুমই হায়বগ। ৱৈয়ুমা মং? ভোঙায় চানিংত্রা সরকারগী চেংকুম সের কাদবন্থ রান রান্নুনা। করিগী ভুমিন্ন নৈরি ?

সা— ইচেন কোক থুমদে ইতৈবুভোগী মমাংদ হায়বিব অহুন ইকোক থুমই হায়ত্তবদনি।

ম— মুপাগী রুমাল অমাংবন নকোক থুমইবনি হায়ত্থন ইংলিশ কিন্নগী মুপীদৌন কেনগ হামুক ঠৈব পিশুম পিরুং শাবন্থদ লত্তসীন হায়ব মচিন পারব তেন্দূ ভেঙ্গা থোংলগ পুকচংপগী দেউল মাম্ব নমিৎতুন থপ্তুন কাপ্পবু ব্যবহার হায়ত্থন্না ? কোক্ত নাইলোন ফিভা কিনগ হাদবী মবুক ইংবী, হৌন থংবী মুপী ওইত্রাও ? মভোন্দ তাকে থংনি, নং নিপান্থ কদায়দ চংথি ?

সা – ঐখোয় য়ুমদ শেল থিংত পুকচো হায়ন্থন চংহনথি।

ম— করিগী শেল ? পঞ্চায় মেম্বরগী মনাও ইকুভোবু নখোয় নয়ুমদ শেল পুব থান্থন ইরুং বন্ধ'ন থম্ব চংহনখ্রিবা ? নংবু য়ুম অসি মাং-তাক্কব লাকইব শনি দেবীরাও ? করিগী শেঙ্গনো ?

সা— হয়েং ষষ্টী পূজাগী চঙ্গদব শেলনি।

ম— ময়াম্বুং মেম্বরুন পীগদব শেলবু করিগী য়ুমগী ইরুং বন্ধান থমন্থন মীভোন্মগী পুহনখ্রিবা ?

সা— ইতৈবুভোন পীগদোরিব শেল অহুনদি ওক্লোই হায়।

ম— নখোয়নীন কয়া চংন শোম্নিংলিবা ? লৌপরী থম য়োম্সি হায়ত্রাও ? সরকারগী স্কেলিব চাকহাও রান্নুন চারল লোইরে।

সা— মতম ঙসিদদি ষষ্ঠী অমম বাসক লীলা অগোই মাইক মাওরবদি চোম্নরে ইচে। মেম্বরগী লঙ্গাইদ শোধ ষষ্ঠীপূজাবু অম্নক ইজৎ নৈতন শোম্নি হায়রুন মীম ভাংবখিগনি হায়গ বমী কিবন ইপামদগী লুপা ২০০ দং লৌরকো হায়দুন খাজখিব।

ম— কৃষ্ণ কৃষ্ণ। হয়ে রাম, রাম রাম! পৈসা অরম্ভ খোকতব নপুরোইব থত্রক্কুন শোধ ষষ্ঠীবু লুপা ২০০ চংবব য়াত্রবকো? থত্রক্তি হুপী অকাওবী নংন নপাম্মগী শেল য়াঙ্গাইদুন ষষ্ঠী পূজাগী দান সলোনদোরিবকো? ঈশ্বর ইকুণ্ডো, মনাই মতৈ মনাওগী কারবারসি শেল থর ভোংহখিরু। বাস্তানদি কয়া নখি?

সা— ১৫০০ ওইরমারে।

ম— ২০১০ দংদি শুহননি। কুম্নৈ মুডাইদ্রনু, মিঠাই মথেল য়ামহললু, চাগে কুম্নৈ য়েংগে। নথোয়ব ভম্মগ শেল ভোংজো, ঐথোয়ন ভম্মগ পেম্নব চাগে থকে, অদুগ লোকুগে।

(ভাং ভাংদুন মযুমদ চংখি)

সা— শেলবু পোকমিন্নত্রাও, অম্নক মুংশিব ইচা নিপা অম পোক্কগ হয়াওদব হৌনত্রাও? তিংসম্নু লুপা কয়ানো, কুম্নৈ কৌনি, সঙ্গোমক্ষীর ভল মিঠাই পীজরগ ফুরিংথাও চপ্তুন লৌব য়াবদগী লৌনি। মণিপুর পূবগী মরুপ ওইরিব থত্রক হায়দুন মমিং চংলিব নিপাদ নৈরিবু লুপা ৫০০ দি দান থাদকম কিরাংজী ইন্দা লকতব হৌনত্রাও? মীন হেনব য়াপোৎ নত্তে, হুপী ঐথোয়ম পোকপ ইচাগীবু ভজোপ ভজোপ ভৌথ য়াত্রাও?

(কাক কাক খোংছন কাক মচা পাইরকই)

কা— কাক কাক, করি পাউনো? ষষ্ঠী পূজাগী ক্ষীর মিঠাই তলগী পাওনে। চাব লোইরগ কাম্নীগদবন চা কাফি নত্তে, হুইস্কি ব্রান্দি, রম ত্রাইহিন। কাক কাক, লৈবাক পুম্নমক ভাবিংহৌরো:— মশী কাম্ন লোইরগ কেক্রেক ক্রেক চিক্রুন— অপোই য়েংবিগদবনি, বাসক ভাবিগদবনি. লীপা মিংয়েং ভাবিগদবনি। বার্ত্তোন ১৫০০ বু ইথম্মন য়েম্ব ওম্ব কৌনদে মুমিং হুম্নিদা। মরম অদুন ছাপাখানাদ অনম্মন, দোকান্দ চেপী মমল ভিংদনব, বার্ত্তোন সেক্রেটারী কাক মচা ঐন ভরাগী থৈদেন্দ পাও চেঞ্জরিবসিনি; —তয়েং মুংদাং ধর্ম্মসিং অজগী মনাও ইবুঙো থত্রক বহুরূপীগী নৌন কংজব মজা ইবুঙো নিংথৌরেনগী ষষ্ঠী পূজানি,— চাবিরো থকপিরো কুম্মৈ য়েংবিরো। অম্নাব মচা লেম্ন মাংদনব বার্ত্তোন্দ ভিঙ্গদব শেল ঐন কৌজরে। ইহে, ন্না অম চিথ্‌ংহৌরে, অডাং মমা মমিং পন্দে হায়দুন থৈদেন মুপীন মরাদ ভম্মুহন ন্না থোক্লব ভারে। ভাবিম্নু তর মচা পুম্নমক, অডাং মমাগী মমিংদি শ্রীমতী সাবিত্রী দেবী, অফাওবী কোই। ষষ্ঠী পূজাদ, শ্রাদ্ধ কর্ম্মদ, উৎসবত কীর্ত্তোন্দ, চাক চানবদ, লুহোং থোংদোংবদ ফুটানি ভৌরকপ জাৎসিদি লৈকাই ময়াম চংদুন শেল হাংকদবনি, চাথোক থক্তোকদবনি। চম্না অনী চাব কংদব, কৈজোম খোংদাই শেংপ অমুক ম্নাম্ন লৈম্নিব মতম অসিদ হল্লা তৌদুন চাওথোকপ য়াত্রাও? ময়ামগ মাম্নন নংমিম্ননব, লৈবাক লৈতেম মাম্নব সমাজগী লৈম্নৈন দুপ দুপ লাওন

থাজিনগদবনি। বস, বার্ত্তোন নম্বগী লুপা ১৫ হজম। পোৎ লৈবগী থবক্ত শেল তাম্রব ময়ুমদ চৎতুন থাগৎলুখিগে।
( চৎখি ) ইবেম্মথোম কনা কনা লৈবগে ?

সা— ঐ লৈশ্নমে তাদ, করি ওইরবনো ? বার্ত্তোন রাৎলত্রা ?

কা— ইবেম্মা বার্ত্তোন্দু ১৫০০ নদি ইতাও ইবুঙোগী মরূপ ময়াম কোম্নদবনিন ১০০০ অমগ অমুক নমতুন ইবুংন লুপা ১০ ভিংলম্মে।

সা— নতাও লাক্লগ হশ্লিম্ব হায়তুনি।

কা— এঃ করিগী হশ্লিলুগবনো ইচন্সিদি। লুপা ১০০ অম থাদনব হন্নেং— থংদে ঐবু ইঞ্জিনিয়ারগী বিলতুবু— হন্নেং পীনিদি হায়বনি, বিলসিন শোইব থোক্লগ শোইবম ইনেদগী সোই তৌনরগ সনাথুদোপ ৩/৪ রাইতুন থাদত্রা করিনো থংগ্রি। নিংথৌরেন পাবুংবু কদোম লেংথোকখিবগে ?

সা— অজগী ইমুংসিদ শেল লৈত্রতুন ইমা লুখ্রাবীদগী মষ্টী শোম্নব লুপা ৭০০/৮০০ দং লৌবিরু হায়তুন চংহনখ্রি।

কা— ৭০০/৮০০ তুন ওক্তুগ ইবুংন অন্নাংপ থিরকনি, করিসু মুংশা থিনু — ৭০০ পু পায়রবদি ইচম্ন কৌনিংব বাসক থংদে পেনা থংদে লোইন ম্নারনি।

সা— তাদ, কুম্মৈ কৌবিরবদি খ্বাইদগী হেম্ব জাৎ পামজৈ, ননাওদি মরক ময়াগী মী নচ্চদে। অতুদি নতাওতু চঙাজৈ রোমদ চৎলগ উম্রবিরুরো, কুম্মৈ মুঙাইগদোব থন্দুন— লৌনা বাসক জগোই থংবে কৌবিরুরো। (চংখি)

কা— চংলে ইবেম্মা।

( মথন্দ মণ্ডলীন ) দক্ষিনা লৌগ্রুপ অথাব য়েমসি মাব বাসক জগোই পার্টি অশিংব কনা কনা লৈরিদগে থংজ্রে। এদভরটাইজ ম্রাংপদগী শেল ফংনদবনে । অথাব শেলবু য়েমসি থর্মগী মথক্ত, য়েপশিন্নদবীদ হান্নব যাম্নরদি— অদৈব অরংগ্র মথৈ থাহনগেনে গুরুদেবন থংনি । নত্তে, মণিপুর মচা পংল পংল্পব মরাইবক ফজ্বন শেলদি পংথোক থোকপ য়াম্ন লৈ হান্নবনে। ঐথোয় ইনেগ ইন্ধানগত্বু বাসক শকপ ওমথিজ্রা অমুক্ত হংবিন্নথিগে ।

(বাসক ইশৈ ওংহুন চৎথ)



## ৩ শুবা উৎপা

মহাবলি উমংদ বিধি মফি মোৎন যোগী মান্ন উফুল হৈতুন গঞ্জা থকুন লাই নিংই।

বিধি — জয় শিব শঙ্কর, দেবাদিদেব মহাদেব— লাইনিংথৌ ইবুঙো নংবু ননাই ঐগী মাই অমুক্তদি য়েংবিতুন সাবিত্রী হায়বী মুনী মচাতু মপামদ অমুক্ত হললহনবিরকউ। জয় শিব শম্ভূ। (নোংথাংন মহাবলী লম্বীদ হঙ্গংহন্দা চৎতুন বিধি কৌরি)

নোং— ওঃ বিধি, পামু মুংশি মশুং লাংলী যোগী বেশ শেৎতুন মহাবলি উমংদ চংতুন ধ্যান তৌত্রব মরুপ ! ঐন কৌ-রিবসি তারবদি অমুক্ত থোরকউ। ওঃ ইতাও বিধি! ঐন কৌরিবসি তাবিরিব্রাও? হেল্লো! মাই দিয়ার বিধি! হেল্লো! হেল্লো!

বি— (থোঙ্গাই চন্দন ধ্যান্দ লুপ্তুন মথিৎ উইশিল্লি) হেল্লো! করি লাইনো? কৈলাশতগীরা দ্বারোকাদগীরা নত্রগ সোরা-রেনগী অন্নাপুরদগীরা? করি লমদগীনো?

নোংথাং— অন্নাপুরদগী নত্তে, মণিপুরদগীনি।

বি— কনানো? করি থবক্কিনো?

নোং— ঐ নোংথাংনে।

বি— নোংথাং, ইলেকত্রিক তারা লাকপ ওইব তারে। হেল্লো! করি পাওনো?

নোং— কৈলাশতগী পার্শেল অম থুংলরে লোরো?

বিধি— কনান থারকপনো ?

নোং— কৈলাশতগী মহাদেবন থারকপ ওইরমানে।

বি— করি পোৎনো ?

নোং— মন-ইচ্ছা সিদ্ধি হায়বহু ওইরমনে, পরপ পরপ লাকুন অমুক্ত লৌহৌয়ো— মাই দিয়ার।

বি— মন-ইচ্ছা সিদ্ধি হায়বদি ?

নোং— ননিং থুংব বর হায়বহুনি। নংন চহি অম মথাই মহাবলি উমংদ লাই নিংঙ্গবগী মহৈ থুংলরবনি মরুপ।

বি— অহু ওইরবদি ঙহাক্ত তাইবিরমথো, দেবদূত, ননাই ঐ লাকচরে। (পরপ পরপ লাকই, নোংথাং উবদ) মাই দিয়াররা ঐবু কৌবিবদো ?

নোং— মর্ত্ত্যলোকগী কৌরবদি ঐ নত্তন কনা ওইগদগে দিয়ার ?

বি— পুংশিদকো বন্ধু, মর্ত্ত্যলোকপু করম করম পাম্লিবগে ?

নোং— দিয়ারগী মিংদ কৈলাশতগী পার্শেল অম থুংলে।

বি— করি পোৎনো ?

নোং— নিংব থুংজো হায়ব বর অহুনি।

নোং— করম বন্ধু ? ঐন চহি অম মথাই যোগী বেশ লেৎতুন তৌজরকইব ধ্যান অসি ঐগী ইবুঙো শদাশিবন উবিরম তারে অহুদি।

নোং— দিয়ার নঙ্গি ধ্যানগী পরীক্ষাহু পাশ ওইরে, থবরদ নমিং মাওরে।

বি— কজন শন্দোক্র তম্ম মরুপ, থরাই মুত্তাইতব কুইরে, অমুক্ত মুত্তাইরম্ল।

মোং— চহি অমরোম ওবে তাম্না ; নংগ ঐগ কায়নবব মতুংদ, ইথন্দ তাইহন তাওরব ঐ তাহৌ তাহৌ মোংম থাবলদ সুম চখোকউই। লাইগী নোংদমদগী শোয়ারেনগী জগোই শাবী অম লন্বীদ থেংনৈ। মাগী মতুং সুম ইথদগী তান অম চারহুন মান চান্বীরে। থংনবিং থংনবিং লৈরম্ব মাগী নিপাহু তানখোকখ্রগ মহুৎ ঐবু হাপ্পিহুন লূহোংবগী শেন থুম কবোক হৈবোক অমত্ত তিংদন ইয়ুম মচা অম পাঞ্জরে। থর মুত্তাইফরব মতমদদি মরূপ নিংশিংঙুন লাকচরিবনে।

বি— মরূপকি কমহু ঐঙোন্দ হাপ্পিরগে, মরূপ্ন বাজনা অমদ কম হায়গংলগে সিরাও?

নোং— কদায়দগী অহু নত্তে মরূপ। ঐ মরূপ্ন শক মুম থংনৈ। মরুপ্তি পুকচেল অমী লোংব মীতা নত্তে, সাবিত্রীদ থম্বাই লুপথ্রব নামজারী তৌথ্রব পাথংনি, ঐ মুম থংনৈ। হুবিকম্ন হিংলি ইতাওগী সাবিত্রী।

বি— ইতাও ইবুঙো। (কপ্নহুনা মশুংসাঙ্গি নত্রাও ঐন চহি মতাং চাদন বেশ ওন্দুন উমংদ লাই নিংজরিবসিবো? যার লাগী এ ঘোর বনে যোগী বেশ ধারী ধ্যান মগ্ন আমি, বৃথা ধ্যান কিং মম সুখেন? কিং মম মেত্রিক পাশনা!— (কপ্ন কপ্ন শকই) কিং মম কলেজ কাবনা, কিং মম বাবুগী ভসবনা? যার লাগী তলব চাগে থঞ্জরুবা, তারে বিধি হারাইলে। ধিক মম পুন্সি, ধিক মম ফুরিৎ ইস্তি! কার লাগী কোক্ত থাওহিং, মাইদ পাউদর থাক্সিগেনে মরূপ? ধিক মম রবর সিল্ক, ধিক মম গেবরদিন ট্রাউজর।

(মোংথাংন মণি তান তায়দবগী থাংব জমদহন থুরমহন কপম্মিমৈ)

মোং— নিংব কায়গনু ইতাও, মতম দৈদ্রি। সাবিত্রীগী মচা ২ শুজি। থত্রক পাপীহু মাংনব শিনগদবনি— কৌ পুরগ কৌ শিং চেং পুরগ চেং শিংগদবনি। লৌশিং তৌহুন ইতাওগী সাবিত্রী থত্রক মুনথিবনি, লৌশিং তৌহুন থত্রকগী সাবিত্রী মুনগদবনি। লাও চংসি অরেপদ অত্মাঘাট তৌবগুম দৈরমু।

বি— না বল বন্ধু না বল, সন্তোনথোক্ন কারণ ইস্কাল তুরেন্দ ঝম্প দিয়া মরি তাইত ভাল মানে।

মোং— মচা অম পোকখ্রে, মাবু তাররুহুন কায়দে, অতোপ্প সথী অম থিসি হায়ত্রাও?

বি— নত্তে বন্ধু। মচা পোকত্রিবৈ কাওব ফাত্রবদা মচাগী থৌরীন পুনশ্ত্রবী সাবিত্রীবু থত্রকপী করম্ন মুনগদগেনে ইতাও।

মোং— পুল্লিব থৌরীহু নাম্বোরুব থুংলাই ঐন পাররি লাও চংসি। (কাহুন পুই)

বি— ভাল চারোইদব ওইরবদি ইকাইদ ইতাও।

মোং— নেভর মাইন্দ, ঐ সব ঠিক তৌগে য়েংউ। নচম্ন থোংব চাক চায়া অমত্ত চারুসি লাও।

(লাকমিন্নবদ শারী শেংতুন কেন লাকপী রম্ভা থেংনৈ)

রম্ভা— ঐথোয় ভামোবু কদাইদ লেংউম্নিবনো? ঐহি লাইব চম-দহুন থোরকবনে?

মোং— ঐ ইতাও উন্নরুবনি, নংবু হুজিক কদায়দনো?

র— দৈবা মীগী বার্ত্তোন দৈবহু কাওবিন্নত্রাও?

নোং— কনাগী কাপ্তোরো ? য়ামনশ্রুত্না ওদ্রি কনাদনো কাওরে।

র— ষষ্ঠী পূজাদ ঙগোই শাবিরো দক্ষিনা লুপা ১০ ভৌগনি, অথাবমথৈ য়েন্সি হায়ত্তুন তাদ ক্লাক মচান হায়রুরু কাওরব্রাও ?

নোং— কাওরে. মতুগীদমক ইতাওসি থিরকরিকনি। কচা পোক্লুন ওসি ষষ্ঠী শোন্দোরিব মুপীত্থু ইতাওসিন লৌগে কোইকরম্ব চুপীনি।

বি— মানি ইবেম্মা, থম্বাই চাক্ক তক্সি শোন্মুন লৈহৌরব নবুংনি।

র— ওঃ মুভাইতেদা তাবদা।

নোং— মাগী মতৈ থক্রক হায়রবতু ওসি রম্ভা না'র নমিৎন ল্যাং থাক্লুন মরল পুরমক লৌরকরবনি, মরল তুম্বব মতুংদ মশা ফারকদবনি। মশাতু য়ুমদ পুরক্লগ ঐন মাবু হুরাম্বনি হায়ত্থন কারগ কাদোক পীগদবনি।

র— ঐবু মান নিপা লৈত্রা হায়ন হংলবদি করি থুরি ?

নোং— লংকৈদ চংখি, চৈরাওবদ থোরকনি হায়ন থুম্মু। মহাক ইমানিগী তুম্বমরি, লম্মন থুম্ব তায়।

র— শেন্দবু থর পায়ব মীশক্লা ?

নোং— ত ক্লাক মচান শেল য়াম্ম থানব শিল্লকনি— মাগী শরুক থরদং থাইবিব হায়ত্থনি।

র— ঙগোই মফমদ চংলোইত্রা ?

নোং— চংপদি চংলুসি ননাক্ত কমহুন পুং রৈব তান থাবদি মাত্রে ওসিদি।

র— চংসি লেংলসি, ভাবোক মরক্ত নৈবিয়্‌,— শেল থাব য়াওরকউ।

নোং— নংদি চাক চায়রব্রাও ?

র— চাক থোংবিনি হায়রগ থোংস্রু থোংবিদে, ঐদি পেণ্টতোব হৌরক্তুন চাক থোংব য়াজ্রে, হোটেলদগী থর চারগ লাক্রবনি।

নোং— ভায়াদি চাক লাম্মরিবি ?

বি— থবক মঙ্গল ওইরগ লোইরে, চয়া হেখগী বেয়া নৈতে। চংসি ইতাও, সাবিত্রী মশক উদব কুইরে, দান থাদব চংউগে।

নোং— মুংশিদা নহা ওইরিবৈগী মতমদ তাওরম্বদো।

বি— মতম হায়র্বসি পরপ পরপ হৌজিনখি থংহৌদে ইতাও।

---

## ৪ শুবা উৎপা

ষষ্টী পূজা মুমিত্তা মী য়াম্ন তিল্লে। নাকল অমদা থঙ্গ্রঃ ব্রাহ্মন অমগ ষষ্টী শোল্লি। সাবিত্রীন মমাংদ কেন হিপই অঙাং কোন্দুন। ধর্ম্মসিং অমমুং মম্বুরা মতৈ মনাও য়ারী শান্নুন কন্মি তুমিন তুম্মিন্ন থংনহুন। কাক মচান ভবোক লাকপিরো— জগোই লাক্লে, বাসক হৌরনি, ভল মিঠাই থৌব লোইরে হায়রুন কৌরি, কোইচেন চেন্দুন কোইরাং লাংই।

ধর্ম্মসিং অজ স্মুট শেংলি, মাগী মুপী মম্বুরা— সারী শেংলি। মথুং পায়নহুন য়াকীং চংলি মেম সাহেব নত্রগ বাঙ্গালী বাবু—বাবুনী শারহুন।

মম্বুরা— অসুম হায়রন মেম সাহেব শান্নুন মুমিদাংবাইরম নত্রগ অঙেবদ য়াকীং ভহাক চখোকমিন্নবসি হকচাং কব জাংবি পুক্লংস্থু মুঙাইব জাংনি। মীতৈসিদি স্নুমদোন চখোকপ ঐখোয়বু নোক্লেদে।।

ধর্ম্ম— ময়ামদগী থর হেন্ন চাওথংন নৈব ঙহ ঐখোয়বু নৈভব লাইরবশিংন নোক্কব মশিন্নি।

ম— মথোয়বু কনান নংউ হায়রগে। থবক্তি গুনিংদে ফুটাম্নী তৌনিংইবদি। ননাও মুপাগ মুপীগন ভসি ষষ্টী পূজাদ মাংহনগদোরিব শেলসি কয়ানো থংলত্রাও ?

ধ— লুপা ৬০/৭০ মঙাই, নহানিন মচা অহাব পোকপহুদ হন্নাওজহুন তৌরিবনি।

ম— কনাগী ৬০/৭০ দনো ? লুপা ৫০০/৬০০ লোইশিন্দোরি। য়ুম অসি মুৎহন্ন ভমদোরিবী লাইরিক হৈবী অকাওবানি। তম্মকপ অফবমখৈদি লোগে হায়দে, উরকপ তারকপ কাম্রবমখৈদি খবক্ত পান্দুন পরীক্ষা তৌদোরি।

খ— মীগী মচাদ ভাইনরুব য়াদে ঐগী ইনাওসিম্নু কাম্রব খবক অমত্ত তৌনিংদব নমথাক লোনমদ মবুক থম্ব পাদ্— ঐন জম্ব ওইরগ মভোন্দ ম্বা নোমহম্ব লাকপ পামই।

ম— কাম্রপোং নত্তে, মথোয়নাসি পরপ পরপ ভাব ভারকুব তোঙাম্ন পিজরসি।

খ— খবক অমত্তুস্নু তৌকন মতু থিরুরে. হুজিকপু তোঙাম্ন পীজরু-রবদি য়াম্ন থুন জেলদ চংখিনি। মুপীসিম্নু সরকার খবক তৌহল্লসি, নিপাসিম্নু মান হৈনগদব শেল থোকপ খবক অম পায়হল্লগ কোম্ন পীজসি। নত্রবদি নৈবাক্ত ইমাম্নিবু খীন ভাংনম্নি।

ম— শেমহুন থোকপ মীভাবু ওইরোইদোরিদা ননাও মুপাগ মুপীগসি।

খ— লংজান শা অশিব উবগ নঙ্গি নমিৎন মীগী মরাল উবগ অনীসি কনান হাল্লগব! জজ অমগী মুপী ওইরিবনিন নংম্নু থর লেপ ভম্মু, মীগী মগুপম্নু থর উব ভম্মু।

ম— তেংপাকসি অতিয়াদ হুনগৎস্রবম্নু নৈখাদ হেক্ত ভারকপগুম ঐগী মিৎসি মীগী মগুণ কুইন উব ভমদে মুমিৎত্ত য়েংবগুম, অমোৎপ অমম্বদ য়েংলগ থর মুভাই হৈনৈ।

থ— ঐথোয়ন মথোয়দ ষষ্ঠী পূজাগী পীথিব লুপাদি ৩০/৪০ য়োম-দনি, কদায়দগী ৫০০/৬০০ লৌকরিবনো ?

ম— ঐথোয় ইমুঙ্গি ইজৎ বন্ধান থমগ মপামদগী পুরুরিব ওইর-মানে। ভসিদি কুম্মৈ মুভাইনি রা অমত্তু ভাংদন অম্নুম তুমিন য়েংবিয়ু।

(রস্ত, ভোম্বী অমসুং পুংয়ৈব তা-চাওব জজগী ময়ুম থিরকই)

পুংয়ৈ— ননাই ঐথোয়বু রা অমত্ত হংজগে ?

থ— করিনো ইবুঙো ?

পুং— কমেশোন সাহেবকি মনাও ইবুঙোগী সঙ্গাই কদায়দ ওই-রবনো ?

থ— কমেশোন হায়বদি ময়াংলা মীতৈরা ?

পুং— মীতৈনি।

থ— য়ুম্নাক্তি কয়ুম্নি হায়।

র— য়ুম্নাক্তি থংজদে কমেসন সাহেব হায়রিবসি মাগী মুপীহু মচিন থর কল্লি, মরাদ রা নোম্ববুদি মুপীহুদ নোম্বন রা ভমই হায়নৈ।

ম— মনাও মুপাহুগী মমিংদি করি কৌই হায় ?

পুং— চপ চাব কাওজখ্রে ইধর উধর হায়ব্রা ?

র— কারণ তুরল হায়ব্রা খ্বাইগ মায়দব মিংদা জাৎনি।

থ— থত্রক হায়ত্রনে ?

ময়াম— হো হো মানি হোয় থত্রক হায়বনি।

ম— ষষ্ঠী পূজাগী ইশৈ শকপীরো হায়হুন বার্ত্তোন তৌরমত্রা ?

থ— মানি হোয়।

ম— মানি হোয়! মরাম কমেসন হায়বছু নত্তে, জজ সাহেব হায়বছুনি, সিদ লেপ্পিবসিনি, রা মোন্তম ওইরিবী নবেম্মছ ঐনি শক থংলত্রা ব্যবহার নৈতবশা ?

ময়াম— মনাই ঐখোয় থংমদছুন তৌবনি, রারৌবিব য়াদে।
(ময়াম মন্থরাদ খুরুমই)

খ— হৌরো বাসক খেংলে। হায় কাকমচা নখোয়ন কৌরুব বাসক্ত লাক্লে. হৌনব তৌরো। (মতৈ মনাও চংথি) ঐবুদ্ধি নংন হেন্ন নমিং চত্তোরি হায়।

ম— মনাই ঐগীদি সিংহ রাশিনি, অছুবনি রারৌবিরুগু।

কা— খেংখ্রে হৌবিরো। হেল্লো, লৈকাইগী ইপা ইপন পুম্নমক রম্ভাগী বাসক অকাওব লাক্লে, হৌগদোরে, চাক ছুকপা হৌবিরম্ব চখোম থাদরম্মগ লেংবিরক্লো। শেলবু ভগ্নীদ থারে। ডারোই কারণ হত্তোই চোংবিরো।

(বাসক হৌই, পুং য়েছন......ঋতু —— তথ পগ...— তৌছন। রাগ লোইরব মতুংদ)

র— ইশৈসিবু করম্ব মতাং শকচৌ হায়বগে ? বিপ্রলব্ধা, খণ্ডিতা। বাসকসজ্জা, মাণভঞ্জন শকচৌরা ? অপাম্ব অমত্ত খঙ্গীয়ু। লাইরিক হৈবিব বাবু ডাক্তনি।

কা— মাই দিয়ার, ইশৈসিবু করম্ব মতাং তাসিগে ? মাইমুপেমচান বার্ণী কাব তাসিন্না, খোইবীন লোইকাব তাসিন্না ? মপুনি অপাম্ব অম খঙ্গীরো।

( মশক ওম্বোক্লুন নোংথাং অমস্থং বিধি তাবোক ওইব য়াওরে। )

থত্রক— মাই দিয়ার গ্রৌদি লাই্ ভীলগী ন্নারী অশেষ ভানিংদে, খাইনগী রারীশ্নু ভাজনিংদে। হুজিক হুজিকি আজকালগী পাথং অতাওবন মুপী চেযগী মতাং ভাজনিংই। ন্নারবদি মদোমদ ভাংনবিয়্ন।

কা— ইবেম্মা ইশৈসি শেল ভাগদব ন্নাং শকপিরোনে।

রম্ভা— করম্বন শেল ভাগদগে ভাযো ?

কা— ছাত্রব ছাত্রী চিংবগী মতাং শকপিরোনে।

র— কনি ভাযো।

মণিপুর স্না লৈমযোল, চীংন কোয়ন পম্বা্ব, গ্রীংমীন কোয়ন পংভাকপ, কাস্তুপ মায় তোংলিব. ইম্ফাল তুরেলন লিক্লাং পরেং তাবগুম চেল্লিব ভম্পাক্ত, য়াংলেন পুংজান ৯ খিংব কাল, ইন্দ্রমধা মুমিংন ন্নাতোন লোমহুন ইকায় ইকায় লৈচীম্ন মকোক খুমহুন থোরকপ মতমহুদ লেংথংলে চোকীদগী শ্রীমতী 'ন্নাধে, মাংলোম নিতোললি ক্লাস টেন্দ ভমজরি। দিনমণি মুম্বিং কোব দূতীন ব্রজরাখাল মচা ময়াম সংগ্রেম্বম কালাচাঁদনচিংবন লম্বীদ ভাইহৌরে হায়ব ইঙ্গিং অহু শীরকপদ—

কুঞ্জরঘড় জনী উঠে ন্নাই বিনোদিনী.
য়াংলেন ভিংথোকুন ভিংলি য়াংলিথরে
পূর্ণিমা ভমজবী ইবেম্মা রাধে।
(আর্ট তোহুন শকপ ইশৈহু হুহার চংপীন অমুক খুন্নই)
ড্রেসিং টেবল মমাংদ লেপ্তুন
ভকশাংবী প্রক্ষালন লোংলপ্ত কেকপার

মিংছু হৈৰ শৱয়াম ৱাই ৱাই তাবদি
লৌলহা লথান
পাখং কোটি চিক্লগে মৈরে তম্বগী পাংথক্লি।

টেবিলদ পৈস্নিব পেণ্টকি মচাক ময়ামতুন মালোমগী দেবী ইবেম্মা ৱাধেদো অঙ্গার তোব হোৎই।

(পুংগী তালগ লোইনন শকই)

কোক্তা কোকোলা, মায়দ চৈলকম ;
চিম্বাল্দ তেনৱা তৈথরে ৱাধে।
মিৎতা কাজোল, পিগুমদ লিরুং,
খজাইদ শমক্রন তেঙ্গাম্নু থোংলে।
করম্ব লৈবাক্তি পংলব পাখংন
খাংজব ওমগনি মিৎচিগী তেম্বাহু ?

(খত্রক্তু যষ্টিদ মখুৎন শোম্ব য়াওই, মমিত্তি বাসক্তা য়াওখ্রে, ক্তাকমচান শেলদ পংথাদ থাখরে।)

কম্বব খবাক্ত নাইলোনগী ব্লাউজ,
চেংলব খ্বাংদ মশৱাইজ ফনেক,
মোইৱাংকি মপাম খুবোমদ থন
ইংবন ইশিং শোক্তবী ৱাধে
তৈশিন্নে গ্নিসরীন খুনিং খুমাংদ।
তোংখৎলে থোংউপ খুনিং ৱাংবী।

পঞ্জাবী দোকানগী শাল মচা মপান লোয়ছু ইনখৎলে থনী ৱাই। খুদাংদ শিজিন্নে ঘড়ী, উপশিন্নে আনোক মমিং ইক

করিবীদো। শংঙ্গবম কালাচাঁদন কোলাশ লপীদ ভাইরম্বনি থিল্লে হায়ব রাখল অসি, মনে মনে শুনি ভূলিয়া গেল খানা পীনা। যার লাগী চাব থকপ কাওরবী রাধে, থমকি থমকি ইস্লোক্লে গাড়ী, কাংভ থোংথাভবু থাংলিবী মেমা।

উত্তলা হইয়ে চলন্তী রাই বিনোদিনী দেখি চাকশংদপী মমা— কুটিলান লাওরকই ; শুন শুন প্রানাধিকা মম মেমা। কি হেতু ভূলি গেলা ভাত, পুকচাওবী তুমি? কার লাগী না খাইলা খানা আজ? অসাইন লোইরে ইমান থোংহুনা। উত্তরে কহিলা মাইবম ভানু নন্দিনী

আজি খানা না খাইমু—
দেরী হইল মাভাজি।
অরাম থৌরাং কাওরে ভসি,
ইবুক অসি ইথল থল্লে।

মহ্ তাবদ মমা ইবেম্মা শিংলবী কুটিলান হাইরকই :—
কেন দেরী প্রানাধিকে
এই মাত্র নয়টা বাজে?
কনাগী রাখম নবুক্ থল্লে
চাক্ত নিংজবী মীতৈ চম্?
এভেক শুনি লজ্জাবতী রাই ইচ্ছং
হাস্যে চড়িলা বাইস্কল।

মমাগী রাহংহ্ হেক তাবদ, কিজিদ লোম্র হায়কেং নোক্লপ— তোংথংলে সাইকল ইকাই থিবীদো, হাইন হুয়া

থাম ইকুন মৌথগে গাড়ী কিড্রিং কিড্রিং। য়েংত অমুক
ওইদ অমুক মতকতু নোমছুন গাড়ী থৌথরে।

(শেলদ পংথাক থারে খত্রক, কাক্ থামশিঙ্গে, থাম
যাত্রে — পোংচৈ য়াওন থাথরে.........ছাত্তিন, কোনলিক
থাবৈ চৈগপ য়াওন.........পংথাদ থারে।)

অল্পক্ষণ মাত্র বায়ু বেগে গাড়ী চড়ি,
কবুলিয়া পরেং হৌরিব কোলাস পথে
আইলা ধনি রাই। শত শত ব্রজরাখাল লথৌম সন
হাতম কয়া কারকপ ভাইছুন নৈব উবদ—

কেন নৌন হাইন হুয়,
কোলাস লখৌদ পাইরক্লে কুরাক
ভিংলা কইক্ল শোম-হৌনব
থবাক লোংব গাড়ী থৌরক্লে
মিংতা মুংশি হায়নহৌনব
য়েংত ওইদ মাংদ তুংদ,
মিংচিন য়েংই মালোমগী রাধে।

লখৌদ ভাইরিব ব্রজরাখাল মচাশিং, থম্ব মাম্ব নোংবান মাম
কয়া কয়ান মিংয়েংছু উবদ হংনৈ:—

চুপে চুপে কারে দেখ, ওহে তুমি সুন্দরী?
লোয় লোয় কনাবু থিরি, হাইমু মেমা পুরিং হুরানবী?
মীন ভাংবসু তাদে, কৌবসু খুমদে, শকুন্তলান ছুষ্যন্ত
মিংথৌগী থ্যান্দ লুপ্তশুন— মাইবম ভানু নন্দিনী মালোম
[illegible] প্রদ্যুম্না [illegible] নক্ষত্রবর বর্ণ [illegible] মচু

হায়রপ মায় শ্রীমুখচু উব ফংদবদ শাওথিবন কি কি কামই।
কোথায় তুমি কপট কালা,
কোয়লা মায় সঞ্জেম্বম মচা?
চাকস্নু চাদন ঐদি কারক্লে,
কেন তুমি কোম্বোংদ হুইশেল?
(কপ্ন কপ্ন শকই, শেল থাকৈ, খুরুম চংই)
পাগল করা হুইশেল শুনি,
উতলা হইয়ে আইলা আমি।
মাতাজীকে ছল করেছি,
চানিং থক্লিংদে ইমা ভসিদি।
ছি: ছি:, ছি: ছি:, কত লজ্জা!
আজ আমি, মাগোম রাধে
নক্তং লাঙ্গি কয়া ইকাইব!
মনে মনে ধিক্কার করি
বায়ু বেগে চড়িলা বাইস্কল।
কালাচাঁদবু শাওথিবন মমিং অনীহ লম্বীদ চংপ মী নিং-
থিন উথিব্রে মানময়ী রাধে। পাড়ীন মুংশিংমুক মহিক
থোরগ লম্বীদ চংপ মীবু উদ্রবদি করি থোকপ হৌনবগে?
ভেরীদ সোরী, থাম ভমহৌদে,
পাথংমদা থেংলুহন লম্বীদ তুরে।
পিক্লিব লিলহানি পাথং মচাদো,
নম্বীরে মথক্ত হজ্রোই বোড়োবীন।
"অয়ো ইমা, অয়ো ইমা" বলি, কেন্দে সেই

মপা তনান তনাম্ব পাথং মহাদো,
ধরনীতে গোড়ি নৈমাইদ থরো থরোবু ওন্দুন।
করয়োসিদে হায়হুন মুংশি থংবী রাধেনা, অত্তাং
অহু লৌথংতুন মতম্বাক্ত চেক্তেং কোনখ্রে।
করিনো করিনো কদায়দ শোক্লে
শকহেম্ব মুংশিব তনৌ তনৌবা?
অয়ো তৌরে থোংদ থেংলে,
গাড়ীদ হাপ্তুন ঐবু পুবিয়ু।
কদায় তায় পুজো হায়বগে
মুংশি পাওমেন্দু পীবিয়ু মাঙ্গ।
পামু লমহম য়ৌরসি মেম।
নপাম তায় পুবিরো পাথং।
এত কহি গৌরাচাঁদ ভাব বিভোরে ...............
লোইশিল্লে— শেল থুম পোংচৈ তপতাব মথৈ থম্রক্ত মমিং
থংতুন লৌরগ।
(মশক থংহন্দন নোংথাংন শেল পোংচৈ থোমহুন পুখ্রে—
মৌপা শাহুন)
মস্তা— ঐথোয়দি খিখিনব নিপা য়াওজরক্তে তামোন য়ুম তায়
থর খিম্বীয়ু হায়বু? (সাবিত্রী মমিং থায়)
থম্রক— খিঞ্জনি ইবেন্মা। ইতাও ইবুঙো মুপীসি থর শংবিরন্মু ঐ
ওহাক্ত খিঞ্জক্রখিগে।
কা— ঐদি বেরা নৈতে ইতাও।
সা— থাখ্রিব পোংচৈ ময়ামহু শংব ওইন মতুং ইনথ্রগেরাও?
মু— শাওগংকহু পাথংকনি, নবুক তপ নথয়াই মুত্তাইন নৈয়ু।

সা— করম হায়ন থরাই মুডাইদোরিবনো ?

থ— চংপ কি হায়ডুন ওহাক্তং থিম্বীরুগে য়ুমদ লাকপী অবলানি হায়ডুন তৌবনি। নবুক ফত্তব খনগনু— একদম সিঙ্কানি ঐদি। ইবুক শেংজখ্রব, ইশৈ থর মুডাইবডুদ সাহিত্য-সঙ্গীত চাওথংনব থাব শেলনি, পোংনি। লৈবাকি সেবা হায়বু অসিনি ইবুঙো মমা— নবুকচেল পীকনু।

সা— কিরে হায়রিবী ইশৈ শকপীডু তাদ কাকমচান থিনগে হায়ব য়াদ্রাও ?

থ— থংদে অডুদি ইশৈ শকপীসিগী মচিন অবান অমুক্ত লৌর-থিগে।

(মথন্দ ভাইরবী রস্তাগী মনাক্ত চংলগ— অতৈদি পুং য়ৈবনচিংব চংখ্রে)

থ— ইবেম্মা ইশৈ হৃবী, নয়ুম তান্ন থিবসিবু ঐগী মরূপ অম লৈৱে মাবু থিগহঞ্জব য়ারোইদ্রাও ?

র— তাদদি হকচাং ওম্বিদডুন মী নেকপিরুরিব্রাও ?

থ— ইবুং হকচাংদি য়ায় ওম্মি।

র— অডুদি মী অতোপ্প নেকপিরুরগ করি কায়দগে ?

থ— নথন্দ হনথিব ওন্নপ্রনে শকহেৰী।

র— তামোবু থিৰীয়ু হায়রগা ?

থ— (হয়াওন ভাব তারগ) ঐবুদ থিগহন্নিংব ওইরবদি থিনগে চংদু ইচনসিদি। (চংমিয়ৈ)

সা— তাদ নহাকি মরূপ থত্রকু চংমিন্নখ্রব য়েংউ।

কা— থিজিক থিজিক চংমিন্নখ্রনানে।

সা— অমুক্ত হল্লকথো হায়বিয়ু।

রা— ওঃ ইত্তাও! অমুক্ত হল্লকথো হাইয়ে। (লাপ কৌই)

থ— করি হাইয়ে ইবেম্মা?

র— পরল পরপ খিন্দোকউরগ হু হল্লকউ হায়মানে।

থ— মেমখোয় য়ুম কয়া লাপই?

র— ভহাক্ত য়োনি, মাইল ১০ মুক্তি। য়ারী সুড়াইব শারবদি লয়ীসি ভেনথ্রপোৎনি।

থ— চহি কয়া ওবিরবগে?

র— হন্দক চৈরাওবসিদ ১৬ মপুং কাপদবনি।

থ— য়ুমদি কয়ারক পায়ীক্ররবা?

র— ৭/৮ লক্ত ভাইজরি। মতা চাব অমত্ত লাইবক থীহুন থেং নদবা: শাওনিংহুন ঐস্থ পংহোংদ হোংবনে।

থ— হোংববু ভোইরবদি অকব কলেজা লৈব অমদ থুদি অমুক্তং থিব হায়হুদি শোইয়োই মেমা।

র— অহুনি ঐন থঙ্গরিবস্থ।

থ— হুজিকপু য়ুমহু মনা শিনপদব লৈহৌত্রাও?

র— আসামদ লপোই চৎপদগী শেল মাংলহুন থর হজিন্নব চেক শাহৌরো হায়হুন অমদি থনম্মি — হুজিক্তি য়ুমদ কনামত লৈহৌদে।

থ— অহুজি পরল পরপ চৎলু মেম পংথেং .থংব য়াদে —চাবোকপী অম লৈহৌম্নিবহু পাথৎ পাথৎতুন লাক্লরিপোৎনি।

র— অহুগীদি তায অম লৈহৌরিক্তুহব মথাইন শোরদনি।

থ— শিখ্রবদি মাই শংগদবদ নাহুন লৈবসি সত্য তনম্বে। ইবে-ম্মবু অঙাং য়োকপ হৈনব্রাও ?

য়— অঙাং য়োক'নিংঙাইবু গৈজরবদি ঐদি ইশৈকা শকপ চং-চরোই হায়রিবনে। (চংমিয়থি নোক্লহুন)

থ— মসিগী মুপীসি পামহুন লোক্লব নত্তে লহীদ তারমহুন থুঘনে। ( চংখি )

সা— নিপাহু হল্লকত্রবা তাদ ?

ক্ব'— হল্লক্তে ইবেম্মা, ইতাওসিদি ওম্বোক্ল ওকখিত্রেদা।

সা— অহুক তোব ঙম্বী মুপীবু করম তাদন বাসক শকহল্লিবনো।

ক্ব'— ইবেম্মনদি অহৈব অফাওবীদ কৌয়কউ হায়দো।

সা— শেলস্থু তিংব, পোংস্থু মাংব য়ুমস্থু কায়ব বাসক হায়হু তারে, অরেম্বদ কৌজক্লইদা সত্য। তাদবু মুপী খিবিত্রিবা ?

ক্ব'— খিব কংদহুন লৈরিবনি ইবেম্মা ?

সা— কোয় বুদ্ধি তৌনসি, তাদ, নিপাহুগী মা অশেংব অমত্ত থং-খিগে। হুত্রিকমক চংতুব অমুক্ত কৌবিক্লবা ?

ক্বা— কৌক্লগে উশিংমন্দে। কলেজ্জা লৈয়ু ইচনসিদি, মীন লাকচব য়াক্লম্নু। ঐ ঙহাক্ত কৌক্লখিগে।

সা— তাদন হল্লকপদ লক্ল সাবোন মনম মুংশিবহু অমত্ত মাও-বিরকউ।

ক্ব'— লৈরক্লনি ইচনসিদি। (চংখি) টেলকম পাউজরম্নু মাওরকে।

সা— অঙাংসি অনাথা আশ্রমদ পীক্লয়গ, ইশম থোক লৈশারগ লোইয়ে, মপা কনান ঐঙোন্দ কৈদৌজরগবনো ?

(অঙাং পুহুম চংখি)

---

# ৫ শুবা উৎপা

রম্ভাগী য়ুমদ বিধি অমসুং নোংথাং চাক থোংছুব চারি। নোংথাংন করম্ম রম্ভা লৌরুব, হমুবী রম্ভান পাথং মাবু কয়া য়াম্ম পাম্ব অসিনচিংব য়াবী কয়া শায়ী। বিধিন সাবিত্রীগী য়াদ হঙদোবগী লাক্লরি।

বিধি— মমুম অমুক পাম্লুবব মুপী লৌবসিবু ভায়া কয়া থীব য়ীন ভাংনথিগদগে?

নোং— মংন লৌদোরিব মুপীচু মীগী ওইন লৌদোরিবা মংগী ওইন লৌদোরিব্রা?

বি— করি য়ানোনে ভায়া মুপীবু মীগীদমক থিব হৌরব্রাও?

নোং— অছদি মীগী মরা ভাক্লচু নশান পাম্মগ লোইরে। ইশৈ ভৌবী রম্ভা হায়রিবিসি লৌরমদাইদ ইমান চৈথ্রিবা লৈকাইন ভাংখ্রিব করিনো ঐবু মী নত্তবদৌন মথোয়ন মরক অম— হরে হরে! হুজিক মস্তান ঐডোম্দ নোংম নোংমগী পীজরিব ভাক্রে!, থাবক, পোরোম শরেং— ঐথোয় ইমান লৈকাই মীন— মহাও থংপোং নত্তে ভায়া। করিনো বাসক, মনোহর সাই, খুবাকইশৈ, মুপীপালা, ঐথোয় মুপীন থোকপ শেঙসি থোকখ্রপোংনি। লুপা ৩০০ পেন্সিন চাব মী ঐগুম মণিপুর অসিদ কয়া গুরি ভায়া? মীন ভাংব য়া লৌরম্মবদি ঐ খুবাক মথি য়েংচুন পাঞ্জি থুংপায় ফাক্লুন ওইদবদ ভাংচুন কয়া য়ান মতম লেল্লমগবনো।

বি— হুজিক্কি নিংথৌমচাদোন মুঙাইরেনে ?

নোং— না না নিংথৌ মচান শোকপোং নত্তে। মরম লৈবী হমুং- বীন পাখং পাম্বদি, নংদি ভাব তাখিরোই ক্লাস অম শোখং- হৌরে।

বি - ঐগীদি ভাম্না মুপীহু মহৈস্নু হৈতেদো ?

নোং— ননেম্বোক ইশৈ হৈরমহুন ইনাক পুল্লিবহু নঙ্গি নরল ওইং- দোরিব নত্রাও ?

বি— মচা অমস্নু পোক্লেদো সাবিত্রীসিবু। মৌ লৌবসি থংদেনে।

নোং— নরাইবক ফব নত্রাও অউনপোং ওইন নচা অম য়াও- রকপ ? মচা পোকহুন মী কয়া য়ানরি, মচা ফংজগে হায়হুন সনাবু শামু মকোকমুক চাওন কাংক্রম তারগ লাইদ কংনরিব মত্রাও ?

বি — নথোয় মুপীহু লাকত্রে করম তৌখ্রিব জাংনো। থজ্রক পুহন চেনখ্রব জাংলা ?

নোং— চেল্লোই লাকনি, চিংনমু। মীন চিংখিব ভয় পীদা নত্তে, হৌদোংন উচি ফারকপগুম মান ফারক্কদবনি।

বি— মথোয়নী লাক্লগ করম করম তৌব ?

নোং— ঐন থোকপ তৌগে নংন ঐগী ইভেংদ থর পাংলগ লোইয়ে। ঐগী ইঙ্গিংত নং কিং কিং নেংতুন নথোং তান চান থাংবদ শোইমু।

থজ্রক অমস্নুং রম্ভা য়ুমগী হিঙ্গোল লানশিন্নকই।

থ— লমদা অসিন মুংশিন্নিব, হিঙ্গোল অসিন ফজরিবঃ— সত্য,

ঐবু নহান মপোক্ত স্নুরাইদ হৌরিব উ-রা, চীং ভূবেন পাংসি উগ্রবগুব তৌইদা।

রুস্তা— ঐস্নু থংদে তামোবু হেক উবদ নহান মপোক মায় থংন চায়খিব ইবুং ইকপ্‌াদৌন হৈ মচেং অমত্ত ওইরবস্নু পীগনিংই, নৈ মচা অমত্ত ওইরবস্নু তামোগী কোটকি স্নুরিংথাওদ থেংচনিংই ইপা ইপু নোরোক্তানি।

থ— তাইখো মেমা, নথোয় ইমুং নত্রাসিবো ?

র— মানি কৈদৌরবগে ?

থ— কনা কনানো নিপা ২/৩ ইমুংদ রা তাংব তায়না। (কিব)

র— করিমত কিবিরুস্নু ঐথোয় নশেন্সিং ইহে, ইকপ্‌াশিং য়ুম শংইব ওইরিনি, ঐথোয় লাক্লবদি মরাই চংচখিনি। নিপা মচা নথোয় কনা কনা লৈবগে ?

(রস্তা লাক্লে তাবদ বিধি অমস্নুং নোংখাংন মশক লোংদি কোয়েং য়েংতুন টুপী উপ্‌তুব মকোয় হাপ্‌তুন আনোক উপ্‌তুন)

নোং— ভহাক্ত তাইখো ইচে ঐথোয় লৈ।

র— নিপাস্মচা নথোয় চাথুমদ য়েন মতু, খুয় মতু, তায় মরুমগী মকুকা তাজহল্লমগস্নু ঐদি সত্য য়ারোইদবনি হায়।

বি— চাথুমদ নত্তে, ফুকনাক্তনি য়ারী ভহাক্তং শাহুন লৈখো।

র— চাথুমমাংদ লিক্লিদগী হিদাক্কা হৈদোকঅমগস্নুকো অতাংশা। য়ামহৌত্রবনি, নবাই ইবুঙোগী থর থাকউ হায়।

নোং— কনাগী ইবাইনো ? আসামদ চেক শাঙ্খৌবহুনবু হুইস্কি উম্মক্কদি হুই ওস্নোইত্রাও ? দিমাপুর নস্নীদ স্নুম লাকপদ সেকমাইদগী লিক্লি ১/২ দং পাইরকউ হায়খো।

থ— করি হিদাক্লোবে মেনা নখোয়ন অচুক লুন তাংন্নবিবছবো ?
র— যোক্কার ফবব হিদাক্কি তামো। থোং হাংদোকউ অস্তাংসা, নবাইচু ওসি হয়েং থোরক্লনি হায়চুন চিঠি পীরকপনি, কোন-থোংদ ওহাক্ত সন্ত্রী তৌরোলাও ?

(অনৌচু থোরকই)

নোং— করি সন্ত্রীনো ইচে ওসি তৌদোরিবো ?
র— ওসি থোরকপ য়াই, হেক লাকপদ চুইশেল থোংলকউকো।
বি— করিগী চুইশেলনো ?
র— নবাই লাক্লে তাবগ মৈমুং ওকনি লংকৈদপী লোইবরকপ লাই-তৌল তাম্বোকওইব্রাও ?
নোং— লংকৈপী লাই-তৌলদি ঐথোর উবদ মন্নাইন চুঙ্খিনি, ইরমগী লাই-তৌলসিনি থো তৌবদ পাক চুকু য়াব্রিবসে।
র— ইবমগী থো তৌগে, লংকৈপী নখোয় থর শোনকচো।
নোং— ইতাও, ইথৌদ চৎসি লাকও।
বি— করি ভায়া।
নোং—অসাই থাখিব শেলচু হন্দোক্লদোরিব জাংলা ফাগিন্না ইচে।
র— কনান হন্দোকউপবনোদা। চৎলো চৎলো নখোয়ন অপাম্ব পোং থাকপিনি। (বিথি, নোংথাং মপান্দ চৎখি)
লেংশিল্লকউ তামো, ওম্বোক্ল হঙ্গোইবিরেদা। চৌকি-দন গুণ্ডাইব্রা খুদাদ পোত্থাবিগেরা য়ুম্মক্লি হায়ন থম্বীয়ো।
থ— চুজিকি পাথং মচা অনৌচু কনা কনানো ? করি করি থোক্লৈ ইবেঅগা ?

রম্ভা— অমন ঐখোয়গী খুড়াতোম্ন পোকপ ইকপ্‌ানি, অমত্থন ইবুংন পোকপ ইয়ানি।

থ— মখোয়নীবু ভায়া কৌনবগুম তৌখিদ।।

র— হঙ্গোইদত্থন ফাগি তৌনরিননি। মখোয়নী মপা মচা থোকই। করিগীনো অত্থক কুপ্ন থিগৎপিরিবো?

থ— মখোয়নীসি উরগ থাইনগী রা অম নিংশিংভক্তুন তৌবনি।

(কমুংদ হিপই, মন পীত্থন থাংই)

র— নিংশিংলকইবু করি রা ওইরবনো?

থ— থাইন ভাওরিভৈ রানি তমখোকপ ইকাই।

র— হৈমা অত্থবু করিগী ইকাইরুদগে।

থ— ঐন হুজিক লৌরিব মুপীসি লখীদগী মুম্বনি।

র— কনাদগী করম্বা?

থ— পাথং মচা অনীন চেল্লকপনে, সিফাই শাত্থন মুল্লকপ।

র— মুপীত্থন হরাও হরাও য়ারিবা?

থ— আজকালগী মুপীগী হৌনশা ওইরমানে, য়ুম ভাম্ন পুরকপ থোইম রাদে।

র— মুপীদ নত্তে, নিপাম্নু আজকালসিদি য়ুম ভাম্ন পুরকপ ওস্থোক্র রাখিত্রে।

থ— থর নৈরবদি লুহোংবসি শেল তিংনবনি, থবক শিংনবনি হায়ত্থন তোক্নরক্ল্নি।

র— চাওখৎপ হায়ত্থবু অত্থনিনে ভাযো। অহল লমম্ন রাচনব আজকালগী পাথং নৈশাবী মমা মপা মুংশিবশিংদি মরম্নাই রা লোইশিম্নবন অম্নাম্বনি।

থত্রক— অছদি থায়নবস্থ য়া য়ামখ্রে, মকু মনেমগী মমাংদ ইশিং শোকউগে থোকখ্রগ টোটি মখোংদ থেংনব অপায় নিপা অমগী মতুং ইন্দুন চৎলগ ইশিংহুন চাক হেক থোংবিরুব। নিপাহুন ময়ুমদ হল্লকপদ মো অনৌবীহু লৈরমদব, মী অমগী ময়ুমদ চাক থোংখ্রিনি থংলহন থৈদেন্দ কারগ মো নহা অমগী ভা-চাক লৈবিরগ থোংহন্দুন চারগ লৈথোকউবা। থংনদব শাওনদব— মাগী মাগী থুসী মহুনি চাওথৎপ হায়বু।

র— নহারোল পুন্নমক মতো অহুম্ন অমগ অমগ মুংশিনরবদদ লৈবাক চাওথৎপ হায়বহু ওইগদবনি।

থ— লৈবাক চাওথৎনব হায়হুন চাবোকপী অনাবীহু মরূপপু শংহল্লম্মগ ইশৈ নোংমাই তৌবা মশা ফবা ইবেম্মগী তুং ইগ্নরকইবসিনে।

র— শেল ওইন খর থাবদি হৌনৈ, পোংচৈ অহুক য়ায় থাবৈ চৈগপ ফাওব থাদোকইবহুবু ভাওবু ভাওরব্রাও? পোকপ-দগী অহুগুম্ব শেম্বা পোথাদি অমুক্তবু থেংনজরক্তি।

থ— ভাওজরিব হায়হুনি।

র— অহুম্ন তৌরগ য়ুম পায় ভমগত্রাও?

থ— য়ুম অনৌব হোংভমদাইগী পোং থৈদোকইবনে।

র— পুকচেল চপ মুংবিরত্রাও?

থ— থাবৈ চৈগপ, চফু উয়ান য়াওন থৈজরকইবহুদ য়াথল তৌ-বিয়ু, চিন্ন ভাংব য়াদি য়া ওইন লৌবিরুনো ভাইবং মীগীদি। তৌথোরকপ থবক্তগী বিচার তৌবিয়ো। ঐন ভাওজরিবসি করিমত——নত্তে – ?

র— অতুম্নীবুদি ঐদি অসাই বাসক শরু শরু থ্বাঙ্গরমন থৈদেনবী ভায়োনফমদ চৎতুন ভানপ অতেকপ ক্রিং ক্রিং চোংব মাত্তু লৈগে থিরুরবনে।

থ— ঐথোয় তাদ অম আসামদ চেক শাব চৎথি হায়তুবু চেক লিশীং ৩০/৪০ দং পার্শেপ তৌরকউ হায়ব য়ারোইদ্রাও ?

র— করিগী ওইরবনো ?

থ— বাঙ্গপা হৌপাংপি হায়তুন তৌবনি, জিভ্ঘদি শেলগী বাদনি মনিংথোং থৈবেন্দ অপাম্ব মশীং ফঙ্গনিয়ে।

র— য়ুম শাদো শরুক কার থেঙ্গু মাঙ্গৌতু অমত্ত লৈবিরকউবা ? সত্য ঐদি মীন ভাওই হায়রদ্রা মতু পামম্বদ্রে। কার ভোংব অমত্তংন ইশৈ কৌররবদি হায়তুন ভাইরিবজ্ঞাংনি।

থ— ঐন হন্দক দিল্লী চৎপদ মাঙ্গদি ভম্মোই নংগী অম ঐগী অম অনীথক্তি লৈরকনি।

র— ভম্মোই কৈস্থ কার অমদ পূম্ন তোংমিম্ননি।

থ— কোকসি থর থর চিকইদা ভসিদি।

র— ভহাক্তং চেপ্লিয়ু ঐ নমজগে মরাইন ফজনি।

(হিপ্পগ রস্তান নমই)

(লৈকাইগী চৌকিদার পুতুন নোংথাং অমম্বং বিধিন উতুপ অমমম পায়তুন লাকই)

নোং— চেষ য়াদে থবরদার নথরাই মাথজনি।

বি— (উতুপ থাঙ্গৎতুন) হেন্দস অপ।

থ— (মথুং থাদংলগ) মও ওইরবদি হুভাইনিদ সত্য।

র— কৃষ্ণ কৃষ্ণ। চোপ্লেদন তৌরিবসিদে, ওন্থোকপ কার অমদ ভোংউইদ ঐদে।

থ— ঐবু জ্ঞান যাংলে, মগুনি নৌপা। ভাক্তনি যমুক্ত হায়রকউবা সনাতোম্বী।

র— নয়াইবক ইয়াইবক্ক সুম থোকউ তম্মবনমি পাম্মুব। মঙ নত্তে ভাইবংনি।

নোং— করিগী লাইবক্কো শীহাংপী। নশান য়াব মুপা অসি পুশিল্লম্মিত্রা, লমহেন্ন হূয়াব অসিন ঐহাকী য়ুম নম্বেক্তুন চঙ্লকপ্র ?

র— ঐদি ইশান য়াঙব নাত্ত, নিপাসিন থোং নম্বেক্তুন চঙ্লকপনি। ঐথোয় নিপান থংখ্রবদি য়া থোকনি হায়জবিগ্নেথনি।

চৌকি— নুপী নহা শেংউ। হায়গী নিপাগ অনৌর্বসিপ কনান লুই ?

র— ইশব লৈশারিভৈদগী লৈরকপ নিপাগ থাংমু থক্কী অনৌবগ মান্নব য়াত্রাও ?

চৌ— শেংন হাইয়ু কনান হেন্ন মুংশি ?

র— করিনোনে থুড়া অনৌবন হেনকম থোক্ত্রাও ?

নোং— ভায়া তথেঙ্গথাং পুরকউ।

বি— ভাইখো ফিঙ্গংথিনু ভায়া। ঐ জবান অমুক্ত লৌথিগে। মুপী নং অহল লম্মন্ন হায়ন-শিংনহন লুহোংহুন লৌব নিপাসি থাইনব তম্মত্রাও ?

র— থাইনব ঙম্মোই।

বি— (নোংথাং কৌথোক্লগ) ভায়াবু থাইনব ঙম্মোই হায়রি, তথেঙ থাংমক পায়রবদি করি হায়রগে ?

নোং— হোয়, তথেম্বাংমক্তি থৱ হাকমল্লি, মহাক ঐবু ইমুং মুংশি-
দবমক্তি নত্তেনে হা ?

বি— দশান ওইরিনি, নংবু থাইনব ওম্পোং নত্তে। নিপাসিগী
মরা তারুসি।

চৌ— ইবুঙো বাবুদি করম্ব মীগী মপু নৈব য়ুমসিদ মপু তাক্কন
লেংশিল্লকই ?

থ— খুড়া চৌকিদার ঐ মীচম নত্তে, ইকম নাইব মীনদি থংনদব
সি আইদিনি। মুপীসিন ঐবু ফাত্থন পুরকপনি।

নোং— মুপীন ফাত্থন পুরকপ য়াব সি আইদিসি নৈবাক্তি করি
কায়দগে রাকোয় মকোকসি থোম্মগেনা ভায়া ?

বি— শান্তি, অহিংসা। তপথবিথো ভায়া, খুড়া চৌকিদারন বিচার
তৌবিসম্লু।

চৌ— মুপীসিন নংবু ফাত্থন ফুহন পুন্দুন পুরকপ্রা বাবু ?

নোং— বাবু হায়রু খুড়া, থৱাই চাকই থবক তৌদব ঐখোয়দি
——হুরাম্ববু হুরাম্ব কৌব ক্ষৈ।

বি— বাবু বুদি থগ্রক, বুহু হায়বন মভিক চায়।

চৌ— ওর্ডার প্লীজ, ঐবু বিচার তৌহনগে হায়রবদি অমুক্ত ঐঙোন্দ
ওৎপিথিন্নু। সি আইদি, বাবু, হুরাম্ব, বুহু— থগ্রক—
নিপা নংবু মুপীমচাসিন করম্ব কারকই!

থ— মথনাওন ইশৈ শক্তুন শুমহৎলগ মমিৎন তেন কাপতুন
ফাবনি— ননাই ঐবু ইবেম্মসিন।

চৌ— ঠিক হায়, তৌরমগনি থাজে অকাওবীনি। মুপী নং হুজিক
কনাদ লেপ্তোরি নচিন চুম্মু।

র— অমসু চে'প্তুনব অমগীসু মাংদনব খুড়া! চৌকিদার কৈনৌ রা-
য়েন তৌবিয়ু।

চৌ— কৈনৌ রায়েন য়াদে, নংন অপাম্ব অম থম্ব ভায়। করি
হায়বগে নিপা অনী?

নোং— মাব অপাম্ব থম্ব ঐদি বেরা তৌরোই।

থ— ঐসু ইবেম্মন অপাম্ব থম্বীবদ বেরা তৌজরোই।

র— অমগীসু অমগীসু কায়দনব খুড়া চৌকিদারন অনীমক য়াহম্বীয়ু,
ঐগী মোত্তি অনীমক মুংশিঞ্জ, থোইদোকপ আইন্দ অকায়ব
লৈত্রবদি অনী লোপ্পরগে?

চৌ— মুপীমচান হায়রিবসি অনীমক মুংশিঞ্জ অমত্ত থায়নবিংদে
—অনী লোনগে অসি নত্রাও?

র— মানি হোয়। (মুপা অতৈ ভক্কুন লৈ)

চৌ— কজৈ শকহেন্বী, লৈবাক্কি মুপী হায়তুন অতুনিদনা। অম
থল্লে অমন শাওখিনি, অনীমক য়াননব— কায়নদনব কজখুব
রাখুম্মি। মীগী মচাবু হাংপ হৌনত্রাও? ঐ য়াই, অনী
লোল্লু ইচাসিদি নত্তিক্লি।

র— নত্তে, খুড়া আইন্দ য়াত্রা হায়বনি।

চৌ— আইন্ন য়াদবদি সরকারগী থবক তৌব বাবুন মুপী অনী
লোম্ব য়াদে হায়বনি, মুপীন অনী লোম্ব য়াদে হায়ব আইন্দি
লৈতে ইবেম্মা। ভাইথো, নংন ইশৈ শকপ, অসোই শাব-
সিবু সরকারগী তনব কংত্রা?

র— ঐগীসিদি সরকারগী থবক নত্তে খুড়া।

চৌ— অতুদি বেরা লৈতে ইচাসিদি, ইশৈ তৌবীগী মতুংদ মুপা

৮/১০ ইথদি থাইমদগীনি, থাবান ইশৈ তৌবীগী মাইল ১/২ গী অকোয়বদ থারা ১৪৪ চালাইথিব অমুক্ত তাথিত্রি, মীলা হোলদ অমুক্তংদি চালাইখ্রে হায়বৈ। নিপা অনী নথোয়গী জবান পীয়ু, য়ারেনেকো? নথোয়নীমক রস্তান লৌবসে? অমন ফৌ শূরগ অমন চাক থোংউ— ধর্ম্ম কায়নম্মু, আইন কায়নম্মু।

খম্রক— খুড়া ঐদি অতোম্ব ওইব ঙম্মোই, খম্বন য়াম্ম চাওই।

নোং— ঐদি অহল ওইনিংলে হরাওরে হায়! নংবু কনান ঐগী মুপীগী মতুং ইল্লকউ হায়বগে।

খ— দশাননি ভায়া শাওম্মু।

নোং— নঙ্গি নঙক কেন্দোরিবম্মু দশাননে শাওম্মু।

চৌ— খবরদার, খংনব য়াদে।

খ— খুড়া, মসিগী মুপা মবুকচেল পিকপসিগ লোম্মদৌ শরুক, মুপীগী মমল হল্লগ ইথন্দগী ওইজহৌরগে।

নোং— মুপীসিগী মমল নং খংলব্রা? মাগী মমলদি নঙ্গি নকোক্তু নঙক কক্লগ পীব তায়, নখুংন কক্তুন পীজগে হায়ব্রা? থাং অমত্ত পীথো ভায়া বিধি।

খ— করি য়ানো তৌহৈদেনে তাদ হায়রিবদো।

নোং— ঐভোন্দ তাদ কৌইনহায়? মরম চাদন তাদ কৌবগী মৈব তারে।

খ— ইবেম্মসিবু হাম্ম লৌরম্মদি তাদনিদনা, তাদন হেদ মাষ্টর ওইবিরবদি ননাওন সেকেন্দ মাষ্টরদ তারে হায়জবনি। মতম ফজ্রবসিদ হাংপা তুপ্ল পম্মহুসি, ইচিম্নাও মিচুং ওইহুন চাম্মন লৈমিম্মম্বিদা করি হায়গে মেমা?

নোং— ঐগী মুপীদু মমিং মেমা থৌদে, রম্ভা কৌই। নংন মমিং হোংদোকুন মেমা কৌজরগে হায়রবদি নখুৎন নডক্তু করুগ নকোক্তু ঐডোন্দ পীয়ু।

থ— তাদন ভহাক নৈতন ঐগী কোক পীয়ু হায়রিবসিবু কনাগী মুখা থানবনো?

নোং— ঐবু চাওখত্তব মী মকোক থিবজাৎকা প্রমান তৌবগী অধিকার নডোন্দ কনান পী?

থ— নত্রগ কনাগুম মীন ঐখোয় তাদদ ঐগী কোকসিবু ভাসেপ ভাক্তোন মকোক রৌ মাথাগুম ওইনমই হায়জিল্লগ য়াও-রব্রাও?

নোং— বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপ ঐডোন্দ নংন রৌ মাথা হায়বদি উংশিত্রব রানি। খুড়া! হুরাম্বসি মখুৎ পুন্দুন থানা তান্ন পুবিয়ু বিচার অচুম্ব পামই। ইতাও, মচৎ নাইদব মুপীসিবু মখুৎ তুংবুমন পুল্লগ হুরান পোৎ ওইন নিপাসিগী মতুংদ চিংবিয়ু। ঐন লম্বীদ মখোয়গী মরমচৎ ফজবদু ইশৈ ওইন মাইক পাল্লগ শক্রুন চৎকনি। চৎলু চৎসি। নিপা ঐগী ইতিক থংহনগে। (কোর্ট তান্ন পুত্রে পুন্দুন, থাংজৌ পায়দুন নোংথাংন ইন্নৈ)

র—(লোম্র) ঐবু মীন নোক্লরোইত্রাও?

নোং— তুমিন্ন নৈয়ু কান্নরগ লোইরে, চাওর চাওরব বাবু ফাওব ইকাইব থংদে, কান্নবদি থরই।

## ৬ শুবা উৎপা

সাবিত্রীন মচা পমহুন শুমই, কপ্প থেম্মি।

সাবিত্রী— নপা লাক্রনি তোক্লো ইবুঙো হুম হুম। ইচাগীদি বিস্কুইট লৈরক্কনি, একাগাড়ী মচা লৈরককনি। চউন্ন হেক লোইবগ মিশন স্কুলদ সাহেবশিংবু লাইরিক তমহনগনি। নপান চিঠি পীরকপদ ইচা কয়া চাওরে? জীপ থোব ভম্মত্রা কার ওইন লৈরকউরা হংলকই। বিলাত্ত, আমেরিকাদ লাইরিক তম্ন চংহনগনি। হুম হুম, ইবুঙোবু কনান ?

ধর্ম্মসিং— (স্যুট শেংতুন আফিস্টগী হল্লকই) মুপীমচা নংবু অঙাং তম্মিত্রা? রা হংগে তাও?

সা— করি ওইরবনো? (মকোক খুমই)

ধ— অঙাংহুগী মপান হল্লকত্রিব মুমিংসি কয়ানি শুরে?

সা— ষষ্টী পূজা মুমিত্তগী ইশৈ শকপী মতুং ইন্দুন চংখিবনি গুসি ২০ নিমুক শুররিনি।

ধ— মাঙ্গী মরমদ করি করি পাওদি তারি।

সা— চিঠি পীরকপদদি কলিকাটাদ থবক অম তৌরে, তলব ২০০ চায়, অঙাংগী শাম্নপোং থারক্কনি— মরম ওক্ক লৈরম্মু হায়-রকই। ঐদি ইপামদ চংলসিরা থগ্লক্করবনি, ইচেম মরোল অম জবেং জবেং ঙাংবদ থাংব য়াবনে।

ধ— শাওকম্মু নচে চিনগয়ীপ মায়কম্নু। নঙ্গি শেল থুম চান থক্কব অল্লাংপ মথৈ ঐন পীনি। নচেগ থংনম্মু লৈবাক মমাংদ

ঠকাই। ইচিমাওদি য়াম্ন সুংশিনৈ,— নখোয়না লেখীনহুনঁ ইন্নানীবু কায়নহন্নগনু।

সা— ঐদি খংনব হৌজদে, য়ারিবমখৈ থুমজদে। তোভাম চারিং- সিস্থ ইচেন চাও হায়হুন চাজবনি।

ধ— তোভাম চাহৎদি নখোয়নীবু নৈত লাইর খংনব, য়ুম্বানর় হৈনব ট্রেনিং পীবনি। ষষ্ঠী পূজাদ কুপ্পৈ কৌবদগী হল্লা তৌব- দগী হুজিক নখোয়নী করি শারে? শেলস্থ তপতাব মখৈ মাংখ্রে। মান নঙোন্দ কলিকাটাদ লৈ, তলব ২০০ চারেক্লা হায়রিবহু মচিন পীরিবনি। মহাক হৌজিক থানাদ লৈ। মীগী মুপা লৈব মুপী কোয়রুবগী কেশ অরুব অম মখক্ত থাঙ্গৎলকই।

সা— মহুদ মপুন্সি চুপ্প ফাদোক তাখ্রবদি কল্লক পেনগনিদ।

ধ— তৌহৈদে মুপীমচা, ফন ওক্ত্রবনু মুপীন মপুরোইব্বু অহক থীন হায়ব হৌনদে। হিন্দু ধর্মদদি নিপাসি মুপীগী ইষ্টদেবনি। নিপান মনিং তম্নব ওইহনগদব লাই নত্তে, মুপীগী মনিং থুংনব, মপুন্সি লেৰ মুভাইনব মুপাবু লুন লাংনবনি। মুপীন লুন লাংলিব নিপান কৈদৌৱৈদ মাগী পূজারীবু য়ুম্বুবু থীব তৌরোই। লম হেনব শাগুম মুপা য়াওরক্লবদি সমাজন আইন্ন মতিক চাব দণ্ড পীজরক্লনি। মুপী নংগী নখোয়দি মুপাবু লাইগুম নিংহুন লৈবু। নখুংন, নপুক্লিংন অমসুং নচিন্ন নপুরোইব্বু দাও পীগনু।

সা— ঐদি সিদ লৈরয়োই, ইপামদ চংচরনি।

ধ— করিগীনো ? নচাহু চাওনব য়োক্লুন লৈথিব কত্রা ? নিপাহুগী কেশ ঐন ভৌগনি চহি ২/৩ মঙাই মান ফাদোক ভারবদ।

সা— ইপামদ চৎলগ অঙাং য়োকচক্লগে মহাক্ল কেলদগী থোরকপ ভাইহুন লৈব ভম্মরোই। কৈরোই লৈকাই ইমায়বগী মমাংদ ইকাইজৈ।

ধ— সিদ লৈরবদি শেৎপ চাব অমত্ত ভিংলোই, নচা মুপাহুগী হয়েং চাওয়গ মহৈ মশাং ভম্মদ চংগদব পূয়মক ইচা লৈভবনিন ঐন লোইন শেমগনি।

সা— ইচেন ঐবু কয়া চাম্বাদে ঐ য়ুমসিদ লৈজররোই।

ধ— মরম চাদন থম্বন চাওবী ননম্মন হায়ব য়া লৌরুমু'। ঐ অশেংবমক ইনাও ওক্লববু মুংশি, মাগী মুপী নংবু য়াহয়িংদে, নংহ'য়িংদে। অহুগ ঐন নভোন্দ কোংন শেল য়াম য়াম পীরবমু নচেন অরেম্বদ মথরাই নানি। নক্লরবদি নংগী লৈভ লাইর লোইন উনি, লাপ্পরবদি কাওনরকনি, নংমু অভোপ্প য়ুম্নাক্তি য়াইকনব য়াথল ভৌথিব য়াই।

মহুরা— (লোয় য়ারী ভহাক ভারম্বদগী) মাগী পাবুংহনগ মনাও ইবেম্মগ ভসি চীকথনবিরম্মিবসিবু করি য়ারী ওইবিরবনো ?

ধ— নবুক কত্তব য়াথল ভৌগমু মুপী, চুম্ন ননাও থত্রক্লুন কোইক্ল-বদগী য়া থোক্লয়ে হায়হুন পাও ভম্নিবনি।

ম— পাও অহু ঐভোন্দ হায় ভম্বিরগ ঐন মনাও ইবেম্মদ ভম্নবদি কজ-লোনচংকি লম্বী, আফিসকী লোন্দম প্রপর চেনেল হায়বহু ওইরমগদব। হুরাবগী ১০ নি মপুগী লোংম হায়ব পাওয়োহু চুমইদ্রা সত্য।

সা— ইচেন ঐবু লাইবক থর থীরে হায়রুব উশিং উশিংতম ঙাংবসি ঐ পুক্লিং থর মুংশি। ঐ ইপামদ চংচরনি, মুঙাইন ইংন পাঙ্খীহৌরো।

ম— গ্রহোন থাবিরগে হায়ত্রা ইবেম্মা ?

ধ— মন্থরা! নবুক ফত্তবী! মরাদ লৈতব মীবু তাম্মোকপগী মতুং মংত্রুম তাম্মোকউ হায়ত্রাও ?

ম— চিনগম্বী ঐ তাম্মোকপিরগ মরাদ লৈতবী ননাও ইবেম্মবু চাক ঈশিং থোংনবিহৌরগে হায়ত্রাও? অতুন ধর্ম্ম থোকই হায়রগ চহি ১৬ তগী পাল্লকইব য়ুম অসি থাদোক্তুন ইপামদ কপ কপতুন হঞ্জরগে ?

ধ— মন্থয়া নং ননম তংনব য়ৈয়ু হায়ত্রা ?

ম— ঐবু য়ৈবিবদ ঐন কপকনি, ইচিন কম্বনিন লাওগনি, শাও-রম্বনিন হায়নিং হায়নিংব রা ভেংথাবদ য়াওরকনি, কনাগী মনাও ইবেম্মা, ইবুঙো, মাগী পাবুং— লৈকাই মমাংদ কৌব তাগনিদো। মন্থ কিবিত্রবদি য়ৈবিয়ু, কল্লক পেন্ন লাপন ভেংথাহুন অমুক্ত কপচগে।

ধ— চিম্বিবীসিগ ঙাংনগদব মী লৈতে, মাবু হেক য়ৈক্রবদ লৈকাই পুম্নমক তানব লাওগদব ওইদবময়ামসি সত্য, তুক্কচৈদকো চিম্বিবী। নংবু ইবেম্মা রাজনীতি য়াওহুন মিটিংদ কোইরাও লাওব চংখ্রো— নংগী শেংন চানব তলব থাগী কয়া কয়ানো ঐ হুল্লক্রগেবা ?

ম— ননাও ইবুঙোন হুজিক য়ুমদ হঞ্জিল্লকত্রি ঙৈসিদ ঐবু পরপ পরপ রাজনীতিদ ঙাওহুন চংহনবিনিংলত্রাও ?

সা— ঐ ওসি শুমিং কৌবিনেৱ ইপামগী চংচরনি। পোংচৈ সন্না লুপা লোয় পুখ্রে হায়বিদনস চেক তৌবিহৌরো।

ম— মনাও ইবেম্মন ইপামদ পরপ পরপ লেংবিলিংলিবসি ঐহাক্ক রাজনীতি য়াওদবগী ওইমত্ত্রা ?

সা— ইচেগী প্রমান পাইগ্রেগাদ্ধু ঐ হৈজদে, যেত্রিক পাপ তৌর-রবিনি— থবক তৌদুনা জনব চাজখ্রগে— য়ুম পায় কায়রে— মীওোল উত্তাংবী ওইত্রবসু ননাওদি হিংব শুমকানি।

ম— ইপামলোমদ কোথোকপিমৌশকক ঐ রাজনীতি য়াওজখ্রগে, ইনাওদি অমম অয়ুমগী বৃজারী ওইবিহৌও।

(ধর্ম্মসিং ফুই মফুরাদ)

ম— লৈকাই লৈকাইশা অভোম্বী লোগে য়াদবদগী সরকার কর্ম্ম-চারীন মুপী অহন ফুরে। অয়ো ইমা হাৎলে, হাৎলে।
(থিৎজ ফুবদ)

(ধর্ম্মসিং, সাবিত্রী চঙকুহুন লৈ)

অভোম্বী হায়হুবু অতৈ ওইরবদি কৈ— অরাপ্পদগী নত্তেরে লৈবাক মচাশা।

সা— ঐদ ইপাম্মদ য়োৎজখ্রগে, কৃষ্ণ কৃষ্ণ ঐথোয় ইচেসিদি।
(চেনখ্রে)

(ধর্ম্মসিংন ফুই অমুক)

ম— থরাইদদি কম্বীয় লৈকাইশা— অয়ো ইমা অয়ো ইমা।
অভোম্বী চেনখ্রিবসি কোঞ্জরগে ঐগী থরাইদদি কম্বীয়ো।

ধ— করম্ম শরোই ভারোইন ওল্লকপ মুপীনোমে সিরো। (ফুই)

ম— ফুবিরনো অভোম্বী কোঞ্জরগে।

ধ— মাগী মনাক্ত লৈবসি কিরক্লনে সিবো। ঐবু লৈকাইগী মীয়াম লাক্লগ কয়য় খুমদগে। ঐ হেক চেনখ্রগ লোইরে। (চেল্লি লাপ্ল)

ম— ওঃ জজ সাহেবন অতোপ্পী মতুং ইয়হুন চেনখ্রে।

ধ— (চেক্লগী হল্লকই) ঐবু লৈসি কদায় চেপ্লি কদায়!

(মকোক হোংলি)

ওঃ হিংচাবী নং ঐবু থোরা য়াম্মুন শিয়োরাও?

ম— শিবিষ য়াদে, ঐ লুখ্রা ওইহৌনি।

ধ— খুরুমজরগে লৈকাই তাকপিরবো।

(খুরুমই মঙক্ত মফি য়েহতুন)

ম— মতুং মনাও অতোপ্পীগী তাব লৈখিত্রাও?

ধ— হায়বু লৈজদে, মতুংদবু লৈজযোই।

ম— অত্তুদি (কেন) লুক হাদোক্লগ কোর্ট লেংথংলো, মতম থেংখ্রনিয়ে।

ধ— চাকপু লোইরত্রাও?

ম— মথেল লুক্কোই তাহুন তরাগী চাকপু লোইজরে ননাওন অসাইনা। মথুং শায়হুন থাবল চোংবীগী ইশৈদ পুথি।

ম— হরি হরি বোলা!

ধ— হে হরি! ......................(তয় তয় ইশৈ খুমহুন কপ্লি কপ্লি চংথি।

---

# ৭ শুবা উৎপা

লম্বীদ—

চৌকিদার, দারোগাগা থঙ্গকপু মখুৎ পুন্দুন পুরকই, কাকমচান মতুং ইল্লকই— রস্ত, বিধি অমসুং নোংথাংন কন্দুন কোর্ট মকদ্দমাগী কারকই।

কাকমচা— ভায়া, উকীল অকব মমন্দি থর হোংব অম লেকসি হায়ব্রা ভায়া ?

থঙ্গক— উকীলদ শেল পীদুন মকদ্দমা লেপহন্দো শরুক শেলদুন য়েঙ্গাং অহাওব নৈদুন চায়গ কাদোক তাজগে। মীন ঐগী ম্না ভাংবিব পেন্দে, ইশান হেক্ত ইশা কপ্পনব হোংমবি ভায়া।

কা— কাংলোন থংগ্রেবদি আজকালগী মকদ্দমাসি য়ায় লুরে ভায়া।

থ— অজ নত্রগ কেরানী কোর্ট ফম্বিব তলব চারিবশিংদুম থংদব ম্রাদি তাকপিকম থোকই।

বি— মহুম্নু অতামন তিংই হায়নৈ ভায়া।

থ— হায়নিং হায়জসন্নু পীবিগ্রগ লোইয়ে। অরাব ম্রাদম্নু শেল চং, অচুব ম্রাদম্নু শেল চং, কনান পু-থাংব ভম্পোৎ নত্তে।

দারোগা— নথোয় ম্রাসে কোর্ট য়োরবদি হন্দোক্লগে য়ারোই, সুম্রাইদ ভেশিন্ননিংলবদি লুপা থর থোরাং তৌ।

নোংথাং— বাবু, য়ুমদ ভাংনদোবমথৈ ভাংনদুম লাক্লবনি। য়াগজে, মাগী মাগী মরালগী মভিক চাব দণ্ডি কংনজরগে।

দারো— হায়নু হায় নখোয়বু কোর্ট য়ৌরগ লুপা পাম্মুরকওই। রা থোক্লবদি শেল থর য়াম্ম তিংব মীন মথরাই খিৎ হেন্ন মুঙাইবনি।

র— নিপা নখোয়নি কোর্ট য়ৌত্রিবৈদ লৈবাক রা রা লাওত্রিবৈদ রা তেনশিন্নব পামত্রেদনা ?

থ— করম্ন রা তেন্নদোরিবনো মেমা ? লোক অমদ কৈ অনী কুপ্লবদি চীক্লরকপ মশান ভাবনি।

নোং— নং লম্বীদ প্রমান পান্থৈকা তৌম্নু থাংন নঙক্কু য়েন্দেম থরাক শোইবগুম শোইয়ু হায়ব্রাও ?

র— ঐদি হায়বিদে হায়নি কোর্ট য়ৌত্রিবৈদদি ইকাইরম্মি, য়ৌ-থ্রবদি য়াম্ম ঙক্কোরিপোৎনি।

নোং— নংন রা তেনশিন্নৌ হায়রিবু করম্ব রাকক কক্কে হায়রিবনো ?

র— ঐন হায়বদ লম হেন্দব, নখোয়নীমক ঐন ইশৈ শকপ চৎপদ ইতুং ইন্দুন কিয়োল পুব অথাব শেল থুম্ব— ঐন অনী লোম্ব য়াও, থৎননো ?

থ— অনী লোম্বগী অতোম্ব ওইব ঐদি ঙমজরোই, পাথোল পুন্নং-মক ঐঙোন্দ শিরকনি।

নোং— অহুদি ঙরাংদগী থাথা নঙ্গি সেবা ফমেন্দগী কুমথরক্কুন অহল ঐন তৌব তারেনে। ঐদি নংন চারম্ব লুথাক শেংনিংলে হায়।

র— নখোয়নী নিংথি নিংথিন হায়নব য়াত্রবদি তুংদ নিংঙমজ-হৌরোই হায়বিগে। কোর্টকি জজহুন মশা নাম্ব নহা ওইরম্নবদি ঐদি মঙোন্দ থিং থৎচিনগদোবনি হায়।

নোং— সুখাং যাসক শকপম য়েংব মিংয়েং ওকচায়ম্ব কোর্ট্র্গী তৌজরম্বু দোলাইপাকম চিংথোক্লুনা ননঙনা লৈয়ৈন চুপ চুপ থাজখিনি।

(ধর্মসিং কজ মথয়াই সুণাইডনা কোর্ট্র্গী কায়কই)

ধ— ইশো লাংবী মুপী লৌব নিপান মথয়াই মুণাইন হিংব, মখোই নিংখিন পাংথোকপ হায়বসিদি ওইহরোইদবনি; ওসি ঐন বিচার তৌরগে হায়দুন চৎলিবসি শাওনিংবনা অচুম অরান, অক ফওগী খল পুব ওমদদুন মরাইবক থীখ য়াওবিসে।

(ময়াম অজদ থুরম্মি, ওকই)

নথোয়ন কারকইবসি করি রাথোকিনো ?

দা— হুজুর, খুড়া চৌকিদার চাওবগী সার্কলদ নিপা থত্রক হায়বসি মীগী চাকলুক খুজাই থাংজিন্নম্মে হায়দুন ফারকই, ধর্ম বিচার তৌবিনি নিংৈক। (থত্রক ময়াই লুকই)

ধ— কনানো চাকলুক মপুদে ?

নোং— ননাই ঐন লৌবব মুপীনি শ্রীমতী রস্তা কৌবী অকাওরী সিদ লেপইবী অসি। (রস্তান অজদ মমিৎ থৎলি) ঐন চেথোকপ্রিউেক মথোয়নী ঐ য়ুমদ ময়ুম শাহন লৈরম্মে, ননাই ঐন চৌকিদার কৌদুন কাবনি।

ধ— চুমত্রা চৌকিদার ?

চৌ— হায়রিবসি অচুব ভাজনি।

ধ— মুপী নংম হুজিক করি পামই ?

রস্তা— ননাই ঐদি অনৗমকপু মুংশি, মথোয়নীমকপু ঐ লৌজগে

থৎনমু হায়জরিব। মতুদ মখোয়নীন কোর্টা য়ৌনরকপনি।

ধ- কোর্টা ঐবু মখোয়নীন পুখৎতুন ইকাইব পীরবনিন ননাই ঐ হুজিক মখোয়নীমকপু মুংশিরকত্রে, অডম্ব অচোবশিং উরগ পুক্লিংসি মওন মওন খঞ্জরক্লে, সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু ননাই তোল্লবীবু চান্বীয়ু।

ধ— (থদ্রক্ত) ইকাইব খংদব মাইথাব নংদি করিগী নিপা লৈব মুপীগী ময়ুমদ কন্মুই ?

ধ— ননাই ঐভোন্দদি মুপীসিন মুপা লৈ হায়দে।

র— আসামদ চেক শাব চৎখি হায়জবনি।

ধ— মুপী নং করিগী ওইদব ডাংই ?

র— মুপাসিবু মুংশিহুন ফাগি তৌবনি, মুংশিনব মশেল ফাগি তৌনবসিবু আইন্দ করি কায়বগে আজ্ঞা ?

ধ — নথো করি লৈহুন মুপা নংন মুপীসিগী ময়ুমদ চৎলুই ?

থ— য়ুমদ বাসক শক্রম্বদগী থিবিক্রবনি। ময়ুম য়ৌরগ মান ঐবু ফাবনি।

র— ইপাঙ্গল কয়া কন্দুন অবলা ঐন পাথং মাবু ফাজকদগে ? মহাক্ল ঐবু মুংশিহুন মপোৎ মরল শেল-থুম অরৈব মথে থাই, মতুদ ঐন মপোৎ মচৈ য়াম্ন মাংমল্লে হায়হুন মশা য়াওন লৌবিরগে তৌজবনি।

ধ— নং মুপীসিবু মুংশিহুন লৌরগে খন্দুন থাক্লব শেল, নত্রা ? ময়ুম তাম্ন থিল্লুব নত্রা ?

র— মান ঐবু মুংশি হায় আজ্ঞা।

ধ— হায়ত্রা ?

থ— হায় আজ্ঞা।

ধ— রম্ভাগী মতৈ, নং মুপীসি থায়নরগে হায়ত্রা ?

নোং— ননাই ঐ থায়নগে লৌজব মুপী নস্তে।

ধ— নং হুজিক করি পামই ?

নোং— নিপা অসিবু মথরাই হাৎপিয়, মুপী অসিবুন ননাই ঐং মুংশিহন্বীয়ু ।

ধ — মীগী মুপী পাম্ব নিপা নং চহি ৩ জেল, চৎলো পুখ্রো দারোগা। মপুরোইব লৈন লৈন মীগী নিপা পাম্বীসিবু চৌকিদার নং মখুৎ তুংবুন্নন পুল্লগ পুখো, মপুরোইব নংব লৌচৈন য়েন্নহুন নংবু মুংশিদ্রা মুংশিরোইদ্রা হংতুন ফুখো।

কা— জামিন্দ ভায়া থত্রকপু থাবিব য়াগত্রা ?

ধ— কেশ লোইরগ কনাগী জামিন্নো বুহু। চৎলো নথোয়, নশকশিংহু অমত্ত য়েংনিংদে।

(চৎনথি :— থত্রক পুন্দুন জেলদ পুথি। রম্ভাবু পুল্লগ নোংথাংন য়েন্নহুন পুথি। জজ কুমখ্রে)

নোং— নংন অনী লোম্ব পাম্বহু অমদি জেল চংখ্রবনিন ইথন্দ ভাটহৌরে, অনী শুনব অমদি লৌচৈসি ওইরোকো ফুহুন পুথি।

বি— পংকন কম্ন ফুমু ইত্তাও, চাংনথিব রাহু কাওরবাও ?

নোং— অহু ওইরবসু মবুক ফৎমন্দব, মীগী জজহুদ মমিৎ থৎলুরিবু করিগীনো ?

র— বিচার ওয়ব জজদ শেল পিজব হায়বসি মী পুন্নমক্কি চৎন-বীনে ইবুঙো। ঐন মিৎ থৎলুহুন নংন কেশ ওম্বিব নত্রাও

নখোয়নীন কাদোক তাহন্নিংব নিপাক্তস্থ কাদোক তাখ্রে, ঐস্থ নঙ্গি ওইন স্থম নৈহোবে। ফত্রিবা সিবো।

— তায়াগ ইবেম্মগ অনীমরুপু হন্ন হন্ন থাগৎচরি। ইথুৎমরু নত্রবস্থ মরুপ অমস্থং মরুপকি ইবেম্মগী মতেংন তুম্নবু জেলদ চহি ও পীখ্রে। মথংগী পন্দুপতি ইশাগী থৌদাংনি। তায়াগ

ম ইবেম্মগ লেংবিরো ঐ সাবিত্রী থিব চৎচখ্রগে।

নোং— চাক চরা অমত্তং হাওন চারগ থায়নসিবা তায়া।

বি— নিংব থুঙ্গদব তঙ্খায় অম রাৎনিভৈদ চাব, থকপ, তুম ঐগী থরাই তাব পোৎ নত্তে। সাবিত্রীবু লমজাওদ থৈদেন্দ তাওহন চৎহল্লগ ঐগী ইশম ককদবনি, ফুরিৎ ইস্তি তকদবনি চাক পুক থন্ন চাগদবনি অতোপ্প মুপী অম থিনব হোৎন-গদবনি। তায়াগ ইবেম্মগগী লমন মতম অমদ শিংজরগে রারোবিন্থ।

নোং— নেভর মাইন্দ। গুদ বাই।

বি— বাই!

র— লাইবক ফবিরকউ।

(থায়হন চৎনথি)

---

## ৮ শুবা উৎপা

লখীদ অভাওবী শান সাবিত্রী চৎলি, মচা মাংঙ্ (মতৈহন্না য়োকহোব), মতৈ মাংখ্রবী, নুংশিব নুপা মাংখ্রবী চোইরোল লোন্দুন চৎলি ।

সাবিত্রী— ঐগী ইচা পীয়ু, ঐগী নিপা নুংশিব থংদব চণ্ডালদু পীয়ু, লৈশাবীডেদ ঐবু নুংশিরম্ব নুপাদুন কদায়দ চৎখ্রে ? ঐদোন থরাই নুভাইত্রবদ ভাওরোইদব কনানো হুনিয়াসিদ ! কল্লক পেল্লু তাইবংপান্দ লৈরিব পুম্বন, ঐবু নুংশিজব নিপাবু লাই-খোক্তুম মশক মুম্ন থংদব অনৌব নিপাবু ঐন নুংশিক্কবদগী ঐ ভাওরে । মীশক থংদবী, পুকচেল য়াংবী, হয়াও তয়াম পাম্বী, ঐ মভায়রে নাপল তৌজনিংবী,— লাইরিক হৈবী সাবিত্রী ভাওদুন চৎলিবসি য়েংবিহৌ । হা হা হা ... — ঐবু ভাওরিব হায়দুরাও ? ইমা লুখ্রাবী শামু লোইবাগী ময়ুমদ লুট চংলমদুন য়ুম মুংখ্রে, মথরাই চাক্তুন শিখ্রে ইমা ; ইপামদ ঐগী লৈভম লৈত্রে । ইপুরোইব ফাদোক তাখ্রে মীগী নুপী পাম্মুবগী, ময়ুমগী নুপী লাইথোকপদগী মশান জেলদ, মতুন লখীদ থৈদেন্দ ময়ুম— । হা হা হা.... ....... ঐবু ইচেন মতৈ মুনগে তৌরে হায়ব ! ......—মাগী নুপা হন্নুবদু পাম্বীব ছাত্রী নত্তে ঐদি, লখীদ চৎপ মশা নাল্লব পাথং লিশীংন ঐগী ইপুরোইবনি........হা হা হা — .. ...

(লাপ্ন জজ মতৈ মনাও অভাওবীদুন ভাংব রা তাদুন লৈ)

ঐগী ইচাদি ? ঐগী ইচা কনান লৌখ্রে ? অতৈ পূম্নমক মাংখ্রবস্নু ইচাহুদদি উহুন ঐবু হিংজগেবা ? ফত্তেদ তাইবংমী (কপই) ইচা পীয়ো। মপা লৈত্রব ইচা পীয়ো। পাথংদগী নিহুন ইচা থাকচগে।

(মন্ত্রী অমস্নুং জজন সাবিত্রীবু ফাই)

মন্ত্রী — নচা পীগে, নতৈ পীগে, শেংন চানব নংগী অরাংপ পূম্ব পীগে ঐখোয়দ চংসি লাও।

সা— (অভাওবী মিৎয়েং য়েংলগ) নং কনানো ? ইচা পীগে, ইতৈ পীগে ... হা হা হা হা হা——... ঐ ইচা পামই, ইতৈ পামদে, ঐডোল্ল পীদোরিব ইতৈদো নংগী ওইজো— ঐগী ইতৈদি লম্বীদ চংপ ছত্র খোংউপ খোংগ্রাও উপ্প ময়ামসিনি। ঐগী ইচাদ পীবিয়ু। ডাওই হায়জো, ইচাদি মুংশিবো ইচে!

ম— নচা পীগে লাও চংসি য়ুমদ।

সা— নংগী নয়ুমদ চংপ কি. ইচাহু সিদ স্নুম পীয়ু— ঐবু ডাওইহন নহাক্নি, নংন চিংনহুন শেমজিনবনি—ঐদি নংগী মুপা পামদে —নয়ুমদ ঐবু পুরগ হু পীজহুন হাংকেরা ? ঐবু হাংজবদি ইপুরোইব ১০০ ন লম্মন খুম্মকনি থংউ।

ম— তুমিন লৈয়ু ওইদব ডাংগমু।

সা— অচুম্ব রা মেন্দুন থম্ব নতিক নত্তে, ঐবু ডাওহনবগী নংবুমু ডাওহনগনি......হা হা হা হা———মৈতৈ লৈবাক লৈবী মুপী মবুক ফত্তবী পূম্ব ডাওহুন চংকদব ডাক্কনি, মুপী ডাও— খ্রবদ ডাওদহুন লৈহোৌগদব নিপা কনা কনানো ?

ধর্ম্ম— সাবিত্রী। নংগী নচা ঐন য়াম্ন নিংথৌ য়োকই, নপুরোইবমু জেলদগী হয়েং হংচিং থোরকনি। য়ুমদ লৈকসি লাও?

সা— ঐদি করিগী নখোয়দ লৈরকনি তাদ ? নংগী মুপী লৈ, মহাক লৈন লৈম ঐবু পামগনু কাদোক তাজনি। মখোনা লৈবী মচিন কন্বী মুপী, মীবু ভাওহন্ব হৈবীসি লৌথুন অথুম লৈয়ু। মাবু থায়নগে তোকম্ন, নংস্থু ঐদোন ভাওজনি। ঐগী ইচাহু পীয়ু, নখোয়নীম হূরানখিব ইচাহু ঐভোন্দ পীরো। মপাদি মুংশিদে, ইচাদি মুংশি— হা হা হা হা!

ম— লৈবাক্ক উরগ তারগ ইমানীবু থীন ভাংনখিব তায়, মাগী মনাক্ত লৈব চুমদে চৎসি। মসিবু হাত্তোকই হায়, লৈবাক সিংদগী তাম্থোকই হায় অম তোত্রবদি ইমানী চোপ্তোরি।

ধ— সঙ্গী দোষন চোপ্প শোইত্রে, কয়ম্নো করি উপায় লৈরি। মাবু হাত্তৌ শরুক, অভাওবীবু মচিন মেম্নব লাক্নদৌ শরুক ইমানীবু লংকৈদ চেনখ্রসিরা? য়ুমদ চৎতুন তাম্নকসি।

( অনীহু চৎখি )

সা— ঐ ভাওরে, ইথঙ্গ ভাওব তল্লি, ময়াম ভাওমিয়সে লাও ও লৈবাক মচসা।

(বিধি থোরক্তুন সাবিত্রীবু মুম্ন য়েংই)

সা— কনানো ? তাদ নং ঐবু মুংশিত্রা? ইচান চানব চেং থিৎত হাম্নিয়বা।

বি— ঐ নংবু মুংশিব নিপানি, নং অমম্থুং নচান চানব চেং শেৎনব কিরোল ঐন লোইন পীনি, ঐখোয়দ চৎসি লাও?

সা— থংদেনে তাদ ঐবু ভাওরবস্থু ভাওন নংগী নতুং ইঙ্গিংবগুম তোইদা?

বি— নাগী নচাদি ?

সা— মীন হুবিখ্রে।

বি— ঐন থিহুন পীনি।

সা— ঐগী নিপাহু মীগী মুপী পাম্মুবগী ফাদোক তাখ্রেদো।

বি— তাখিসম্ম মত্তিক চাবদ্দি।

স— ঐ মাবু মুংশিত্রে নংবু মুংশিরেবো তাদ।

বি— মুংশিয় বেরা লৈত্তে, ঐ মুপীদি থিজ্রে।

সা— ইমুম পাল্লবী, ইচা পোক্লবী ইপুরোইবন ফাদোক তাখ্রবী ঐবু তাদ নং করম্ম মুংশিরিবনো?

বি— তাওহুন [মুংশিরিবনি, মুংশিব হায়বসিদি মী তাওহনব ওম্মি।

সা— ঐবু চাক পুক থল্লব পীজোক্কো?

বি— (মপি তৈথোক্লগ) পীজনি, চাক নত্তে, চাইনা সিঙ্কি ফুরিংস্থু তুবিনি।

সা— হয়েং ঐগী নিপা ফাদোক্তু থোরক্লবদি?

বি— নং অমস্থুং নংগী নচাবু মতোন্দ শিন্নবিনি। নং ঐবু কাওরব্রা?

সা— তাদবু কনানো?

বি— ঐ নংবু লৈশাবীতৈদ মুংশিরম্ব নিপা অমনি।

সা— হুজিক্কি মুংশিত্রবা?

বি— শা ওাদি থংদে, তাইবং মীদি অমুক মুংশিথ্রবশিংগু মুংশিরোই হায়ব পাক ওমদে। মরম অহুন নং অমস্থুং নচাবু নপুরোইবন অরাতম তাম্রিতৈদ য়োকে থাকে হায়রিবম্নি।

সা— ঐগী নিপাহুবু নং হাৎনিংব্রাও?

বি— নংবু মুংশিবদগী হাৎনিংব নিপাত্থু ঐগী ইয়াম্ব ওইব তারে। মণিপুর মচা পুম্নমক ইচিন ইন্নাওনি। মাব ঐগী মাংনব তৌখি, ঐনম্ব মাগী মাংনব তৌরুরে— হুজিক নংন ভাওব উবদগী ঐ মাবু ইয়াম্বগুম মুংশিরে।

সা— ঐ চাক লাম্মে।

বি— ঐ হোটেলদগী চাক লৌরুগে। নং ভহাক্ত ক্ষমত্থন লৈরম্মু।

( চৎখিব ভাইশৌই )

সা— কনান মরুপ্পো? কনান য়েরুবনো? তাইবংপানসিদ, ঐগী কনা লৈ? অভাওব ভাকনি, ঐখোয় পুম্নমক, অভাওবমথৈ মচিন মনাও নত্রাও?

# ইশৈ :

মভাও তিল্লববদনি, অভাওব ভাক্তি ঐখোয় পুম্বা—।
কনান ভাওরি মুংশি মশুং লাংগীনি,
কনান ভাওরি মতিক মগুণ লন থুম
কা হেন্ন পাম্মুত্থনা।
ইচিন্নাও ভাক্তি অভাওব ঐখোয় খোগোৎপা।
ভাওশি লাও মুংশিব থংলেন মাপ্ত পাম্মুব।
ভাওদন মুভাইব ফংনদে তাইবংদা।
অম্মু নোম্মু ভাওবমথৈ হোৎনৌ,
ফংনব অপাম্ব তাইবংপান্সিদা।

থত্রক— (অভাওব শাত্থন জেলদগী থোরক্লে) জেলদ লৈবসিদি সত্য তাইবংপান অমনিনা— ওম্মোক্ক মুভাইখ্রেবো— চাব

থকপ মতম নাই, থবক শূব তুম্ব হিম্ম মতম নাই। কাং দোকসিদি মতমদ ওংব, মর্তম থকৈ হায়রুনি— মুকাইদ্রেদা ইতু ইচাগী অমাম অমঁত্ত লৈতেদকো। ঐগী মুপী তাওবে হায়ন তারিবসি ঐতোম্মগী হেম্ম তাওরমদ্রাও ?

সা— কনানো তাওব তারিসি হায়দুরু থিজিবদুবো ?

থ— ঐবু অত্তাওব হায়দুন লক্লিম নংবু কনানো ?

সা— লরুব নত্তে, তাওমিম্নসে হায়বনে।

থ— শংত্রে ইবেম্মা ইতু ইচা লৈয়ে।

সা— মংত্রা লৈব ঐস্ব লৈরিবো

থ— অত্তুদি চাক চরা অম পীজোদনা।

সা— ঐথোয় নিপান চাক লোপ্রি, চাদি জাওই।

থ— ইবেম্মা নংবু কনানো শক থর থর থংগুম তৌই।

সা— থংবিরম্ব য়াই, ঐ বাসক শকপী অমরি।

থ— ঐন ফাদোক তারুরিবসি নগুং লাংগীনিনে ইবেম্মা।

সা— কল্লক পেল্লি, তারুসমু নতিক চায়।

থ— নং ঐবু করিমত্ত মুংশিদ্রাও ?

সা— ঐদি নিপা লৈবৈ, ইচা লৈবৈ নংবু মুশিব য়াদে।

বি— (চাক পুরক্লুন) চাকসি থর থর চামিল্লো নথোয়বী।

(মথোয়নী পুম্ন চামিল্লৈ)

থ— মুপাসিরা নংগী নভৈবো ?

সা— মানি, ঐগী মুপানি।

থ— নচাদি ?

সা— য়ুম্বদ লৈহোই।

থ— নথোয়নী মুথম মক থর থর শীঙো ঐ থর লৈগে, নথোয় অতাংহু লৌগে।

সা— ঐথোয় মুপাদ তাংনৌ।

থ— ( বিধিদ থুরম্বগ ) নথোয়নী মুমম ঐবু ননাই ওইন থর লৈহন্নু, নচা লৌগে থবক শূগে।

বি— লৈব য়াদি চৎলি লাকও। (পুক্কুন লাকমিরৈ)

(ধর্ম্মসিং অমসুং মঙ্গরাপ কোম্বোংদ থেংনৈ)

ম— ঐথোয় নিপাম্মচা থোরক্লমাবে ?

ধ— মতম শুক্কুন থোরক্লবনে— মশিবু তাওরক্লা করিনো ? মাগী মুপীমু য়াওরিনা। কমদৌরক্লইবনো ?

বি— (জজদ থুরমক্কুন) ননাও ইবুঙোগ ননাও ইবেম্মগ লৌশিন- বিহোক্লা; মীয়োল থর থর য়াংপগুম তৌরে।

ধ— লাকও লাকও – করম্ন কদায়দ থেংনক্লরিবনো ?

বি— লম্বীদ থেংনবনি।

ম— নিপাম্মচা নংদি থোরকপ কয়া কুইরে ?

থ— ঐ থংদে।

ধ— সাবিত্রী নংদি কদায়দ চৎমুরিবা ?

সা— ঐথোয় মুপাগী (বিধি) মতুং ইল্লকপনি। ঐতোম্দ য়া হং- বিরকমু অতোপ্প নিপানা।

বি— ননাই ঐ চৎচরগে ? (থুরমই)

(মতুংদ সাবিত্রীমু থরক্কুম্ম ইল্লি)

ধ— নথোয়নী নয়ুম থাদোক্কুন কদায়দ ?

সা— ঐদি মুপাগী মতুং ইম্বনি।

থ— ঐদি মথোয়গী মীনাইনি।

বি— নথোয়না সিদ লৈরম্মু, ঐ অমুক লাকত্রিব ফাওব। চাক ইশিং চানব য়ুমসিদ চংউ। ঐগী য়ুমনি, ঐগী ইচানিপা অম লৈবত্ নথোয়না লুন ভোকো।

সা— অঙাং কদায়দ থমই? —ইচা পীয়ু।

ম— পীগে লাও।

থ— ঐ অঙাং পোগে।

ধ— পোরো লাও, চৎসি

( চংথিরকখি )

( বিধিন কপতুন চৎখি )

বি— য়েংথোনবদগী য়েরুব পোকই, চাম্নরগ মী পূম্নক ইচিন ইনাও ওাকনি।

লোইরব।